# মণিপুরগী অপুনবা শক্তম্ব শীংনরক্লিবা

# সিক্স সেদ্যুল অমসুং অতৈ-অতৈ

Sixth Schedule

Demand

[illegible]

Manipur [illegible]

[illegible]

1 [illegible] Tribal [illegible]

[illegible]

21 207 Sq Km

[illegible] 95 2[illegible]

2 [illegible]

[illegible]

1 [illegible] Sq Km



Not to Scale



Lt Col. R.K. Rajendra Singh (Retd.)

*Published by*
**Th. Priyobarta**




*First Edition* - **2003**

No of copies - **500**

Price . **Rs.100/- (Rupees one hundred) only**



***Printed at :*** Panthungpham Press

# কচ্চবা

মণিপুর লৈবাক অসিগী মতিক মথৌনা পাক্লা চাওনা শন্দোক্লম্বা হৌজিক্কী লৈজরিবা মণিপুবসিদগী শকুক কয়া কয়া চাওবা হেনবা পাঙ্গল লৈবা লৈবাক অমা ওইনা শেম্বীদুনা থম্বীবম্বা ইপা-ইপুশিং, অমদি মখোয়না থম্বীরম্বা লৈবাক চীংতম পূম্বসি মণিপুব মচা লোইনমক্কীনি হায়না কনবা ঙম্বা, ঐগী অপীকপা অশম্বা লাইবিক অসিগী মনুংগী ঈচেলবু খঙবীবা ঙম্বা মীয়ামদা লাইরিক অসি কচ্চরি ।

# ৱাহৈ খরদং

হৌজিক-হৌজিকমক ঐখোয়গী মণিপুর অসিদা তঙাইফদনা খন্নদবা য়াদ্রবা, নোংমা-নোংমগী অচৌবা ৱাথোক অমা ওইরকলিবা, "সিক্স সেদ্যুল" দিমান্দ তৌরকপগী মতাং অসিদা ঐখোয খুদিংমক্না তুমিন্না য়েংদুনা, ভাদুনা অমদি খাংদুনা লৈথোকপগী মতম নত্ত্রে হায়রিবা সেদ্যুল অসি হেক পিথোকখিবদা/চৎনখিবদা যেলহৌঙদগী অমত্তা ওইনা খুন্দ। লৈতাদুনা নুংশি চান্নবা হিংমিন্নবকলিবা লোল তিন্নদবা ধর্ম্মা খেৎনবা অপিকপা জাতি কাংলুপ মচা কয়ামুক্না পুন্না শেমদুনা লৈমিনবক্লবা মণিপুর অপুনবগী শক্তম অসিবু কায়রকপা য়াবগী অকিবা ওইরে। অসিগুম্বা য়াম্না কিনিঙাই অমশুং ঙকনিঙাই ওইবা অচৌবা ৱাথোক অসিবু ঐখোযনা তরাইনা লৌফম থোকতে হাযনা খল্লি। মরম অদুনা মৈহৌরোনদগী ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংনা থমবিরম্বা ইরমদম মণিপুরগী অপুনবা শক্তম অসিবু ঙাক শেন্দুনা অমদি কাইহন্দনা থম্বা হায়বসি মচাশিং ওইবা ঐখোয়গী তৌফম থোকপা ইথৌনি। অসিগুম্বা তমথিরবা ঐখোয়গী লমদম অসিগী লৈহাওগা চুন্নদ্রবা সিক্স সেদ্যুল অসি হেক চৎনখিবদা মসিনা কদায় ফাওবা মাংজবা অমশুং তোংজবা হায়বগী মতাং অসিদা মীয়াম পুন্না খন্না নৈনবগী তঙাই ফদবা তাঞ্জা অদু লাকলে। অসিগুম্বা লুববা তাঞ্জা অসিদা মীয়ামদা সিক্স সেদ্যুল অসিগী সমালোচনা তৌবদা ফোংজবিবা লাইরিক অসিনা মীয়ামদা খজিক্তং মতেং পাংগদ্রা খনবদগী অঙম্বা থাক্তা হোৎনজদুনা মীয়ামগী খুৎতা শিন্নজরি। লাইরিক অসি ফোংবদা থরায় হকচাং য়াওনা হোৎনবীরিবা মীওই শিং বুঙ তৌবীমল খংবা উৎচবি।

*থাগৎচবি*

*টি:ঐচ: প্রিয়োবর্তা*

পরিসর

# ৱাহৌদোক

মীওইবা ঐখোয় পূম্নমক হৌগবা ঐখোযগী পুৱারীশ বু যাম্না খঙনিংঙই । অদুগা ত্মদা তশেংনা কবি ওইবকনদগী হায়বা শেংনা উবা ফংদ্রবসু ওইবককদবদুগী অমদ অযবা ওইবকুবগী খুজিল-থৌদাং খবদি তৌই। মযাম্না থাজনাবিবদি মীওইবনা হৌখবা অদুগা হৌজিক ওইবিবা অসি পূম্না খঙলবদি তুংদা নৎত্রগা হযে ওইবক্নদব হন্দু ফনা নীংথিনা খঙই অসিনি। অদুবু পীক্লবা ঐখোযগী লৈবাক মণিপুরাসিদদি হৌজিক হৌজিক্কী ফাওবা মফম খঙদবা, হৌখিববুসু চমম্লহনবা যৈখায-থিনখাযবা কযানা চযেৎনবি। মযাম মবকাসিদগী খ্বাযদগী চাওনা আথংবা পীবিবা, খুদোংথাবা, কিহল্লিবদি ফোঙদোক্লিংবা ৱা ফোঙদোকপা গাহন্দদুনা থম্না অদুনা মবম ওইদুনা অচুম্বা পল্লিক ওর্পানিযন শেন্বা ঙমহন্দবা অসিনি। ঐখোযগী ওসি অসিদি তোঙান তোঙানবা কাঙলূপকী তোঙান্না লৈবাক তানবা মনুংগী লৈনুংগী ওর্গনাইজেশন মযাম নীংতম্বা লালহৌবগী মিংদা লৈবাক নীংবা শাশিন্নবা ফৌহাম মযাম্না পানবা, শেনচাবা মযাম্ব শেল পুথোকহল্লগা শেনচাবদুবু শৌগৎপা, শেন্দাল লম্বী শেম্মিন্নবা মাগীদমক্তা হাৎন থিন্ননবা হাৎপা ঙম্বা মী লৈবা, মখোযনা হাযবিবদো চুমদে হাযব্বদা হাৎপা ফত্তবশিংবু শৌগৎপনা লৈঙাক্লনা লৈবা অমম্না চদাং মীহাৎনবা লৈবাক ওইবে। মখোয কাঙলূপ খূদীংমক অসি নীংতম্নবগী শতম ঙাক্লবগী অপূনবা পূবক্লবগী লাম্মীান হায অদুগা মখোয মশেল পংহাৎতা হাৎনৈ। অমনা লৈবাক নীংবা হেনববা হাৎপা ঙম্বা কনবা হেনববা ফত্তবা তেনববা অদুদি খঙদ্রে। মখোযনা অসুম তৌবিঙৈদা খ্বাযদগী কনবা *গ্রেটব নাগালেন্দ, কুকি হোমলেন্দ* তানবা কযা নীংতম্না মখৌপোংনা খোংবদা মখোযনা শাউথিগনি হযদুনা তূমিন্না মমৈ লোৎতুনা লৈবে। খবা লাউজব্বা কাsey না চীং-তম খৎননবা ইহৌ শাগৎলি হাযদুনা অকিবা পোকপা মবাল পী। অবানবা তাল্লকপগী মযোক্তা লাওবদি থিংলগা তাল্লক্লিবদো থীংবদি ঙমদে। হৌজিক্তি তোঙানবা ষ্টেট শেমখিবা যাবা কযা অমসু তাল্লি। মখোযনা পাউচে পূম্নমক মখোযগী ৱাখল্লোন ফোঙদোক্লবা

ওইনা শীজিন্নৈ অদুগা মখোয়গী রাখল্লোন চুম্মী লাল্লি খঙদনা ফোঙদোকহন্নবা অতোপ্পগীনা থিংদুনা থম্মবগী মমিং চৎনবা শাগৎপা পাউচে কয়াসু শীজিন্নৈ। মরম ময়ামসিনা মণিপুরগী মহৈ-মশিং হৈবা, রাখল লৈবা, তুংদা থোক্লগদবা অরাবা ফত্তবা কয়া উবা অশেংবা মরৈবাক নীংজবা কয়াবু রা ঙাঙহন্দনা রাখল্লোন ফোঙদোকপা ঙমহন্দনা মচিনবান ফোৎচিন্দুনা কিহন্দুনা থম্মা ওইরি। অদুনা অচুম্বা লৈবাকপু কাযহন্দনা পূন্নবগী পব্লিক ওপিনিয়ন শেমবা ঙমদ্রে।

২। মৈতৈশিং অসি মরৈবাক নীংবা লানফমদা মরিংজেন, মতিক-মথৌনা লৈবা কয়া ওইরম্বা য়াই। অদুবু রাজনীতিগী লানফমদদি য়াম্না কিগনবা অপংবা খ্বায়দগী মতিক চাদবা মশাগী ওইজবা তানবদদি খম থেংনা শিংবা, ফত্তবা ঙাক্তো ঙাইরে। অফবা অমা অনীদি অঙাওবা তারে। খঙদবনা অখঙবা অফাওবা শারগা, অখঙবনা অঙাওবা ওইনা নমথদুনা থম্লে। নহারোল রাজনীতি য়াওবা কয়াসু পাঙ্গল নোংমৈ অমসুং শেলগী য়ুম্ফমদা নেৎতুনা ফাওনবা হোৎনরবা মতুংদদা, নোংমৈ য়াওবা রাজনীতিদা খোঙদারে। ঐখোয়না হৌজিক নিংগদবদি চীং-মান্দা লোৎফম চঙজফম পীরিবা চীংমীশিংনা শাউদনবা মখোয়না লোইনা লৌখিবা তারবসু "ঐখোয়গী ঙসিবু কন্নবগীদমক নখোয়গী হয়েং লোইনা মাঙখ্রবসু কৎথোক্লো" হায়না কিহনবা হাৎপা তৌরক্লবা ওইসনু হায়না নিংজবা তারে।

অসিগুম্বা খুদম অমা হায়রবদা সিক্স্থ সেদ্যুলগী মতাং অসি ফত্তে লৈবাক কায়গনি হায়বা অখঙবা ওর্গনাইজেশন কয়া ১৯৯৫তগী ঐনা ইজখিবা অদুগী খন্নবা ময়াম লৈরবসু চৎনবা য়াদে হায়না ফোঙনা ইবা ঙম্বা অমত্তা, কিব্দগী ঙঙ্গদে। অদুবু হন্দক্তি কনাগুম্বা ওর্গনাইজেশন খরনা তুমিন্না কন্না থিংবদগী অয়াবা পীবা অদু নমথরি। অদুবু হৌজিক ফাওবা সিক্স্থ সেদ্যুল চৎখ্রগা চাদা ৯২ চীংগী লমদা আর্টিকল ২৪৪ এ হায়বা সিক্স্থ সেদ্যুলগী (ওবজেক্টিভ) পচ্চুং ওইরিবা থওইনা ষ্টেট ওলহন্নবা ২২ এমেন্দমেন্ট এক্ট ১৯৬৯ গী মতুং ইন্না হাপচিনখ্রিবা অদুনা সেদ্যুল অসিগী পেরা

২০ ট্রাইবেল এরিয়াদুদা পার্ট ফোব হায়বগুম্বা অমা হাপচিল্লগা মণিপুরগীদমক্তা ইম্ফাল, থৌবাল, বিষ্ণুপুরগী টেরিটোরি মচা অমা মৈতৈ অমদি মৈতৈ পাঙলগী থম্বীরম্মগা লোইরে হায়বসি খঙদ্রি। মসি হেক ওইখিবদা মৈতৈ অমদি মৈতৈ পাঙলগী ষ্টেট অমগীপ্রজা ওইবগী অরোইবা নুমিৎ অদুগা চহী ২,৩ দা শক্তম মাঙবগী অহৌবা নুমিৎ ওইগনি। মসি কনামত্তনা খঙউ হায়বা য়াদে, খঙনবা হোৎনদে অমসুং মখোযদা খঙনবা মতম লৈতে।

লাইরিক অসি ঐনা ১৯৯৫ তগী হৌনা ঙসি ফাওবদা মণিপুর অসি চীংদা সিক্স্থ সেদ্যুল চৎনরবদি হেক পীখিবা নুমিত্তা কাইখিবা তারে, মমল য়াওদ্রবা খঙদনা খঙবা শারম্বা মীওই লাখ কয়া হাৎলবসু ইমা লৈবাক্তি মাংখ্রগনি, লান শোক্লদনা লৌনম তৌদুনা লৌখ্রগনি খনবদা হন্না হন্না ইখিবনি। অদুনা অনিংবা উইন অমগী মখাদা মান্নবা কম্মন-য়ুনিফোর্মিটি ওভ লোদা ইবনিনা হঞ্জিনবা ব্রাহৈ পরেং কয়া থেংনগনি। আর্টিকল ময়াম্না পুনর্শিনবা লাইরিক্লিনা সেদ্যুল অসি পীখিবদা কায়দে হায়বা পাবা য়ৌদবা কাঙবুগী আর্টিকল শিংসু য়েংবীয়ু। মসি তাল্লম্বা লৌনম চাওবা মীওইশিংদুগী মীয়াম্না অমদি সরকারনা খঙবা কেরেক্টর (লমচৎ) অদুসু য়েংবীনবা হাপচরি। অদুগা মরী লৈনদবা মানবা খরা য়াওরিবদুসু মুন্না পাবীরগা মরী লৈনবনি খঙবীগনি। খুদম ওইনা রিক্রুটমেন্ট হায়বদি থবক অমা পীবদা মীচং-মীখায় নাইবদগী অপূনবা কায়বা য়ানা খৎনরক্কদবা, ইকোলোজিকেল টাক্স ফোর্স কুম্বদা থবক ফংহন্দুনা পীবা য়াবা, উ, ব্রা য়ানবগী থবক থিংবনা প্রজাদা কান্নগদবা অসিনচিংবা হাপচিনবনি।

অদুগা ঐনা ঐখোয়গী ওজাসু ওইবীরকপা ই: সোনামণি সিংহ আই:এ:এস: (রিটয়ার্দ) অদুগা ঐগী মরুপ এন: পাহারি সিংহ, দাইরেক্টর দুরদর্শণ (রিটয়ার্দ) অনীবু আর্টিকল ময়াম অমা ইবদা পূক্রিং থৌগৎপীবা অদুগা পাংবীবা, পূক্নিদা খুদোংথীবদা মায়োক্লনবা পাঙ্গল থৌনা হাপ্লদা নত্তনা শরুক য়ামিন্নবা ঙম্বগী থৌনা অদু হন্না হন্না থাগৎচরি।

অরোইবদা ঐনা পামজরিবদি ঐগী লাইরিক অসি যারিবমখৈ

হোংহন্দুনা অপান্না পানিংবা মীনা লাইনা লৈবা ঙমহঞ্জনিংই। ইংলিশতগী মৈতৈলোন্দা ইথোক্কদবা অদুগা লাইরিকসিদা হাপচিনগদবা ৱাৎপনা মথংগী ফোঙবদা হাপচরগে। ঐনা অশেংবা লৈবাকপু নুংশিজবা অমা ওইনা অয়াম্বা খংবা মখৈ নৈনজবগা পুকচেল শেংনা ইজবনিনা ময়াম্না ঐগী লাইরিক অসিগী মফম চাবা মফম অমা থন্নীগনি হায়না নীজরি।

আর: কে: রাজেন্দ্র

*N.B. : ইংরাজীদগী মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লিবা অসি ৱাহৈগা ৱাহৈগা পরেংগা পরেংগা চপ মান্ননা হন্দোকপা নংত্রবসু মনুংগী অকনবা ৱাখল্লোন অদু পুথোক্ক বা হায়না ইবনি।*

# য়াওফম তাকপা

| টোপিক | লামায় |
|---|---|

# মখোয়না তাল্লম্মীবসি করিনো ?

*Ref. SSDCM70-71/2K* *Dated 3/10/2000*

Sixth Schedule Demand Comittee Manipur (SSDCM) Working Committee Delhi না Date 3/10/2000 দা Shri Dilip Singh Bhuria, Hon'ble Chairman, National Commission for Schedule Caste & Schedule Tribes Govt. of India দা ইরম্মী। মসি লামায় ২৫ পাল্লি। মদুগী থাঙ্গৎলিবা Administrative Structure, Functional Structure, Draft Modality লোইনা য়েংলবদি চীংদা মৈতৈ ওফিসর অমত্তা লৈররোই, ষ্টাফ মচা মচা ফাওবা, চীংমীনা হৈতবা টেক্নি কেলগী মী খরা নত্তনা চীংগী দিষ্ট্রিক্ট মঙা অদুগী মথক্তা কোন্না সদর হিল শেম্মগসু অমত্তা লৈররোই। কোন্নথংদা তমগী দিষ্ট্রিক্ট অহুমগী কম্মিশ্নার অমগা দি সি অহুমগা দি:আই:জি: অমগী মখাদা এস:পি: অহুম মরিনচিংবা লৈবা য়ুনিয়ন টেরিটোরি মচা অমা ওইদুনা এম:সি:এস:, এম:পি:এস: ফংলগা আই:এ:এস:, আই:পি:এস: ফংগে মঙ মঙজবা নহারোল কয়া নীংবা কায়গনি। পৃম্নমক অদু পন্দ্রবসু, পুথোক্কুনা নৈনদ্রবসু মখোয়না পাম্মীবা, ইরিবা অহানবগী লামায় অনী অহুমদং ইজগে। অতৈ তান্নবীনবা য়ূমদা লাকপীবদা তরাম্না ওকচগনি। মখোয়না অসুম্না ইরি ঃ

ঐখোয় Sixth Schedule Demand Committee Manipur (Working Committee, Delhi) না মণিপুরগী ট্রাইবেল মীয়ামগী মহুৎ শিঞ্জদুনা ঐখোয়গী কন্সটিট্যুশনেল রাইট্সপু শীজিন্নজদুনা ইকায়খুম্নজরবা ইবুংঙোদা থাঙ্গৎচরিবা অসি থমজরি।

(a) Proposed Administrative Structure
(b) Proposed Functional Structure
(c) Draft Modality

অদুগা হান্নগী এস:এস:দি:সি:এম: না লানখৎচখিবা অদুসু অমুক্কা হন্না পীজরি।

Manipur (SSDCM) under 73 "Amendment of Indian Constitution".

1. মণিপুরগী ট্রাইবেলশিংনা মায়োক্নরিবা চমন্নবা অৱাবশিংঃ

মণিপুরনা ষ্টেটহুদ ফংলকপা নুমিত্তগী (ট্রাইবেল হৌজিক্কীদি চীংমী হায়বা তারে) চীংমী ঐখোয়গী হায়দোক্তনা অৱাবা কয়া খাংলক্লি অদুগা ঐখোয়বু সমাজ অমসুং শেল থুমগী চাওখৎহনবগী মতাংদা খ্বাইদগী মখা থংবা মরুমদা থাংথবীদুনা তৌরিবা অসি ঐখোয় চীংমীশিংদা তৌরীরিবা মীচং য়াম্বগী রাজনীতি অমসুং লৌনম-মীচং মীখায় নাইবর্নাচিংবা অসিননি। হৌজিক ট্রাইবেলশিংগী লম অসি (চহী ১০ গী খুজিংদগী) (দিকেদ) হেন্না ইন্দিয়াগী কন্সটিট্যুশনগী মপান্দা লৈখিবদৌনা থম্লিবা, ৱাহল্লবা অসি Sixth Schedule চৎনহনবীদবদগীনি অমসুং মসিনা মরম ওইদুনা চাওখৎ-থৌরাংগী থবক পূন্নমক লেপ্তুনা লৈরে অমদি Village council দা অমসুং District council দা ইলেক্সন তৌদনা লেপ্তুনা লৈরে। অদুম ওইনমক State Legislature অমসুং Parliament তা চৎনবা ইলেক্সন তৌবদুনাদি লাইরবা চীংমী (ট্রাইবেল) অসিদা করিসু কান্নবা ফংদে।

***N.B.:*** *কান্নবদি ফংদে হায়রগা পার্লিয়ামেন্টত মী হেন্না থাবীয় হায়রকখিনি।*

North-Eastern (Reorganisation) Act 1971 গী মতুং ইন্না মৈতৈ নৎত্রগা মণিপুৰী হায়বা ৱাহৈশিং অসি হোংদোক হোংজিন তৌদুনা জেনরেল ওইনা তম্পাক্তা তারিবা মণিপুৰী লোন লোল্লিবা কাঙবু জাতি অসিবু খওনৈ। ১৮৭৩ দা মণিপুর তম্পাক অসি 700 sq. miles (1100 sq.km) তমক চাওরম্মী মসি অপূনবা 22,327 sq.km. মনুংদনি অদুবু ঙক্লিবদি হৌজিক মসি 2,239 sq.km. নি হায়না চাওথোকখ্রে।

*N.B. - মখোয়না মণিপুরগী মেপ অসিদা (Tribal ancestral domain) চীংগীমী মপা-মপুগী লম হায়দুনা চাদা ৯০ হেন্না য়েক্লগা মণিপুরী (মৈতৈ) ancestral domain হায়দুনা চাদা ১০দগী হহনা পীকপা মেপ অমা উৎলি।*




মণিপুরগী মীশিং য়াম্বা কাঙবুগী রাজনীতিগী শান্নবা অসিদা এম এল এ ৬০ গী মনুংদা চাংমী ১৯ খক্তমক য়াওজে, অদুনা চীংমীঐখোযগী লাউজবা খোঞ্জেল অমদি ঐখোয়গা মরী লৈননা কান্নজগদবা পুম্নমক্তা অমত্তা তাবীদে, তৌবিদ্রে।

প্রোপ্রোজেল (এ)

মণিপুরগী এসেমব্লিগী সবজেক্ট অসি অমুক হন্না নোর্থ-ইষ্টর্ন (রিওর্গনাইজেশন) এক্ট ১৯৭১ (৮১ ওভ ১৯৭১ সেক্সন ৭১ (১)গী মতুংইন্না শেমদোক্কদবনি। মেপতা উৎলিবা A‡OŠev ট্রাইবেলগী লমসিগী এম এল এ ৩০ অদুগীসু মথক্তা ট্রাইবেলশিংগীদমক রাজ্য সভাদা সিট অমগা হেনগৎহনগদবনি, অদুগা অমুবনা উৎলিবা মফম তম্পাক্কী লমগীদক্তা এম এল এ ৩০ ওইগদবনি।

মণিপুর সরকারগী মখাদা চীংমীশিংনা খমথেংনা ৱাবা -

এ) চীংগী লমশিংদা মণিপুর লেন্দ রিভেন্যু এক্ট অমসুং লেন্দ রিফোর্ম এক্ট নমদুনা শন্দোকপীবা।

বি) মৈতৈলোনবু চীংমীশিংদা নমদুনা লোনহনবা।

সি) চাংমীশিংগী ফংফম থোকপা থবক অমসুং প্রমোশনগী রুল থুগাযবীবা।

দি ) চীংমীশিংগী ফংজগদবা ফন্দশিংবু লান্না অমসুং অমরোমদা শীজিন্নখিবা।

ই) এ আই আব অমসুং দুরদর্শনবু পুল্লপ পায়শিনখিবা।

এফ) সরকারগী থবক তৌজবা ট্রাইবেলশিংবু তোয়না ট্রান্সফর তৌবীবা।

জি) কেবিনেটনা ১৩ মে, ১৯৯১ অমসুং ১৭ অগষ্ট, ১৯৮২ দা মথংশিংনা এপ্রুভ তৌখ্রবা সিক্স সেদ্যুলবু চংনহন্দবা।

ঐচ) হৌজিক্কী ষ্টেট গভর্ণমেন্ট এক্ট-বিল অসিদি সিক্স সেদ্যুলগী মওং নত্তে।

প্রোপোজেল (বি)

মণিপুরগী ট্রাইবেল এরিয়াদা সিক্স সেদ্যুল শন্দোকপা অমসুং চংনবগী মওং ইনক্লোজ তৌরিবা-

এ) ড্রাফ্‌ট মোদেলিটি।

বি) প্রোপোজেল এদমিনিষ্ট্রেটিভ ষ্ট্রকচর

সি) প্রোপোজেল ফঙ্কশনেল ষ্ট্রকচর ওভ কাওন্সিল।

দি) গভর্ণরনা মণিপুর এসেমব্লিদা ১৩ মার্চ, ২০০০ দা লাউথোকখিবা মণিপুরদা সিক্স সেদ্যুল চীংদা চংনহনবগী ওফিসিয়েল দিক্লারেশন।

মরম অদুনা ঐখোয়না মণিপুরগী চীংমী (ট্রাইবেল) শিংগী মহুৎ শিঞ্জদুনা ইকায় খুম্নজরবা ইবুংঙো অমসুং ইবুংঙোগী অফবা লোইশঙদা ঐখোয়গী শাজিন্নদনা অওইবা তাঞ্জবা অসিবু লৌবীদুনা আর্টিকল ২৪৪ (২) অমসুং ২৭৫ (১) ভারতকী সংবিধানদা য়াওরিবদু ফংহনবীয়ু হায়না হায়জরি।

*With warm regards from tribal people of Manipur*

Yours Sincerely
**K. Louno Andrew**
Secretary,
SSDCM

# সিক্স সেদ্যুল পীখ্রবদি মণিপুর খুদক্তা মচেৎ তাবা অমসুং কাঙলূপ মশেল হাৎনবগী মরম ওইগনি

(**M.L.R. and L.R. Act Extension Demand Committee** মণিপুবনা প্রধান মন্ত্রি অতল বিহারী ভাজপায়দা থাখিবা মেমোরেন্দম অমগী মীতৈলোনদা হন্দোকপা)

**7 May 2002**

ব্রাফমসিগী মাঙওইননা থমজনিংবদি "চীংনা কোয়না পনশাবা মৈতৈনা কোইনা পনঙাকপা" হায়বা ব্রাফমসি হায়দ্রদি মৈতৈ ঐখোয়গী শক্তম নোংমা শোয়দনা মাঙখিগনি। উখ্রুল, সেনাপতি, তমেংলোং, চান্দেল চুড়াচান্দপুর অমুকসু সদর হিলসকী ইথ্রঞ্চ অমত্তদা লৈরুদবা চৎলুদবা মৈতৈনা মণিপুর পূম্বা মৈতৈগীনি কায়বা য়াদে হায়বদি পুকচেল য়াম্না চাওবগী মওংদা পৃথিবী কায়বা য়াদে, অমেরিকানা অমেরিকানগীনি, জপান্না জপান্নিশিংগীনি, বৃটেন্না বৃটিশশিংগীনি হায়বনি। অদুনা উখ্রুল, সেনাপতি, তমেংলোং, চান্দেল, চুড়াচান্দপুর পূম্নমক নাগা কৌবা অনৌবা জাতি অমদি কুকি চীন কাঙলূপশিংগীনি। য়েৎনফম লৈতে। ইম্ফাল, থৌবাল বিষ্ণুপুরনা চীংমীশিং ময়াং, পাঙলশিংগীসুনি অরেম্বনা নোংমা অচানবা মনাই ওইজগে তাঞ্জরিবা মৈতৈশিংগীনি। মফম অমদা শিবা নাবা খঙদে শিজসনু অমদা থাবল চোংঙগা লোইরে। চীংদা মীতৈ খরা হাৎখিসনু মোরে লম্বীদা লুট তৌজসনু থওইবীদে। ঐখোয়গী ইচা ইনাও ইমুং-মনুং শিরবা মতমদা হৌ-হৌ খরা চোংনরম্লগা সরকারদগী শেল খরা লৌরগা থবক মচা অমা ফংনবা নোম্মগা লোইরে, থবক ফংলগা ইরাই লাইনা পেঙ্খোক্লখি, নুংঙাইথোক্লখি।

চীংগী লম অমত্তদা মৈতৈগী ইঞ্চি অমগী লম য়াওদে। তমগী লমদি পূম্নমক্কীনি হায়বা চুম্মী। ঐগী পোৎ পূম্নমক য়েন্নদুনা চামীন্নসি, মাগীদি মরিক

অমত্তা শোকপা য়াদে মগন্তগীনি হায়বকপদা শাওকরবা কিরুরবদি মৈতৈদি মৈতৈ নৎত্রে। পূক ফত্তবা অশিংবা মৈতৈ ওইরগনি। লোইনমক পীথোকপী মৈতৈ ওইসি। অঙাংশিং ওপন এয়র থিয়েটরদা জগোই শাহনসি, চরা হেল্লসু এলবম কুমহনসি, নোংমা চীংদা নাগা শকহেনবশিংগীদা ইচানুপীগা, ইচল ইচে ময়াম চা হেকপা থাগনি। মশক ফজবা ইরাং পুবী য়াওবনিনা নাগা চা-বগানগী শাহেবশিংনা লুনা তৌজখিনি। রিশাংগী প্লান "মণিপুর ইন ফোব ফোরেন ইনভেষ্টমেন্ট" হায়বদু মঙ্গল ওইববদি মণিপুরদি চা, কোফি, হিদাক্কী পাম্বীশিংনা থল্লবা এসিয়াগী খ্বাইদগী ইনাক খুনবা লৈবাক ওইরগনি। মিংতবু সাওথ নাগালেন্দ থোনখ্রগনি। কায়বা লৈতে।

খরা পারু-তারুবা অশিংবা ওইরুরবদি থরাই নুংঙাইতে, নুংঙাইরোই, ইপং-পংনা নম্বর ফোর খরা গঞ্জা খরা অতৈ-অতৈ কারবার মচা-মশু খরা তৌরগা থকমিন-চামিন্নবা, ঐগীদমক্তা খৎনবা ঙম্বা খরা, মনুংগী য়াওদ্রসু পাউ পীবা ঙম্বা অদুগা কন্ট্রেক্টব ওইরগা ভোট লেপ্পগা লৈবাক্কী মী ওইরগা লোইরে। ইন্দিপেন্দেন্ট তাল্লম্বা নহারোলসু নীংতম্বদি লাইবদুনা শক্তম মাঙদৌরে খঙবদা নাগালেন্দা থক হেক পূনবা ঙম্বা য়াম্ন। শরিৎ-শারাৎ হৈবা ঙাক্তনি ৱাবীদে হায়বগী ৱাখল্লা? মখাগীশিং আসি পাবিয়ু।

এম এল আর অমদি এল আর এক্ট এক্সটেন্সন দিমান্দ কম্মিটিনা প্রধান মন্ত্রি অতল বিহারী ভাপায়দা থাখিবা মেমোরেন্দম অমগী মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা -

তাল্লম্বা মখাগীসি এস এস দি সি এম না পীরম্বা অদুগী ৱাহন্দোক ওইনা ইথোকচবনি।

টু,

শ্রী অতল বিহারী ভাজপায

প্রধান মন্ত্রি

ভাবত সবকার, নই দিল্লি

Dated
7 May 2002

সবজেক্ট : *সিক্স সেদ্যুল পীখ্রবদি মণিপুর খুদক্তা মচেৎ তাবা অমসুং কাঙলুপ হাৎনবগী মবম ওইগনি।*

ইকাইখুম্নজরবা অতলজি,

১. এম এল আর অমসুং এল আর এক্স্ট এক্সটেন্সন দিমান্দ কম্মিটি মরিপুরনা তৌজফম থোকপা ইথৌনি খন্নজদুনা মেমোরেন্দম অসি প্রজাগী মেন্দেটকা লোযননা মণিপুর অসিবু শাথিরবা কাঙলূপ মশেল হাৎনবা মচেৎ মচেৎ তাবা অসিদগী কন্নবগীদমক্তা নেসনেল কম্মিসননা ভারতকী সংবিধানগী থবক মতৌ অসিবু য়েংশিল্লিভৈ খুদক অসিদা লানখৎচরি। খলুলবদা থম্মোয কাযনিংঙাই-ওইরে মবমদি কম্মিশন অসি সিক্স সেদ্যুল দিমান্দ কম্মিটি (এস এস দি সি এম) হায়বা মীংচৎ থিবা বাজনীতি মনুংগী চিরোলনি। মপুক শেপ্পা মী খুজোক খরগী শাজিনবা নাকল অমত্তগী ওইবা ব্রারীনা মণিপুববু থুগায়রগা খা নাগালেন্দ, কুকি হোমলেন্দ নাকল অমমমদা শেম্নবা হোৎনরিবা অদুগী মায়কৈদা পুল্লপ্পা হুমদুনা পুখ্রে। অসুম্না মখোয়না চহী ৪০০০ শুরবা শাংলবা নিংথৌরোনগী ঈ মরী অমত্তনা চহী ২০০০ হেন্না নীংতম্না পাল্লকপা বৃটিশশিংনা ফাওবা ইকাই খুম্ননা শকখঙবা হায়বদি রোমান এম্পেযাবনা ৪৭৫ এ:দি: দা কায়দ্রিভৈদগী লৈরক্লবা লৈবাক্লি য়াশ্রবা লৈবাকসি থুগাযনবাহোৎনরি। ইকাই খুম্নজরবা প্রধান মন্ত্রিনা ব্রাফম অসি কুইরবা লৈবাক অমবু কনবগী ব্রাফমনি খনবীদুনা মীনুংশিগা লোযননা শাংলবা মোমেরেন্দম অসি অখাং কনবগা লোয়ননা পাবীদুনা খনবীয়ু ।

২. অদুম ওইনমক কুইরবা লৈবাক অসি লোৎতুনা থম্লবগুম্না চহী ২০০ রোমগী মমাঙ অসিব্রাইদা পোলোগী হৌরকফম্লি হায়না ফোঙনরকখি অদুগা হন্দক্তা নৌহৌনা শান্ন-খোৎনবগী লমদা, সংস্কৃতিদা, হুয়েন লালোংদা, মহৈ মশিংদা, বিজ্ঞানদা অতোপ্পা লম কয়াদা শকখঙনরকপা

ওইদুনা ইনখৎলকপা চাওখৎ-কনখৎলকপা মতম অসিমক্তদা ভারত সরকারনা চীং তম হায়না তোঙান তোঙানবা ব্বায়েন থৌদাগী আইন চৎন-হন্দুনা লমতু খায়দোক্লবদা অশেংবা মওং তৌবীদদুনা চীংনা তোঙান, তম্না তোঙান তাহন্দুনা ভারতকী চীংলৈবাক হিমাচল, জম্মু কাশ্মীরদ, নাগালেন্দদা তৌনদ্রবা কয়া তৌদুনা চীং তম খাইদোক্তুনা মচেৎ মচেৎ শেগায়দুনা হাৎকদৌরি।

৩. সিক্স সেদ্যুল অসি এস এস দি সি এমনা তানবদা করিমত্তা য়েৎপা খোৎপা লৈখিদে হায়বদো কৈদৌঙৈদসু চুমদে, অরানবনি । মফম কয়াদা মতম কয়াদা সিক্স সেদ্যুল তানবগী মায়োক্তা প্রজাদা খঙহন্দুনা অকনবা মীটিং কয়া তোয়না পাঙথোকখি । য়াম্না খুদোংথিরবা চরাংনবা মতমসিদা সিজফয়ার ব্বিদাউট টেরিটোরিয়েল লিমিট হায়বসি তাং ১৪ জুনগী ২০০১ দা লাউথোক্লকখিবদগী প্রজাগী অশাওবা অমদি হকচিনবা ব্বাখলগী ঈহৌ অদু সিজ ফয়ার এক্সটেন্সনলোমদা ওন্নশিনখিবনি। অদুনা সিক্স দ্যেলগী খুদোংথিবা অসি পিকথনা উদুনা নাকলদা থৈদোকউরে অদুবু হৌজিক্তি মদু অরানবা ব্বাখলনি অমদি অমরোমদা সিজ ফয়ার অদু নাথৈদুনা লান্দাশিন্নবা; মরু ওইবনা সিক্স সেদ্যুল অসি তুমিন্না তানবা ওইরমগনি ফাওবা থন্নরে । মরমদি মহৌশাসু মণিপুরগী লম খরদা সিজ ফয়ার এক্সতেন্দ কয়া তৌখ্রবনি। নোংমৈ কাপ্নগুমসি হায়বনি লম লৌখিবদি নত্তে। অদুগা সিক্স সেদ্যুল দি আইনগী মতুং ইন্না মথং মথং লৌখিগদৌরিবনি। অদুনা পি আরগী মতমদসু এন্টি সিজফয়ারগী মতমদুদসু গভর্ণরদা মেমোরেন্দম কয়া সিক্স সেদ্যুলগী মায়োক্তা থাখিবনি। অদুগা আই দি স্বামি ইউনিয়ন মিনিষ্টর ওফ ষ্টেট হোমদসু সিক্স সেদ্যুলগী থোক্লকপা য়াবা খুদোংথিবা কয়া খঙহনখ্রবনি । অদুগা মহাক মশামক্লা মাগা উন্নরুবা কাঙলূপ অমনা হৌদোক্তুনা পুকৎলম্বা ইউনিফোর্মিটি ওফ লো ওর কম্মন লো এন্দ এদমিনিষ্ট্রেসন (চপ মান্নবা ব্বায়েন থৌদাঙ আইন অমত্তা ওইবা) অদু চীং তম অনীমক্তা চৎনহনবা হায়বদো মহাক্লা য়াম্না য়ানিংনা তাথোক তাশিন তৌদুনা হংনখি। অদু নৎত্রবদি চাদা ৯২ মণিপুরদি চীংলৈবাক্তি। (ইকোন

কোনবা সেট্টিলাইটকী Report তগী খ্ঙবা) চাদা ৮ তনা তম্নি। অদুনদি মণিপুর অসি চীং লৈবাক্নি। অমুক্কসু জিওমোর্ফোলোজিগী মতুং ইন্না মণিপুর অসি লোক্তাক প্লেতো হায়না খঙনবা প্লেতো (লৈতেম মান্নবা চীংদোংগী তম্পাক)নি।

৪. অদুনা মখোয়না যূম্ফম য়াওদনা লান্না হেক্তা ত্রাইবেলশিংদি মণিপুর সরকারগী মখাদা খম থেংনা ৱারবনি হায়দুনা ৱাকৎলিবা শ্রীদিলিপ সিংহ ভুরিয়া চিয়রমেন নেসনেল কম্মিসন ফোর সেদ্যুল কাষ্ট অমদি সেদ্যুল ত্রাইব, ভারত সরকারদা তাং ৩-১-২০০১ দা লানখৎলিবা ''নোর্থ ইষ্টর্ন রিওর্গেনাইজেশন এক্ট ১৯৭১ গী মনুংদা মৈতৈ নৎত্রগা মণিপুরী হায়বসি হোংদোক্-হোংজিন য়াবনা ময়াম্না খঙনবা মী নৎত্রগা মৈতৈলোন ঙাংবা তমদা তারিবা মণিপুর তম্পাক্কী মীদুতবু খঙনৈ। ১৮৭৩ ফাওবা মণিপুর অসি ৭০০ স্কোয়র মাইলদনা শারম্বনি। অদুবু ঙসি য়াম্না ঙক্লিবদি তম অসি ২,২৩৮ স্কোর কিলোমিটর য়ৌনা খঙহেন হেনগৎখ্রে। অমরোমদনা মশীং য়াম্বনা ঙম্বা দিমোক্রেসিগী রাজনীতিদা মণিপুরগী ষ্টেটকী লেজিসলেচরদা মেম্বর ৬০ গী মনুংদা ত্রাইবেল ঐখোয়গী মেম্বর ১৯ থম্বীবনা মরম ওইদুনা ত্রাইবেল ঐখোয়গী খোঞ্জেল ঐখোয়গী শাগোন্নবা অৱাবগী ৱা অমত্তসু তাবীবা লৈত্রে।

৫. মথক্তা মখোয়না পীশিল্লক্লিবা মরাল অসি মী খুজোক খরনা শেমজিন-শাজিন্দুনা হায়জিল্লগা মৈতৈ পূন্নমকপু শাওহন্দুনা খোইদৌ শিক্লবা মতুংদা চাদা ৮ তমগী লম্বু খায়দোক্তুনা থনমগে তৌবনি।
অদুবু মৈতৈ হায়বা ঐখোয়সিসু অকোয়বদা লৈরিবা চীংশাংশিং হায়বদি উখ্রুল, সেনাপতি, তমেংলোং চান্দেল অমসুং চুরাচান্দপুরনচিংবদগী কুমথরক্তুনা তারবনি হায়বসি ইতিহাসনা, জিওগ্রাফিনা, সাইন্সনা প্রমান তৌখ্রবনি। মসি টি সি হুদসনমক্তা মৈতৈগী হৌরকফম অমদি লোন অসিদা চিংনবা লৈতনা চীংদগী হৌরকপনি হায়না মাগী "The Meiteis and Naga Tribes of Manipur" হায়বদুগী পেজ ৬ তা ইরিবদুনি মখাদা অমুক খন্নরক্কনি। মৈতৈগী মপা মপুগী হৌরকফম খুভম মশীং লাকঙমদনা চীংদা

লৈবিবশিংগী মনুংদা কৌব্রু. নোংমাইজিং থাঙ্গাল, থাংজিংনচিংবা কয়া লৈবি। হৌজিক ফাওবদা মৈতৈশিং অসিনা মফমশিং অসিদা তত্তনা চৎতুনা মখোয়গী চৎনবী হৌনবী মপা মপুগী লাইনিং লাইশোন তৌনবা চৎতবা যাদবা ওইনা লৈবনা চৎনরি ।

তম্পাক অসি ঈশিংনা থুমদুনা লৈরম্বনা মৈতৈশিংনা ঈশিং কংখিদুনা তমদা তাবা য়াবা মতমদা কুম্লক্তুনা তারবনি। পাখঙবনা ৩৩ এ দিদা পানবা মতমদা পোলোসু শান্নবম্লে অদুগা পাখঙবনা কৌব্রুদগী নোংমাইজিং চীংলোমদা হি হোন্দুনা চৎলম্বগী ৱাবী কয়াসু লৈ। য়েক সলাই তরেৎনা য়ানশিন্নখ্রবা মতুংদা অঙোম হায়দুনা খূৎকন পাংগনবা মৈতৈ কাঙলূপ অমা ওইরিবা কাঙবু অসি উখ্রুলগী শিরোই চীংজাও অমসুং মনাক নকপা মফমশিংদগী হৌরক্লগা তমদা কুম্মকখিবনি। হুন্দুংগী তাংখুলশিং অসি মৈতৈ অমসুং মৈতৈ নিংথৌশিংগা নক্লবা ঈ মরি ওইবা কাঙলূপনি। নাগা কৌজখ্রবা তাঙ্খুল খবা হায়র্বদি কোন্না শোমবা চীংশাং পরিংদগী লাকপনচিংবা খবদি মরোল তোঙাল্লি হান্নগী মৈতৈ মপা মপুগা অঙোম, খাঙবা ঙানবা, মঙাংনচিংবগা হৌবকফম তিন্নবা তাঙ্খুলশিংনা অনৌবা তাঙ্খুলশিংগী মরোল খঙদে। তাঙ্খুল কাঙবুশিংনা অমগা অমগা লোন খঙনদ্রিবসি অতোপ অতোপ্পা তোঙানবা কাঙবু ঙাক্তনি হাযর্বসি লাইনা খঙলবা খুদম ঙাক্তনি। ইতিহাসনা, ভুগোলনা শাক্কি ওইরবা ৱাফম অমনা বৃটিশশিংনা ভারত অমসুং মণিপুরদা লাক্ত্রিঙৈদা মণিপুরদা নাগা হযবসি মমিং লৈরমদে নাগা কৌবা জাতি লৈবমদে। মখোয় অসি তাঙ্খুল, মরিং কবুইনচিংবা হায়দুনা মশা মশাগী কাঙলুপ্পুবু খঙনবম্মী। (খুদম ওইনা অনাল খববু থেমদুনা অমদি কিহন্দুনা নাগা ওইহনখ্রে। তঙ্খায় অমনা হান্নগুম কুকি ওইহৌরি।

মখোয় মশেল মান্নরিবসি মোঙ্গোলোইদ জাতি ওইবদুতনি

৬. নাগা ক্লব হায়বসি ১৮৮১ দা লিংখৎখিগনি হায়বসি কনামত্তনা যেৎলরোইদবা অচুম্বনি। সেকেন্দ ৱার্ল্ড ৱারগী মতুংদা বৃটিশকী দিপ্যুটি

কমিস্নার সার চার্লেশ পাওসে হায়বা অমনা ''নাগা হিলস দিষ্ট্রিক্ট কাওন্সিল'' হায়বা অমা ১৯৪৫ তা শেমখিরম্মী অদুগা কাওন্সিল অসিমকপু ১৯৪৬ তা নাগা নেসনেল কাওন্সিল (এন এন সি) হায়দুনা মমিং ওইহ্লোকখিরম্মী। অদুনা অঙকপা ফংনা চাওখৎহনবা ক্লব অমদগী নেশন ওলহনবা ঙম্বগী অশেংবা মেজিক (যাদু) অসি বৃটিশ মাষ্টর তনা তৌবা অমদি পাংথোকপা ঙম্মী অতৈসু তম্বীবা ঙম্বসি মখোয়তনি। মবম অদুনা ঐখোয়গী ওইনা হায়গদবদি নাগা হায়না মিং থোনখ্রবসসু ফংখ্রবসু তোঙান তোঙানবা জাতি তিন্নদবা, লোন তিন্নদবা হৌরকফম তিন্নদবা অমনা অমগী লোন খঙদবা মখল মথেলগী মীশিং অদু মখোয়গী অপূনবা চাওখৎ থৌরাংগী ওইবা ৱাফমতদা ক্লব ওইনা অদুগা ওর্গেনাইজেশন ওইনা লৈগদবনি। মৈতৈ ঐখোয়সু কুকিশিংনা তোয়না ইবা নাগা হায়বসি ওর্গেনাইজেশননি, জাতি নত্তে হায়বদো মদুমক ঐখোয়সু হায়রি। অদুবু সিগুম্বা ওর্গেনাইজেশন অমনা মরম ওইদুনা মণিপুরবু মচেৎ মচেৎ তাহনবগী ৱাদি কনামত্তনা যাদে সিমোন কম্মিসননা হায়বা ১৯২৯ গী ৱা, AKBAR Hydari গী 1947গী point৯ নাচিংবা নচিংবা পূম্নমক ঙরাংতগী বৃটিশকী মতৌ তমদুনা দিভাইদ এন্দর রুল পোলিসিগী মুর্ত্তি শাগৎতুনা মণিপুরগী অশেংবা মৈহৌরোনগী ৱারিদি অমত্তা খঙদবা, নৈনদবা, মী খরনা শেমজিনবনি। মখোয়না বৃটিশকী অনিংবা মখাদা থম্বা য়াবা খৃষ্টিয়ান ষ্টেট শেম্নবা হোৎনরম্বনি। লেংদ্রবা খুদমদি বৃটিশকী খূৎশিন থৌরাংগী মখাদা Sir Regional Coupland হায়বা নুপা অমনা ইন্দিয়ানা নীংতম্লবা মতুং ফাওবদা নাগালেন্দবু ''ট্রষ্ট টেবিটোরি'' নৎত্রগা ''ক্রাওন কোলোনি'' অমা ওইনা বৃটিশকী ওইনা থম্নবা হোৎনরম্মী। মখোয়না মদু ঙমদবদগী তোঙান তোঙানবা হৌরকফম লাকফম তিন্নদবা লোন তিন্নদবা খরনা টিবেট লোমদগী, খরনা চিনারোমদগী, খরনা ভুটানলোমদগী, থাইলেন্দ, বর্ম্মনচিংবা মফম কয়াদগী লাকপা কাঙলূপ মচা মচা কয়াবু পুনশিল্লগা পীক্লবা মণিপুর হায়বা হিন্দু রাজ্যসিদা তিংখং চবুন চবুন শেমদুনা খৃষ্টিয়ন রাজ্য অমা মদুসু বৃটিশ, অমেরিকাগী ইচেন ইরৈ মকাদা থম্নবা হোৎনরম্মে। কাঙলূপ ময়ামসি

হৌরকফম তোঙানবা ঙাক্তনি, মখোয়দা হেক মান্নরিবা হায়ববু মোঙ্গোলোইদ জাতিনি হায়বসিতনি।

(এ) মখোয়গী মান্নবা ফীভম খরা

অতোপ্পা মখোয়গী মান্নবা ফীভম খরদি ত্রাইবেলশিং অসি শেল-থুমদা য়াম্না লাইরৈ অদুগা লম্বী থোং পাউ ফাওনদবগী খম থেংবা অৱাবা ওই। মণিপুর নত্তনা অতৈ অৱাং নোংপোক লমদমশিংদদি মখোয়না চাওখৎলবা তম্মীগী মরক্তা তাবা ঙম্বগী শক্তি লৈতে। অদুনা মখোয়না চাওখৎলবা লাইরিক-লাইশু হৈরবা, ইনাক খুনবা তমগী মীশিংবু য়াম্না পামজৈ, মিতাজৈ, মখোয়না ৱাবনিনা তমগী নুংঙাইবদো পামজৈ।

(বি) পামজবা মীহৌজবদুনা কল্লক য়েংথিবদা ওল্লকখি

মতমগী মতুং ইন্না পামজবা মিহৌজবা অদুগী খম থেংবা মওংদদি কল্লক যেংথিবা মোৎ মান্নরক্তবগী মরু হুনফম পোকফম মফম ওইরকই মদুবু অমুক ইনোৎ হাপ্লিবনা ফোরেনগী রুলরগী ধর্ম্ম খৃষ্টিয়ানিতি চৎখিবা অদুদগী অমুকসু হেনগৎখিবনি। মসিনা মখোয়দা মতেং পাংলিবদি মখোয়গী অপূনবা উইল অমা, হক্লা পামশিনবা কয়াগা লোয়ননা ওর্গেনাইজেশন অমা শেম্বা অদুগা মমৈদা মখোয়গী বৃটিশ মাষ্টরশিংগী লমজিংগা লোয়ননা জাতি অমা শেমগৎপা অসিনি। অদুগা মখোইনা ৰ্কিরিবা তমগী চাওখৎলবা, ইনাক-খুনবা, খুমাং চাওশিল্লবা কয়ানা মখোয়গী চীংদা লৈশিল্লবদি মখোয়বু নমথবীদুনা মুৎহনবীগনি হায়বসু অসামগী ত্রিপুরাগী ৱাফম ওইনদি খরমখৈ চুম্মী।

(সি) মণিপুরগীদি মথক্কীসিগী খেন্নে

মণিপুরগী ওইনা য়েংলুরগদি মসি পুমখেন খেন্নে। চীং অকোয়বদা লৈরিবা চীংমীশিং অসি তমদা কুল্লক্তুনা অথিংবা লৈতনা খুন্দারবা য়াই। তমগী চাওখৎপা নুংঙাইবা শরুক ফংমিন্নে, মরমদি হান্নগী খুন্দাখিবা মৈতৈ কৌবশিংসিসু নীংশিংবা ঙমদ্রবা মতম কয়াদগী হৌনা কাঙলুপ কাঙলুপ,

শাগৈ শাগৈ পূন্না পূন্না তোঙান তোঙানবা মতমদা কুমথরক্কুনা খুন্দাখিবা ঙাক্কেনি। মরম অসিম্মক্লা খুদম অমা উৎলদুনা চাদা ৮% তম ওইবা তমগী শরুকসিদা য়াম্লবা মণিপুর পূম্বগী চাদা ৭০ পোপ্যুলেশন চগুংননা তাশিল্লিবসিনি। অদুনা খুন্দা-লৈতা লৌউ-শিংউ য়ৌশিন্দ্রিবা চীংগী লমশিংদা শেমগৎ-শাগৎমিন্নদুনা চীংদা সহব কয়া শেমগৎতুনা মহৈ মরোং থাদুনা লৌউ-শিংউ তৌদুনা শেমগদবনি। চীং তম অসি য়ান্ন-য়ান্ননা দিষ্ট্রিক্টশিং শেমদুনা চপ মান্নবা আইন অমগুং ৱায়েল থৌদা অমত্তগী মখাদা থম্লবা শীন্দোক্কদবনি।

(দি) চপ মান্নবা মীশিংদা তোঙানবা আইন চৎনরোইদবনি

হৌরকফম মান্নবা, মখল অমত্তা ওইবা ষ্টেট অমগী চপ মান্নবা মী পূম্নমক্কী মথক্তা তোঙান তোঙানবা মখলগী লো অমসুং এদমিনিষ্ট্রেশন চৎনফম থোক্তে। ইকোনোমিগী ৱাখল্লোন্দগীসু লৌউ-শিংউবদা পাম্বে ওইবা ষ্টেটকীদি হেক অফংবা লম মখৈ অরৈবা মী মখৈ থবক শুহন্দুনা শীজিন্নগদবনি হায়বসি মণিপুরগী ওইনদি চুম্লবনি। "রিশাংনা মণিপুরদা ফোরেনগী পৈশা মতেং থাদহনগনি" হায়বসি কিনিঙাই ওইবা খৃৎশিলনি। (মখাদা খন্নরি) মথক্কী মণিপুর তম্পাক্কী ওইনা মৈতৈগী ওইবা লমসি ৭০০ স্কয়র মাইল তনি হায়দুনা লান্না হায়জিনলিবা অসিগী অশেংবা অচুম্বা রেকোর্দশিংদি মণিপুরনা বৃটিশ শম্নরকপা মতমদসু মণিপুরদি নিংথৌগী মখাদা পুন্না লৈরম্মী। মসি হৌজিক্কী মতমগী ষ্টেটকী ২২,৩২৭ স্কয়ার কিলোমিটরসিদগী য়াম্না হেন্না চাওরম্মী।

(এ) মহারাজ গরিবনিৱাজ (মৈতৈ পাঙলশিংনা পীবা পামহৈবগী মিং)

১৭০৯-১৭৪৮ না মণিপুরগী লম অসি খা-নোংচুপ্তা চিনদ্বিন অমসুং ইরাৱদি তুরেলগী তিন্নফম ফাওবা শন্দোক্লম্মী। "লানফমদা মায় পাক্লবা গরিবিনিৱাজ মহারাজনা পাল্লিঙৈ পুন্সিদা মণিপুরীশিংনা খন্ননিংঙাই ওইবা শক্তি পাঙ্গল কয়া লৈরম্মী, মসি লান্দা মায়থিখিবা বর্ম্মিজশিং মশাগী ইতিহাসিক ইজরকপা অচুম্বা ৱানি, অদুনা মসিদা চিংননিঙাই খৃদীংদি

মশানা থাদোক্লগদবনি।'' পেজ ৩৯ Gazetteer of Manipur by E.W Dun BSC in the Intelligence Branch Quarter Master generals Department in India first published in 1886 অদুনা মণিপুব অসদি হৌজিক লৈরিবা ২২,৩২৭ স্কয়ার কিলোমিটরসিদগী শরুক অনী হেন্না চাওদুনা অসামগী সদিয়া ফাওবা শন্দোক্লম্মী । (১৮৮১) গী নাগা ক্লবকী ৱাবী সিমোন কমিশন ১৯২৯ অমসুং আকবর হাইদরিগী এগ্রিমেন্টনচিংবা পুম্ন মক ঙরাং-নহানগী য়ূম্ফম য়াওদবা শেমজিন-শাজিনবা নাকল অমগী কান্নবা, খুদোংচানবা য়েংবদা থাইনগী মৈহৌরোলগী অচুম্বা কয়াবু লোৎলবা, মৈতৈশিংগী হকপু নমথদুনা, থওইদদুনা মৈহৌবোনগী ইতিহাসকী অশেংবদুবু শাশিন্নবা অনৌবা ৱারীনা থুগায়হন্দুনা মৈতৈবু থৱাই শোকহল্লগা শক্তম মাঙহন্নবা শীনবনি।

(বি) ট্রাইবেলশিংগী খোঞ্জেল তাবীদ্রে হায়বা:

মখোয়না অমুকসু হায়জিল্লিবা ''ট্রাইবেলগী খোঞ্জেল মখোয়গী মরমশিং অমত্তা তাবীদ্রে'' অদুগা ট্রাইবেল এম এল এগী মশিং ৩০ শুহনগদবনি অদুগীসু মথক্তা রাজ্য সভাদা ট্রাইবেল এম পি অমগী রিজর্ভ তৌগদবনি হায়বনচিংবসি যাম্না খুদোংথিনিংঙাই ওইবা, হেঞ্জিনবা অরানবা পাউ তমশিন্দুনা অচুম্বা লোত্তুনা থম্বনি । হৌজিক মণিপুরগী অপূনবা মীশিং ২৩,৮৮৬৩৪ শুরিবসিদা (দিমোগ্রাফিক) মীশিং মীকোক্লচিংনবা নৈনবা অমা দরকার তাবা উৎলদুনা চীংগী লমদা চাদা চহী ১০ দা ৪৮.৬% হেনগৎলি অদুগা তমদনা চাদা চহী ১০ দা ১৮.৫% গুম্বদং (১৯৯১-২০০১) ফাওবদা হেনগৎলি । অদুগা ২.২% গী চাং ওইরিবা সেদ্যুল কাষ্টনা এম এল এ ৬০ গী মনুংদা অমতমক রিজর্ভ তৌই। চীংগী ৩৫% হেনগৎলক্তুনা লৈরিবা চাংসিদনা ২৫% গুম্বদমক চীংগী ট্রাইবেলনি। ১০% অমনা তমগী ট্রাইবেল ওইনা তমদা লৈ। তমদা লৈরিবা ট্রাইবেলশিং অমদি মাইনোরিটি প্রজা খূদীং জেনরেলগী ৪০ সিট্‌স লৈরিবসিদা ভোট থাদবতা নত্তনা লেপ্পা য়াই। ম্যুনিসিপালিটি ইলেক্সনগীদমকসু ট্রাইবেলগী সিট রিজর্ভ তৌই। অদুনা ২৫% চীংগীদমক্তা ১৯ সিট্‌স এম এল এগী রিজর্ভ তৌরিবসি য়াম্মল্লবনি। মখোয়গীদমক্তা য়াল্লবদা

১৫ নৎত্রগা ১৬ দগী হেনফম থোক্কবনি। অতোপ্পা যাম্না খুদোংথিবক্কন্দবা অমনা মীকোক মীশিংগী চাংদা (দিমোগ্রাফিক) তা খঙহোং হোংদুনা নাগালেন্দগী হায়জিল্লকপা যাওনা সেনাপতিদা চহী ১০ সিদা ৮২% মীশিং হেনগৎপা চাদে দললোমদা ম্যান্মাব বোমদগী হায়জিল্লকপা কুকিনা ৭৩% চহী ১০ দা হেনগৎলিবসি যাম্না কিনিংঙাইনি। মৈতৈবুনা লুপ্তুনা শক্তম মাঙদুনা মাইনোবিটিসু ওইবা লমসু লৈজদবা ওইদৌবিবনি।

(সি) ভোট লেপ্পা যাদবা মৈতৈনা ট্রাইবেল এম পিগী ভোট থাদবা

মথক্কী খুদোংচাবসিগী মথক্তা মণিপুরগী এম পি অনীগী মনুংদগী ৩৫% ওইরিবা ট্রাবেলশিংগীদমক্তা ওইনা এম পি অমা থাই। মসিদা ভোটতি লেপ্পা য়াদবা মৈতৈ কন্সটিট্যুশনগী ভোটব ময়াম নোংমৈগী বাজনীতি চৎপা কিহল্লগা চৎনবা চীংগী আউটর মণিপুরগী ভোটব ওইনা চহী ৫০ হেন্না দিমোক্রেসিগী বাইট পীদনা লাল্লিসিদি এস এস দি সিনা পন্দে। সিগীসু মথক্তা রাজ্য সভাগী এম পি ১দি এম এল এ ময়াম্না খল্লগা চীংগীবু ওইরে তমগীবু ওইবে মণিপুবগী ওইনা অমা চৎকদবনি। হন্দকসু চীংগী রিশাং কৈশিং চৎখ্রিবসিনি। সিগীসু মথক্তা ১০% ট্রাইবেল তমদা লৈবনা এম পি নৎত্রগা এম এল এ লেপ্লদা থীংদে। ম্যুনিসিপালিটিদা রিজর্ভ সিট থম্মী। কাদুনা চিয়রমেন কয়া ওইরম্মী তমগী মাইনোরিটি অমদি ট্রাইবেলশিংনা কাদুনা এম এল এ, মিনিষ্টব কযা ওইখ্রে। অশেংবদি লোক সভাদা তমগী এম পি অনী, চীংগী এম পি অমা বাজ্য সভাদসু তমগী এম পি অনী চীংগী এম পি অমা অদুগা চীংগীদমক্তা এম এল এ ১৬ সেদ্যুল কাষ্টকী অনী তমগী চীংমী, তম্মী য়ান্ননা লেপ্পা য়াবসিদা ৪২ য়ামদ্রবদা ওইফম থোকই।

(দি) মৈতৈদি মখোয় মশেল হাৎনৈ

মৈতৈদি কাঙলূপকী ওইবা কয়া খন্দে, কাঙলূপকী মচু শংদে। অদুবু মখোয়গী খ্বায়দগী ফত্তবদি পৈশা কা হেন্না চোপথনা পাম্মী। মখোয় মশেল চীফ মিনিষ্টবগী, কেবিনেট মিনিষ্টবগী অদুগা পৈশা থোকপা পোর্টফোলিও মুন্নবদা অমগা অমগা ইষ্ছুনগনি। মখোযনা অতৎপা লৈতনা খৎনবসিনা ট্রাইবেলশিংনা

খন ওনবগী চাংদা নাকল অমদা চোংশিন্দুনা কান্নবা ফংনবা তাঞ্জা লুমদুনা লৈ। পুম্নমক অসি লোৎতুনা থম্মগা এস এস দি সিনা সিক্স সেদ্যুল তান্নদুনা অরোনবদা অতোপ্পা ষ্টেট অমা মতুংদা শেম্নবা হোৎনরিবসি নেশনেল কম্মিশন ভারতকী সংবিধানগী থবক মওং য়েংলিবসিনা খঙবা ঙমদ্রে অদুবু সেন্ট্রেল গভর্ণমেন্টনা মনুংদা করি শবৌ শেমদুনা অতোপ্পা খুজিল-থৌরাং অমা লৈব্রা হায়বদি ঐখোয়না খঙবা ঙমদ্রে।

মখোয়না মথক্তা হায়জিল্লিবসি লাল্লি হায়না মখাগীশিং অসিনা ময়েক শেংনা উৎলি :

ট্রাইবেলশিংতগী ওইবা লমনি হায়বা অমা লৈরমদে -

(এ) "মণিপুব লেন্দ রিভেন্যু অমসুং লেন্দ রিফোর্ম এক্ট নমদুনা ট্রাইবেল এরিয়াদা চৎনহনবনি" হায়জিল্লিবসি লাল্লি। অহানবদা মণিপুরদা ট্রাইবেল লেন্দ হায়বা অমা তোঙান্না লৈরমদে অদুগা লৈসু লৈত্রি। অদুনা এম এল আর অমদি এল আর এক্ট নমদুনা শন্দোকহল্লি হায়বগী ৱাহং অসি হংনিংঙাই ওইদ্রে। অদুবু মণিপুর সরকারনা মতীক চাদবদগী চীংগী লমদা লম ফাওবা সর্ভে তৌবা ঙমদবদগী এম এল আর অমসুং এল আর এক্ট শন্দোকপা ঙম্লক্ত্রি হায়রবদি মখোযনা হায়রিবসি চুম্মী। সর্ভে তৌদবা লম অদুগা লেন্দ লো লৈতবা চাওরবা মফমশিংদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা নাগা কৌরিবশিং অদুগা কুকিশিংনা মণিপুরগী চীংশাং পরেংগী ৱাংমদগী ফাওবা য়াওনা তাররে। মীরমলেন মচা লাকপনা কাঙলূপশিংগী মীশিংগী চাংচৎ কাইহন্দুনা, মরু ওইনা সেনাপতি অমদি চান্দেলগী চীংগী লমদা মীশিং য়াম্না হেনগৎনা লৈশিল্লরে।

(বি) অচৌবা মী কাঙলূপকী থৌদাং

তোঙান তোঙানবা মী কাঙলূপশিংনা অমগা অমগা চারৌ-মৌরৌনখিবা, য়ানশিন-তিনশিন্নখিবা অদুনা মরম ওইদুনা মণিপুরগী অচৌবা কাঙলূপ সলাই তরেৎনা তিন্নখিদুনা মৈতৈ হায়বা খ্বায়দগী চাওবা মী কাঙলূপ অমা শেমখি। মতমদুদগী হৌনা মৈতৈশিংনা অচৌবা কাংলুপ অমা ওইবগী মথৌদাং থৌবু ওইনা লৈবাক মনুংগী কাঙলূপ মচা মচা জাৎ মচাশিং খৎনবা






থুগায়নবদগী ঙাকথোকপদা অদুগা মপানগী লৈবাক্শিংনা লাকশিল্লকপদগী কখোকপগী থৌদাং পুরকই, অহানবা কাঙলূপ অমসু খরা চাওবা লাকশিনবা কনবা কাঙবুনা ওৎপীবা থুগায়বীগদবগী মৈতৈশিংনা ঙাকথোকপীরকখি। মৈতৈশিংনা অমসুং মতুংদা মৈতৈ পাঙলশিং অসিনা মণিপুরগী তুংগী লাইবক লেপচবা অমসুং কঞ্জবগী থৌদাং পুরক্লি। মচি মচি খরদা হৌরকফম অমদি লোন তিন্নদবা পীক্লবা কাঙলূপ মচা মচাশিংসিদি শীংথানরুবা য়াদনা লৈরম্মী। মদুদি মখোয়না বর্ম্মা, অসাম, বৃটিশ নৎত্রগা মপানগী শক্তি অমত্তনা লান্দারকপদা কাঙলূপ মচাশিংসিবু থানরুবগী ৱা লৈত্রে। মণিপুরবু কন্নবা লানজাও অমত্তদা মখোয়গী থবক শরুক চীং-তমসি কনবদা থোইদোকপা য়াওখিদ্রি।

(সি) মৈতৈশিংনা মণিপুরবু ঙাক্লকই অমসুং কল্লকই

নেশনেল কমিশন অসিনা চানবীদুনা মণিপুরগী ইতিহাসকী রেকোর্দ অমসুং একাওন্টশিংদু থীগৎপীরগা খঙবীয়ু খুদম ওইনা মহারাজ গড়িবনিৱাজনা শিরবা মতুংদা মণিপুরদা লৈবাক মরা চেৎলমদে অমসুং মবাং মরাং তৌরম্মীবদো নিংথৌমচা মশেল অমগা অমগা তোয়না খৎনবদগীনি। ফীভম অসিগী খুদোংচাবা অদু লৌদুনা বর্ম্মাগী নিংথৌ আলোমপরানা লান্দারক্তুনা মণিপুরবু চহী ৭ (তরেৎ) ১৮১৯-১৮২৫ এ দি ফাওবা থুগায়দুনা তানখাযদুনা থমখি। মহারাজ গম্ভীরসিং (১৮২৫-১৮৩৪) এ দি) অমসুং মহাক্কী মনাও নরসিংহ অনীনা বর্ম্মীজবু তাহ্বোক্তুনা মণিপুরবু অমুক হন্না খুন্দা-লৈতাহন্দুনা ঙাকখি।

অসুম্না মণিপুরবু অমুক হন্না লৌশিল্লবা মতুংদা গম্ভীরসিংহনা খুল কয়ামরুম খুদুম চনশিল্লম্মী, মসিদা খ্বাইদগী চাওবা খুল কোহিমা য়াওরে, মসিগী নুংপাক অমগীমথক্তা মহাক্না লেপ্লগা জয় তৌরম্মী হায়বা খুদম উৎনবা মহাক্কী খোঙ্গুল হকহল্লম্মী। মসি পেজ ২৩ দা Manipur and Naga Hills হায়বা Major General Sir James John Stone, মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরম্লদুনা ইবদা য়াওই। মতাং অসিদা অদোমগী থৌজাল অমদি কন্না খন্থবীনবগীদমক্ত, করি তৌসিগে লেপ্পীনবগীদমক্তা পনবা য়াই মদুদি ১৮৮১ দা হায়বদি চহী তরেৎ খুন্তাকপগী মতুং চহী ৫৬ শুরবা ফাওবদা

মণিপুরগী তমদা মী ১,৩৫৭৮২ খক্তা ঙাইরম্মী। চীংদনা চীংমী খরদং মচোই-মচোই খরা তারম্মী । তাংখুলশিং হায়বদি হৌজিক্লা নাগা মিংথোল তপশিনখ্রবা নাগাশিংগী মরমগীদমক্তা লুচিং পুরেল ওইখ্রবা মখোয়সে মশীং ৪,৪৪০ অদুগা কুকিনা ৮,৪৭৬ তা লৈরম্মী । অদুগা মৈতৈবু শাওহন্নবা বম্মীজনা থাজিল্লকপা কুকি অরিবনা ৮,১৮০ অদুগা কুকি অনৌবনা ১৭,২০৪ পূন্না ২৫,৩৮৪ ওইবম্মী। মসি Capt. E.D.W. Dun BSC না পূনশিনবা ১৮৮৬ কী Gazetteer of Manipur হায়বদুদা ইরম্বদগীনি। মরম অসিনা ময়াম পুম্নমক্না য়ানগনি মদুদি মণিপুরবু কল্লক-ঙাক্লক্লিবা অসি মৈতৈ হায়বা অচৌবা কাঙলূপ অসিতননি। অদুনদি মৈতৈনা মণিপুর অসি অতোপ্পা শিংগীদমক্তা ৭০০ স্কার মাইল অসিতনা তমগী মীশিংগীনি হায়দুনা থমহৌরগা মণিপুর পূম্বনা মনিং তম্বা ষ্টেট অদুদগী মথং মথং মপূং ফাবা ষ্টেট অমা মৈতৈ নত্তবশিংগীদমক্তা ওইহৌবনা মৈতৈনা কন্দুনা থম্বীরক্লিবরা ?

রিশাং কৈশিংদি নাগা লোইনমক পূন্নবগী লুচিংপুবেলনি।

১০। হৌজিক্তি ঐখোয়গী পূক্নীংদা য়াম্না শেংনা খঙলে, মদুদি MLR & LR Act শন্দোকপদা অথিংবা পীরিবা কাংবু খূদীংমক ফত্তবা লৌশিংগা লোয়ননা মণিপুরবু মচেৎ তাহল্লগা, মৈতৈ হায়বা চীং-তম অনীমক্তা মৈহৌরোলদগী হৌরকফম, তারকফম ওইরিবা মাসিবু তোঙান্না খায়দোক্লম্লগা তোপ তোপ্পা ষ্টেট অমা শেমগে থৌশিনবনি। মতাং অসিদা মতম অদুগী প্রাইম মিনিষ্টর ওইরম্বী ইন্দিরা গান্ধীদা "Naga Integration Committee" গী সেক্রেটরি ওইরম্বা রিশাং কৈশিংনা পি এমনা মণিপুরদা 23rd September 1969 লাক্লম্বদা লানখৎখিবা মেমোরেন্দম অদু লৌথোক্লুনা ইরি । রিশাং কৈশিং অসি গ্রেটর-নাগালেন্দ অমা শেম্নগী অদুগা মণিপুরগী ৯২%থ্ব লমগী শরুক নীংতম্না নাগাগী মফম ওইনবা হোৎনবগী লুচিং পুরেলনি। মহাক্কী মেমোরেন্দম অদুগী লামায় ৩ পানবদুগী খ্বাইদগী অহানবা অমদি ইরোই লোইবা পেরেগ্রাফ অদু মখাদা ইথোক্লি।

"নাগা ইন্টিগ্রেশন কম্মিটি না নাগাশিংদা ফাওজরিবা, মখোয়না পামজদুনতা লাক্লিবা ব্রাখল্লোন্দুগী মশামক্লি খঞ্জদুনা মেমোরেন্দম অমা ইশাগী

ইকাযখুম্নজবগী হক্কি নীংদুনা লানখৎচবি অমসুং অদোমদা অমুক্কা হন্না নীংশিংজবদুনা মখোযগী তত্তনা তাঞ্জবিবা মণিপুরদা লৈবিবা নাগা তাবা লম মখৈ পূনশিনবীদুনা খুদক্তা নাগালেন্দদা পূনশিনবীযু অদুগা নাগাশিংগী রাজনীতিগী চমম্নবসি কোক্লবা হেক যাবিবমখৈ থুনা পুথোকপীনবা হাযজবি।" ... "নাগাশিংনা মাযোক্লবিবা মক ওইবা চাওববা হীবম অসিবু অদোমগী মাঙদা থন্নগা ঐখোযনা যাম্না কন্না হক্লা নহাক্কী হৈশিংলবা। রাজনীতিগী মফমদা বাকৎচবিবদি, নাগাশিংগী শেংলবা তাঞ্জবিবা অসিবু হক্লা লূম্না খন্নবীবা অমসুং খুদক্তা নাগাশিংগী লম পূম্নমকপু পূন্না পূনশিনবীদুনা ভাবতকী অপূনবগী মখাদা অপূনবা নাগা থম্বীযু হাযজবি"

Date - Imphal Yours Sincerely

23rd Sept 1969

1 Ng Mono, President
Naga Integration Committee, Manipur
2 R Keishing
Secretary
Naga Integration Committee, Manipur
সহী তৌবা নম্বর ২ গী মখাদা

৩, ৪, ৫, ৬, ৭, ৮, ৯

সহী তৌবা পূন্না ৯ (মাপল)

তুংগী নাগালেন্দগীদমক্তা তোঙানবা লেন্দলো

১১। মৈতৈশিংদা চীংদা ইঞ্চি অমগী লম ফাওবা পীদনা অতোপ্পা ষ্টেট অমা নৎত্রগা তুংগী হেন্না চাওবা নাগালেন্দ অমা শেম্নগী পাঙথোক্লিংলিবা অদু প্রেসনা ফোঙদোক্লক্লিবা বিশাং কৈশিংগী মরা-অশেংবা, মানা হাযবিবা হিল কাওন্সিলনা পাস্লিবা লেন্দ রিভেন্যু অমসুং লেন্দ রিফোর্ম এক্ট হান্ননা ড্রাফ্ট তৌখ্রে হাযবিবসিমক যেংশিল্লগা শেংনা খঙবা ঙম্মী। মতমদুগী মণিপুরগী সি এম বিশাং কৈশিংগী তাং ১২-২-১৯৯৭ প্রেসতা পীখিবা রাহৈ অশেংবগী মতুং ইন্না অমদি মদুমক্তু নুমিৎ খুদীংগী পাউচে

টেলিগ্রাফকী কোলকটাদগী ১৩-২-১৯৯৭ দা ফোঙলকপা মকোক্কী পরেংদা ''মণিপুবদা মীবৈবাক্কী শেলফম চাউনা থাদরক্লগনি, কৈশিং'' অদুগা লেন্দ লো চীংগী দিষ্ট্রিক্ট মঙাগীদমক্তা দ্রাফ তৌবগী মতাংদনা মিষ্টর কৈশিংনা হায় মদুদি লেন্দ লোগী দ্রাফ অদু ষ্টেট হিল এরিয়া কম্মিটিগী রিকমন্দেশনগী মতুং ইন্না শেমখিবনি। মণিপুরনা ১৯৪৯ দা ইন্দিয়াদা মর্জ তৌখিবা অসুক কুইববা ফাওবদা চীংগী লমশিংদা লেন্দ লো অমত্তা যৌরক্তে। মণিপুরগী লেন্দ রিফোর্ম অমসুং লেন্দ বিভেন্যু এক্ট ১৯৬০ অসিনা তমগী দিষ্ট্রিক্ট অহুমতদা চৎনবনা চীংদা যৌবিদে। লেন্দ লো য়ৌবীববদি চীংগী মীশিংনা অশেংবা পাট্টা পায়জদুনা মশাগী লম মপু ওইজগদবনি'' অসিনি রিশাংমক্লা হায়খিবা ! অদুনদি সিক্স্থ সেদ্যুল দিমাং দ কম্মিটি (এস এস দি সি) না ''নেশনেল কম্মিশনদা নমদুনা এম এল আর এন্দ এল আর এক্টপু ট্রাইবেল এরিয়াশিংদা চৎনহল্লে'' হায়দুনা নমথাক তৌদুনা অরানবা ওইদবা পাউ পীশিল্লে।

১২। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু এস এস দি সি এমনা চীংদা এম এল আর এন্দ এল আর এক্ট শন্দোরকপদা কপকদৌবগী মরম্বু করিনো ? মসিবু অশাবা নুংশিৎ অমুক শিৎচিনবা অঙ্গংবা অমুক হুমজিনবা মণিপুরগী চীংমীশিংগী রাজনীতিরা ? করিগী মমায় অনী লোংবা ওন্ন-তৈনবা কপশিন-লাউশিন্নবা অথিংবনো ?

এ) অমুকসু লম কয়া চাওনা লৌবা য়াবা (Land ceiling) হায়বা লৈতনা ট্রাইবেল (চীংমী) ঙাক্তনা মৈতৈ য়াওদনা চীংগী লম পূম্নমক অসি য়াখোক্ল দুনা য়েছোক্লদুনা, শীজিন্নদুনা, মচা -মশুনা ফংহৌনবা আইন (inheritance) শেম্নবা হোৎনরিঙৈ মতমসিদা ট্রাইবেলশিংনা মণিপুরগী ৮% তা ওইবা তম্পাকসিদসু মৈতৈগা লোয়ননা য়ূম-কৈ লমজাও কয়াগী মপু ওইরিবনি। মসিনা মমৈথং অরোইবদদি মৈতৈশিংবু লমজাওগী মপু জমিং দার ওইরিবা চীংদা চাবাগান্নচিংবা লৈবা তমদা অচৌবা য়ূমসু লৈবা ট্রাইবেল অদুগা ময়াং ইনাক খুনবা কয়ানা থাং-চপ্লদুনা মৈতৈনা মুৎত্রিফাওবা ৱাগদবা শোয়দ্রবনি হায়বসি রিশাং কৈশিংগী চীং ঙাক্তগী ওইবা লমগী আইন থমগনি

হায়বা মখাগীসিদগী খঙবা ঙম্লে মদুদি "মানা হায় ভেল্লিদা চৎলিবা এক্ট অসিনা চীংদা য়ৌহল্লোইদবনি অদুবু ট্রাইবেলগী মীশিংগা খ্বাইদগী চানবা লেন্দ লো (আইন) অমা শেম্লগা চৎনহনগনি।"

বি) অমুকসু ১২-৩-১৯৯৭ দা সপ্লিমেন্টরি বজেট খন্নবগী মতাংদা খুন্নদুনা মহাক্না রাহৌদোক্তা হায়খি "সি এমনা চীংগীদমক্তা অনৌবা *লেন্দ পোলিসি প্রপোজ* তৌই" মহাক্না হায়খি সরকারনা চীংগীদমক্তা অনৌবা লেন্দ লো অমা শেম্নবা থৌরাং তৌরি।

১৩। মণিপুরগী মীশিংগী ৩৫% চীংমীনা ওইরিবসিদা চাওরাক্না চীংমী ১০% মুক্তি তমগী ৩% হেনবা লমদা অতৈ মী কয়াগা য়াওনা লৈদুনা মণিপুরগী চীংগী লম্না ৯২% তমগী লম্না ৮% অদুগা মৈতৈ অমসুং মৈতৈ পাঙলগীনা ৪.৮% লমগী শরুক্তমক ঙাইহৌরবনি। মখোয়না পুম্নমক অসি হান্ননা শেম-শাদুনা থমখ্রবনি মদুগী মতুংইন্না আর্টিকল ২৪৪ এ.গী মতুং ইন্না ওটোনোমস (নিংতৌবা) ষ্টেট অমা হান্ননা তানখ্রবনি। চহী লীশিং মরি (৪০০০) চুপ্না মৈহৌরোলদগী মমা লৈবাক অসিবু শেমগৎচদুনা ঙাকচরক্লবা মৈতৈশিং অসিনা শক্তম মাঙখিগদবগী ফীভম অসি তশেংনা উরবনি। ভারতকী মীশিংনা মণিপুরদা হিন্দুগী লৈবাক অমগী মহুত্তা খ্রাইষ্টকী লৈবাক অমনা হেন্না পাম্ব্রা ? ভারত মচা অমনা ফোরেন লৈবাক মানবা খ্রাইষ্টকী লৈবাক অমদা চঙবনা হিন্দুগী মন্দির মচা মচা লৈবা লৈবাক অমদা চঙবদগী হেন্না পামগদ্রা? নৎত্রগনা সেক্যুলার ষ্টেট অমনা হেন্না পামগদ্রা ।অদুনা মৈতৈশিংনা শেংনা তমজরিবা হায়জরিবা মখাগীসি নুংশিনা খনবীরগা চুম্না তৌবীয়ু। চীংগী লম অমত্তদা মৈতৈগী অশিবা হকচাং ফাওবা পোৎলোইহন্দে, মখোয়না লাপ্লবা চীংগী খৃষ্টিয়ন লমদা শিরবসু পোৎলোইহন্দে।

(এ) মৈতৈনা মৈহৌরোলদগী চীং তমদা তারম্বনি

মৈতৈ ঐখোয়গী ইনাৎকী ওইবা হক অমসুং হেন্না চাউবা হক লৈবনা মণিপুরগী মফম অমদা হেক্তা খুন্দাবা য়াই মরমদি মখোয়না ইতিহাসকী মমাঙদগী হৌনা মণিপুরবু ঙাকথোক-শেংদোকচরকপনি। মৈতৈনা চীং-তম অনীমক্তা খ্বাইদগী হান্না তারম্না কাঙবুনি।

(বি) মৈতৈনা চীং-তম অনীদা নিংতৌনা খুন্দারম্মী, ম f স মণিপুরগী চীং-তম অনীমক্তা ১৫ সেনচুরি ফাওবা চত্থরম্মী। খ্বাইদগী অশেংবা খুদমদি ১৪৬৮ এ দি মমাঙ মতুং অদুরাইদা মৈতৈনা বর্ম্মগী ঙমখৈ ময়া অমসুং বর্ম্মারোমদা ফাওবা শন্দোক্তুনা তারম্বনা ঙমখৈ ময়ামক্তদা ক্বাথা খুলসিদা তাবম্বনি। অদুনা মর্জব এগ্রীমেন্টকী মতুংদা ভাবত্তা পুল্লবা মতুংদা মৈতৈ ঐখোয়না ইমা লৈবাক মণিপুরসিদা তানিংবা মফমদা তাবা য়াহন্দনা ইমা লৈবাক্কী মনুংমক্তদা মীবমদম মচা ওইহনগদৌরিবনো ?

(সি) নাগা হায়না খঙনবা চীংমী মণিপুরদা লৈরমদে

বৃটিশনা মণিপুরদা লাক্লিঙৈদদি শুক্লৈ লৈরমদে। মফি-মরোল ব্রাৎনা শেৎপা নৎত্রগা মফি শেত্তবা ভারতকী অব্রাং-নোংপোক লমগী মোঙ্গোলোইদ জাতি ওইবা মীশিংসি মশক ইমান-ইমান মান্নে। বৃটিশশিংনা মখোয়গী মপাঙ্গোংগী মান্নবা মওং-মতৌদুনা নাগা হাযনা থোনজিনখ্রবসু, মখোযবু জাতি অমা ওইবসি অচুম্বনি হায়রবদি য়াম্না অমাঙ-অতা থোক্কদবা লান্না শাজিন দুনা নমদুনা চুমহন্নবা তৌবনি।

(দি) মণিপুরগী চীংমীশিংদি কৈদৌনুংদসু মফি-শেৎতবা ওইরমদে অমসুং ফি ব্রাৎনা শেৎলমদে। মখোয়দি মখল মখেল ওইবা মফি মরোল ফজনা শেৎপা কাঙবু ওইরম্মী। কবুই অমদি মরিংগুম্বা কয়ানা মৈতৈ মচিল- মনাওশিংগী ইরাৎ-পুজা অমাইবা-অমাইবী, দোক্তবনচিংবগী মথৌ তৌবীরম্মী। অদুবু মৈহৌরোলগী ওইবা তাংখুল মরোলদা মৈতৈ মাইবীশিংনা লাইফাও-লাইবোল শোনবা থেংনরি। অদুনা ঐখোয়না নোল্লুক্লা অশেংবা হংগৎচরিবদি, মণিপুরগী চীংলোনগী মপান্দগী লাক্তুনা খুন্দারকপা লোন তিন্নদবা চীংমীশিং নত্তনা হান্নদগী মণিপুরগী চীংশিংদা তারকপা ট্রাইব অমসুং মৈতৈশিংদি মপা-মপু অমত্তগী মচা-মশুশিংনি।

# মণিপুরী হায়বা লোনসি মণিপুরদা লৈরিবা মী পুম্নমক্কী লোলনি

১৪। তোখাযনিংবা ট্রাইবেল খুজোক অমনা মীওৈন্দা মপাল শীবি মদুদি "মৈতৈলোল অসি ট্রাইবেলশিংদা নমদুনা লোনহল্লে" মাস ট্রাইবেলনা থম থোংনা নুংঙাইতবনি। অদুবু মৈতৈলোন অসি ট্রাইবেলশিংদা নমদুনা লোনহল্লে হায়বা বাক্যমসিগী রাহংদি লৈফম থোক্তে। মৈতৈলোল (মণিপুরী) হায়বা অসিদি মণিপুরনা নিংথৌ পাল্লিবৈদগী হৌনা লোল্লবক্কনা লৈবাক্কী (ষ্টেটকী) লোলনি। অশেংবমকস মসিনি, মদুদি ট্রাইবেলনা মখোয় মশেল পাউ ফাওনানবা হায়বী শানবদা মৈতৈলোল অসি ঙাংনদনা শুকয় যাদ্রবনি। মণিপুরদা ময়াম্না যানবদা, লৌখৎলবা তোঙান তোঙান হৌখৎলবা ওন্নদনা (নকি-চিন কাংংপ নত্তনা) মলোন তোঙান তোঙানবা কাঙলুপ ২৯ লৈ। মখোয়শিং অসি অমগা অমগা মলোল খঙনদে। মখক্কী মদো চাদনা তিন্নদনা কয়া লৈবনসু মখোয় অসি খৃষ্টান হায়বা ধর্ম্ম অমত্তগী মখাদা পুনশিল্লে অমসুং ধর্ম্ম অসিদ মখোযনা ধর্ম্ম পুম্নমক্কী ফনা খ্বাইদগী চাংনা লোন অমান হায়না খঙ্গে। পৃথিবীগী খ্বাইদগী চাওখৎলবা মী ভিন থাবনা মাশিংনা ধর্ম্ম অসিবু চৎলি। মতৌ অসুম্না নৌনা খৃষ্টান ওইথনা নাগা হায়না মিংথোনজখ্রবা কাঙবু অসিনা মখোযগী অমত্তা ওইবনা অপুনবা লোল হায়না শেল্লা পাংলা। অদুগুম কুকি অমসুং মৈতে লাইবক হাববশিংনা অশেংবা ফোঙদোক্কনা নাগা হায়বদি ওর্গেনাইজেশননি, জাতি নত্তে হায়দুনা অশেংবা তাক্লি। মৈতৈলোল ঙাংনিংদবা মশাগী লোন শেম্লিংবা অসিগী হৌ শাগৎলকপা মতমসিদা লোল তিন্নদবা তৌবককম তোঙানবা ট্রাইবেলশিংসিনা মযামগী মীটিং কযামকুম তৌখি। মখোয় খবা অমদি মৈতৈশিংনা মৈতৈলোলগীদমক্তা ৮শুবা সেদ্যুল তানবা অদুগী মাযোক্তা ফাওবা লেপখি। অদুবু মীতিনশিং (মীটিং) অসিদা মখোযনা মখোয় মশেল লোল ফাওনানবা মণিপুরী (মৈতৈলোল) ঙাঙদবা শুকয়া যাবমদে। খবা অমদি ইংলিশ নত্তনা মতৈ ঙাঙনা যাদে হায়না অধিংবা কয়া পাবম্মী। অদুবু মদুস্ ইংলিশ ঙাঙবা

অর্থ খঙবা ট্রাইবে যামদবাননা ঙাওবীনবা তাবীনবা যাওদদুনা ফাগী তানমখৈ শোযখ্রে। মখোযনা অসুক্কী মতীক শাওনা ইচং থৌনা চঙশিন্দুনা মণিপুরীবু লিংথা ফ্রান্সকা ওইদনবা লংথোক্লবা হোৎনজববসু মীতিনশিং হন্সিদা মখোযগী উপায নৈতন্দবা মতৌদুদি মীশিংগী যাম্না মীনুংশি পোক্লি ...ইনি অদৃগা অমবোমদনা যাম্না নোংক্লিংঙাই ওইবা লিলাগী অকন-অথৌ ফাগী ফবাং মযাম যেংবগুন্নি।

১৫। নাগালেন্দগী লাকপা নৎত্রগা মণিপুরগী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদগী লাক্লবা ট্রাইব মশেলশিং অসিনা অমগা অমগা নক্লবা ঈমদি ওইবদগী মৈতৈগা নক্লবা ঈ মবি ওইবনা নকশিন্নবা হেনবনি। মবমদি মৈতৈশিং অসি অকোযবা চীংশাং পবিংদগী তমদা ঈশিং থল্লন্নদগী কংদুনা খুন্দাবা যাবনা মতমদা কুম্মাভুনা তাখিবা ঙাক্লেদি। অদগা ২০ শুবা সেঞ্চুরিদা অমদি চহী ৩০ ৪০ গী মমাংনভুদা পাং ওইবন্না ঈশিং তুংলন্না ঙ্কার কিলোমিটব নীশিং কয়া কংফাল ওন্দুনা যুম তাবা খলশিং. স, নাগী ওফিস অমদি ইন্সটিট্যুশন শেমদুনা লৈবা কুইদি। টি সি হদসন গর্নবরা মশামক নটিশ ওইবনিনা চীংগী মোঙ্গোলইদ শন্তম ওইনা থৌবকফমদি তিন্নন্দবা কযাম্ নাগা হাযনা হেক্লা থোঙ্গিল্লম্মী। নাগাশিংগী অচৌবা থৌদাং পুনবা লশাং কৈশিং হমসুং এন এস সি এননা নাগা নত্তবা তোঙানবা ট্রাইব ...বাবু নাগানি হাযযু হাযনা ইনশিল্লগা কাঙলুপ কযামক্ম্না পুল্লবা অচৌবা নাগা কৌবা জাতি অমা শেমগে হাযবা চাওববা থৌবাংসি কুইনবনি। মসিনা মবম ওইদুনা থেমদুনা নৎত্রগা নমদুনা অপীকপা ট্রাইবেল কাঙলুপ কোইবেং. তবাও, কোম, থাঙ্গাল, অনাল অমদি কাঙলুপ কযা নাগানি হাযনা মিংথোন পীখ্রবনি। থৌজিক ফাওবা অযাম্না তম অমদি চীং ফাওবগী কবুই কযাদি মখোযবু নাগনি হাযযু হাযবা যাদ্রি। মখোযদি নাগা হাযবসি লৈবমদে কোন্না শের্মজিনবনি, কবুইদি মৈতৌবোলগী মৈতৈগী নক্লবা অমদি ঈ মনিনি খঙই। অসিগুম্না নমদুনা নাগা কৌদুনা নত্তবা, লৈবক্তবা জাতি অমা শেমগৎলক্লুনা হান্নগী কুইববা লৈবাক অমবু থুগাযনবা হোৎনবকপা ... যাম্না খুদো. থিবা নিঙাই ওইবা থৌওংনি হাযবসি লৈমিন্নবিবা অমদি

নক্লনা য়ুমলোন্নরিবশিংনা হেন্না মুন্না খণ্ডই। অমবু ওইরবসু অমব ওইববসু টি সি হুদসননা মৈতৈলোল অমদি অকোয়বদা খুন্দাবিবা চীংমীশিংগী লোলগী মান্নবা পুথোক্লম্লসিদি যাম্না মক ওইবা পন্দবা যাদ্রবা কান্নবা অমনি।

১৬) টি সি হুদসননা ইবম্লদু লৌথোক্লগা "The Meithies and Naga Tribes of Manipur" The Meithei Page 6 অমভং খল্লি, মখোযশিং (মৈতৈশিং) অসি অকোযবা লৈবক্লিবা চীংমী (ট্রাইব) শিং অসিগী চাদা নাওদানি হাযনা লেপ্লনবা হেন্না থাজবা যুম্ফম লৈ। ট্রাইবশিং অসিনা ঙাঙলিবা লোলশিং অসি হৌজিক ফাওবা শেমদোক্লিবা হোংদোক্লিবা মহৌশাগী ওইবা মওংদা লৈবি, অদুনা ঐগী ৱাখলদা পোক্লি মদুদি মখোযনা ঙাঙনলিবা লোলশিং অসিদা মৈতৈশিংগী হৌবকফমগী ফংবা যাবা অমা থিন্দুনা তাক্লি। অদুনা মখোয (নাগা কৌশিনখ্রবশিং) না মথক্তা হায়বিবা অবাবশিং মদুদ "মৈতৈলোল অসি ট্রাইবশিংদা নমদুনা ঙাঙহল্লে" হাযনা পুমলান লান্না উৎলিবসি, খম থেংনা মলোম লৈবা তোখাযনা তানিংবা অপনবা থুগায়নিংদ মী খুজোক কাডবু অমনা মহৌশাগী হিন্দুশিংগী শোক্ল-পনবা যাদবনচিংবদগী থোকখিবা অশোক-অপনগুম্লা নুংঙাইতবদুদা থুম হাপ্লনা শাহন্দুনা নুংঙাইতবদু হন্না হন্না নীংশিংদুনা কাওবোইদবা লমন খুমদলা যাদননি হাযনা থৌগৎলিবা মওংনি। মসি তশেংনা ফোঙদোক্লবসু মীপুম খুদীংন। অমদি মৈতৈ খুদীংনা খঙনববা ৱাবীনি।

১৭। অদুগা অতোপ্পা ট্রাইবেলশিংগী অৱাবনি কৌশিল্লবা অমদি "ট্রাইবেলিশংগী থবক ফংফম থোকপা অমত্তং প্রমোশনগী শরুক ওৎ নৈনা থুগায়বিরে"

অদুগা অশেংবদনা আই এ এস, আই পি এস অচৌবা ওফিসশিং, দিপার্টমেন্টশিংগী মকোকশিংনা সেদ্যুল ট্রাইবকী কোটানি হায়দুনা সেনিয়র ওইববা মৈতৈ ওফিসর ময়াম্বু সুপরসিদ তৌবীদুনা নমথবিদুনা মণিপুরগী মীশিংগী ৩৫% মুক্তা য়ৌবা ট্রাইবেলশিংনা প্রমোশন লৌখিবনা মৈতৈশিংনা থম্মো শোক্লি মসি সর্ভিস তৌবিঙৈগী মনুংদা, সর্ভিস হেক হৌগৎলকপা মতমনুদা

অদুগা সর্ভিস তৌবিঙেগী মনুংদা, সর্ভিস হেক চঙলমদাইগী খনবা মতম অদুদগী হৌনা অৱাবা মাযোক্লবক্লবনি। মরম অসিননি ট্রাইবকী মীশিংগী খিৎতা ঙাইবা সাংচৎতুদগী যাম্না হেন্না ট্রাইবেলিশংগী আই এ এস, আই পি এস দিপার্টমেন্টকী মকোকশিং অমত্তং অচৌ-অশাং মশীংদা মখোযনা যাম্না হেল্লিবসি। আই এ এস, আই পি এস অদুগা অচৌ অশাংশিংগী লিষ্ট অমা এপেন্দিক্স (1) দা পীরি।

(এ) মৈতৈ নত্তবা ট্রাইবেল নত্তবশিংগী মশীং য়েংবীয়ু।

(বি) মাইনোবিটি কাঙবুগী মশীং য়েংবীয়ু।

(সি) সেদ্যুল কাষ্টকী মশীং য়েংবীয়ু।

# Appendix (A)

## Non Manipuri I.A.S Officers from outside Manipur

### As on 19-04-2002

| | |
|---|---|
| 1 Shri Rakesh | I.A.S. (MT-72) Chief Secretary & Cabinet |
| 2. Shri V Chhibar | I.A.S (MT -78) Principal Secretary (Finance) |
| 3 Shri D S. Poonia | I.A.S (MT-78) Principal Secre-tary Hon'ble Planning/ Geo& Stat/Elec/ CED. |
| 4. Shri Sambhu Singh | I.A.S (MT-86) |
| 5 Shri Jarnal Singh | I.A.S (MT-87) |
| 6. Shri/Md. Sajad Masah | I.A.S (MT-95) |
| 7. Shri Prem Singh | I.A.S |

## Tribal IAS Officers (34.3% Population) of Manipur

## As on 19-04-2002

| | |
|---|---|
| 1.Shri Saichuana | IAS (MT-74) |
| | Addl Chief Secy/ |
| | Works/Forest/ |
| Env / | PHED. |
| 2 Smt. C.I Chibber | IAS (MT-78) |
| 3 L P Gonmei | IAS (MT-83) |
| 4. Shri Henry K Heni | IAS (MT-84) |
| 5 Letkhogin Haokip | IAS (MT-88) |
| 6 Smt.C Kipgen | IAS (MT-88) |
| 7. Shri Lakhei | IAS (MT 89) |
| 8 Shri J C. Ramthanga | IAS (MT 89) |
| 9 Shri Moses Chalai | IAS (MT-90) |
| 10 Shri P Vaiphai | IAS (MT 91) |
| 11 Shri T Palmei | IAS (MT 95) |
| 12 Shri Norbart Dismang IAS | Deputy Commn |
| | Senapati |
| | Dy Commn |
| | Ukhrul |

## No. of Meiteis IAS under Government of Manipur (55% Population) As on 19-04-2002

| | |
|---|---|
| 1Shri Kunjabihari Singh | IAS (MT-83) |
| | SCS D.C No III |
| 2Shri Ch. Birendra Singh | IAS (MT-84) |
| | SCS.D.C NoI |

| | |
|---|---|
| 3ShriO. Nabakishwor | IAS Comm. Mahud & RSW IFCD |
| 4.Shri H. Devashekhar Sharma | IAS(MT-84) |
| 5.Shri P. Bhorot Singh | IAS (MT-85) |
| 6.Shri S. Budhachandra Singh | IAS (MT-85) |
| 7.Shri L. Ibomcha Singh | IAS (MT-85) |
| 8.Shri R.K. Angousana | IAS (MT-87) |
| 9.Shri H. Imocha Singh | IAS (MT-90) |
| 10.Shri R.K. Nimai Singh | IAS (MT-90) |
| 11.Shri Y. Jugindro Singh | IAS (MT-91) |
| 12.Shri B.B. Sharma | IAS (MT-92) |
| 13. Shri S. Sundarlal Singh | IAS (MT-93) |
| 14. Shri Y. Thamakishwor | IAS (MT-94) |
| 15. R.K. Dinesh Singh | IAS (MT-2000) |

## No of Minority and Shedule caste IAS

( About 11% population of Manipur)
As on 19-04-2002

| | |
|---|---|
| 1 Shri A R. Khan | IAS (MT-85) SCS |
| 2. Shri K.K. Chhetri | IAS (MT-92) |
| 3.Y. Surchandra singh | IAS. |

# APPENDIX (1)

## No. of the Meitei MCS (I) Officers as on 25-04-02

| | | |
|---|---|---|
| 1 | W Ajit Singh | ADC Thoubal |
| 2 | P Ibopishak | Jt Secy (Forest/Works) |
| 3 | N Khomdon Singh | Jt Cir (Sat) & Wx/O Js (PC)& Secy to C Upendra Commission of inquiry |
| 4 | Ph Ratan Singh | ADC Kangpokpi |
| 5 | Y Neta Singh | Dir (RD&PR) & Ex-O ADC/CED IE ZP |
| 6 | RK Sukumar Singh | Dy Commr Taxes) |
| 7 | N Angou Singh | Jt Secy / DP |
| 8 | M Lakshmikumar Singh | Jt Secy (MAHUD)& ic Dir (MAHUD) |
| 9 | K Radhakumar Singh | Jt Secy (FC/Health/PW) |
| 10 | Th Chittaranjan Singh | Jt Dir (Lott) & Ex/O Dir (LFA)'JS (PHE) & Dir (Try & Acets) |
| 11 | H Deleep Singh | Dir (Instt Finance) & Ex/O JS (FC/Co op) |
| 12 | Th Gopen Meitei | Jt Secy (Agri/ECD/Tsm) |
| 13 | M Joy Singh | Jt Dir (MAHUD) & Dist Co-or (UBS) |
| 14 | M Yaishkul Meitei | |
| 15 | Kh Raghumani Singh | ACD/Jiribam/16/08/01 |
| 16 | T Rajit Singh | Dy Secy (Home) |
| 17 | Bobby Waikom | DRC Manipur Bhavan/Kolkata |
| *18 | M Chandramani Singh | Dy Secy (Edn-S/IPR) |
| 19 | Y Iboyaima Singh | Jt Sir (FCS) |
| 20 | H Gyan Prakash | Jt CEO & Dir(SLUB) & EX/OJB (FCS I ,) |
| 21 | M Harckrishna | Deputed to Haryana (w e f 07-01-02) |

শক্তমদুনি। হৎংগদবদি তাইবংপান অসিদা মান্নবা হায়বসিনা পুনশিন্নবগী খুদমনি অদুগা পুনশিনবা চান্নবা হায়বিসিনা অমত্তা ওইবগী লেংদ্রবা খুভমনি হায়বা অচুম্বশিগা রাখল্লোন মান্নদবা করম্বা রাখল্লোনগী লোইশঙ অমা লৈরিববা? অদুবু রাবিবা নুঙাইত্রিবদি, ইন্দিয়াগী পোলিটিকেল লিদব অমত্তনা মণিপুবগী অশেংবা রাবী অসি খঙদে, থিজিন্দে, পাদে অদুগা মৈতৈনা পীনবসু হোৎনদে। ইন্দিয়ান লিদরশিং অসিনা ঙবাংতগী সেবান তুবান মশাগী কান্ননবা লৈবাক থুগাইনবা মশাগী শেন্নবা কাংলুপকী অখুবা রাখন্দা খনবা কাংবুনা ইবা শেংদবা রারী ঙাক্তা পারগা থবক চখবকই। অদুগা অমুক্কা হেন্না থরাই শোকপা খাংবা ঙমদবনা থম্মোই মপুং ফানা য়াওদবা পুকচেন শেংদবা, অদুগা করিগুম্বা মতমদা মরি লৈনদনা খঙবা য়ৌদনা পংই, ইরকপা, য়ৌররোইদবা রাজনিতি লুচিংবনি লৈবিবা, কিগল্লবা হিষ্টোরিয়ানময়ামসি যেংবসিদনি। মখোয়দি অচুম্বা ঙাংথোক্লবগী থৌনা অমত্তসু যাওদে অদুবু চিরোন তৌবা, নপ্পা পৈশা চাবা, মমল হোংবা মীনা য়ানবা হোৎনবা ইলেক্সনদা ভোট মশিং য়াম্নাবা হোৎনবা হৈবা নত্তনা মথৌনা মবিংজেল কবিমতা য়াওদে। মমা লৈবাক মুৎহনগদৌরবা, মচিন মনাও হাৎনদৌববা ফাওবদা নপ্পুনা মীগী খোঙ পাযদুনা লৈ। খুদম ওইনা হিষ্ট্রিদা পি ঐচ দি ফংলবা কনাগুম্বা অমনা মাগী মিংদা সিংহ তাদুনা কৌথোক্লুবদা যাম্না থৌনা ফনা আইদেন্টিটি খঙলকপা নুমিত্তগী সিংহ লৌথোকচরে। মথংদা সিংহ তাদুনা কৌথোরক্লবদি মীশক ওন্নবমান্নে হায়দুনা থোকচরকলোই হায়খি। অদুগা মনাক্তা কুনবা হুইজাও অমবুদি নং নোংশা নত্তে হাযবা ঙমদবগুম অমুক খোংলকপদা কিদুনা লৈবাক কনদৌবিবনি হাযদুনা ইয়াম্বা মুইভা মণিপুব ঙাক্লরো হায়দুনা কৌবগা কপখি। অদুনা নাগা হায়বসি মণিপুরদা লৈবমদে হায়বা ঙমদদুনা তুমিন্না লৈবদি মহৌশানি। অদুবু মখোয়গুম্বা মীবু শকখঙদনা রাংনা থাংগৎলুরবদি পাংদবা পুক শেংদবশিংসিনা মাংহল্লক্কদবদি মৈতৈগী শক্তম ফাওবা মাংহল্লক্কনি। অদুনা মণিপুরদা তৌগদবদি:-

(১) কিগনবা, পুকচেন শেংদবা ফাওদি ফাওনিংবশিংসিগী মরা লৌদবা।

(২) MLR & LR Act 1960 মণিপুর পুম্বদা থুনা চৎনহল্লগা মফম খুদিংদা চপ মান্নবা পঞ্চায়েট রাজ চৎনদুনা য়াম্না থুনমক The Constitution গী (73rd Amendment) Act 1992 লোয়ননা Eleventh Schedule (Art 243 G) অমসুং (74th Amendment) Act 1992 লোয়ননা

11th Schedule (Art.243.G) and (74th Amendment) Act 1992 with 12th Schedule (Art 243 W) চৎনহনগদবনি।

(দি) মীরৈবাক্কী ইনশিন ইচেল অমশুং গ্রেটর নাগালেন্দ। নচিংববু থিংবা।

মীরৈবাক্কী ইনশিনবগী ঈচেল অদুগা বৃটিশনা থনম্বা তোঙান্না তাহল্লগা সাসন তৌবা (Divide & Rule Policy) মসিবু ভারত সরকারনা ইরাৎচবগুম মতৌ তমদুনা চথজরক্লিবা, অসিনচিংবসিবু মরূ ফুক্কোক্কুনা লংথোক্রিবমখৈদি, মণিপুর মচানা ফনা য়াম্না সিবা ঙম্বমখৈ মরৈবাক নিংদুনসু অপুনবা হায়বদো ওইবা ঙম্লোই(মতাং অসিদা বৃটিশশিংনা "Trust Territory or Crown Colony" অমা শেন্নবা, হায়বদি মদুনা ভারতনা নিংতমখ্রবা ফাওবদা বৃটিশ কোলোনি অমা নাগালেন্দ ওইনা লৈহৌনবা হোৎনরম্বা, শেম শারম্বা অদু পনবদা মতিক চাই।

১. **Excluded Area** ওইখিবা

নাগা ক্লব হায়বা অসি ১৮৮১ দা লিংখৎখি। ক্লব অসিগী লুচিংবশিংনা নাগা হিলসকী পোলিসি অসি খন্নবা হৌখি অমসুং মেমোরেন্দম অমা ১৯২৯ গী চহিদা সাইমোন কম্মিসননা কোহিমাদা লাকপা অদুদা লানখৎখি। মখোইগী ব্রাকৎতি নাগা হিলশিংসিবু নিউ রিফোর্ম অদুগী মখাদা য়াওহন্দবা তৌইগুম্বশুং মখোইবু ডাইরেক্ত এডমিষ্ট্রেসনগী মখাদা থম্বা অসিনি। ব্রাকৎ অদুগী মতুংইন্না নাগা হিলশিং অসিবু Excluded Area ওইনা থমখি।

২. **Club** তগী নেসন ওইখিবা।

সেকেন্দ ৱার্ল্ড ৱারগী মতুংদা Sir Charles Pawsay হায়বা British Deputy Commissioner অমনা "Naga HIlls District Tribal Council" হায়বা অমা ১৯৪৫ দা শেমখি অমসুং হায়রিবা কাউন্সিল অসিমকপু মথংগী চহি ১৯৪৬ তা "Naga National Council" (NNC) হায়দুনা মমিং হোংখি, শেমদোকখি। অসিগুম্বা অঙকপা মিত্রং (যাদু)না ক্লব অমদগী নেসন ওনহনবসি বৃটিশ মাষ্টরশিংতনা তৌবা ঙম্মী অদুগা অতৈবুসু তৌনবা তাকপিবা ঙম্মি। অদুনা ঐনা থৌনা ফবা কুকি লাইরিক ইবশিংনা হেক হেক ইরকপা হায়বদি নাগা হায়বসি ওর্গেনাজেসননি নেসন নত্তে হায়বসি য়াম্না থাগৎনা য়ানিংই অদুগা ৱাপাংজে।

৩. **Trust Territory** য়াখিদবা।

মথক্কী ব্রাফমসিদা অমুক লাক্লগা, বৃটিশশিংনা শীঙ্গলাংজরম্বা নাগালেন্দবু বৃটিশ কোলোনি ওইহনা থম্বা অদু এন.এন.সি. হায়রিবা মখোইনা শেমজরকপা অসিমক্লা য়াবিদ্রে। অদুদগী অমুকপু য়াম্না চাওবা খুজিন থৌরাং অমা হৌদোক্লদুনা Sir Regional Coupland হায়বা অমনা "Trust Territory" অমা India, Burma অমদি British না য়ানবা (Agreement) অমগা চংশিন্দুনা দেশ অহুমসিনা মান্নবা থৌদাং (দাইত্যা) লৌরগা শেম্বা হায়বসিসু এন.এন.সি. না লৌবিরক্রে।

৪. **Christian Kingdom** শেমনিংবা উবা ফুংই।

হৌজিক্তি মথক্কীশিংগা মরী লৈননা বৃটিশশিংনা হৌজিক্লা অমুক অমেরিকাশিংনা ইন্দিয়ানা হিমালয়গী নোংপোক চিদাইগী চিনাগা নক্লবা মফমশিংদা ইংলেণ্ডগী লৈবাকমুক চাওবা মখোইগী ইনশিন-ঈচেন কন্না চেনশিনবা ওম্বা খৃষ্টান কিংদম অমা থম্বা পাম্মী। হেন্না চাওবা গ্রেটর নাগালেন্দ অমা থম্বা পাম্মী। মসি পুন্নমক অসি ইন্দিয়ান গভর্নমেন্টনা থওইদফম শুংথোক থোক্তে। মণিপুর মখোইনা থওইহনগদবনি।

(ই) মীশিং য়াম্বা কাংলুপ অমশুং জাৎকী থৌদাং।

মণিপুর অসি তোঙান-তোঙানবা ডাইলেক্ত, লোন মখল মখা লোনবা ট্রাইবেল কাংলুপ কাংলুপ চা-চাদা লৈপ্রে। মখোইশিং অসিগী মনুংদা ২৯ গুম্বা রিকোগনাইজ তৌখ্রে। মৈতৈশিং অসিসু মৈহৌরোন্দগী, পুরারীদগী ট্রাইবেল ওইরম্বদগী অচৌবা কাংলুপ তরেৎনা অমগা অমগা তিন্ন-তোৎনবা চারোন-মৌরোন্নবদগী চোংথোরকপা খাইদগী চাওবা খুৎকন পাঙ্গনবা কাংলুপ অমনি। মখোই পুন্নমকসু অকোইবগী চীংশিংদগী তম অসিদা ঈশিং কংখিদুনা খুন্দানবা য়ারবা মতমদদা কুমথদুনা খুন্দাখিবনি। তমদা কুন্নক্লগা অমুকসু হেন্না তিন্ন-তোৎন চারোন মৌরোন্নবা হেন্দুনা মৈতৈ জাতি ওইখি।

১. মৈতৈশিংনা মণিপুর কল্লকপদা নত্তনা কাংলুপ মচাশিংবু কল্লকই।

ইতিহাসনা খোংগুন লিবা লাকপা ওম্বা তরামরিগুবা সাটাব্দী (14th Century) দা ফাওবা তম্পাক অসি ঈশিংনা য়াম্না লৈরিঙৈ ২০% নত্রগা ৩০%

খুন্দাবা য়াবা মতম অদু ফাওবদা হৌজিক্কী মৈতৈগী কাংলুপ ওইরিবা খুমন অমদি মোইরাংগুম্বনা অপিকপা হিদা তোংদুনা (হৌজিক্কী Assaut boat/Battle Boat) লান শোক্লখিবগী রারী লৈরি। পুন্নমক অসিনা অরাবা খুদম ওইনা য়েৎনবা য়াওদনা তাকলিবদি মৈতৈ পুম্বসি চীংদগী কুমলকপনি। খ্বাইদগী চাওবা অকনবা কাংলুপ ওইবনা মৈতৈশিংনা মণিপুর অসিবু মপানগী লৈবাক্লা লান্দারকপা লাকশিল্লকপা পুন্নমকপু ঙাকথোকপা; মণিপুরবু কনবা অদুগা মণিপুরগী মনুংদা খরা চাওবা কাংবুনা অপিকপা কাংবুবু লাকচখিবা, গুৎপীবা, য়োৎপিনবা তৌরকপদা কনবা থৌদাং, মথৌ পুন্নমকসি তৌরকলি। অদুনা অশেংবা ওইনা নিংশিংগদবদি মৈতৈ হায়বা অচৌবা কাংলুপ অসিনা মণিপুরগী লাইবক অসি চংবা-শিবগী লাইবক অসি শেমলকপনি।

২. মণিপুরদা মৈতৈনা লৈনিংবা মফমদা লৈবদা অথিংবা পীবা য়ারোই।

মথক্কী অশেংবশিং খঙলবা ফাওবদা মীচং মীথাই নাইবা আইন্না মৈতৈনা লৈনিংবা, খুন্দানিংবা মফমদা. চীংদা খঙদে, তমদা খঙদে লৈবদা অথিংবা পিফম থোক্তে। ঐখোই মণিপুব ইরৈবাকসিদা মীরৈবাক মচা ওইহল্লে। মসিগী আইনসি কনানা শেমফম থোকই খন্দুনা শেমলিবনো? মণিপুরগী পিক্লবা ৮% তা ওইবা তমসিদা ৭০% পোপুলেসননা করক কবক ইন্ননা তারবা ফাওবদা মৈতৈনা চীংমী ইচিন ইনাওশিংবু পাম্বোম তিংথোক্লনা কোন্দুনা তমদা তাবদা থিংবদি লাইরদুনা কৌশিল্লি পুন্না লৈমিন্ননবা। অদুনা ঐখোইনা অসুক পুকচেন চাওবসিবু অপংবনি খন্দুনা ঐখোইবু শকতম মাংহন্দুনা মতম অমদা হাৎনবা চীংগী লমদা ইঙ্কি অমা ফাওবা মৈতৈদা পীবা য়াদবা; অসিবা পোৎলোইবা ফাওবা য়াহন্দবসি খনথনদ্রিবা অসি অঙকপনি। খঙগদবদি ঐখোই পুন্নমক অসিধর্ম্মা শক্তম খেন্নরবসু হৌরকফম তিন্নবা চীংদগী লাকপা মৈহৌরোনগী ট্রাইবেল ঙাক্তনি।

২. মণিপুরগী অরোইবা নিংতম নুমিৎ অমসুং চীংগা তমগা খাইদোক্লরম্বা

(এ) খোংজোম লানগী মতুংদা Brigadier General H. Collet না 27 April 1981 দগী চহিদুগী ১৩ Sept ফাওবদং Provisional Government অমা শেমদুনা চৎনহল্লম্বা অদুগী মতুংদগীদি মণিপুরগী রায়েন-থৌদা অসি Maj. H.St. John Maxwell দা শিন্নরম্মী। Maj. Maxwell না Political Agent নি অদুগা State Administration গী Su-

perintendent সুনি। মাননি মণিপুর ষ্টেট অসিবু চীং অমদি তম্পাক হায়না অনি থোক্লা খায়দোক্লমলিবসি। (তশেংনা হায়রবদা মতাং অসিদগীদি চীংগী লৈঙাকলোন অসি অশেংবদি Churachand Maharaj গী থৌদাং অমদি হক্কী ৱাংমদা থমখ্রে। বৃটিশ কোলোনিয়েল রুলগী মরূওইবা শক্তম অদুগা মণিপুরবু মচেৎ তাহনবগী মরূ হুন্দুনা মণিপুরগী খাইদোক্লবা য়াদ্রবা অমনা অমগী শরূক ওইবা মপুম পুন্নমক অসিবু চীং অমশুং তম্পাক হায়না শেগাইদুনা অনি থোক্লা খাইদোক্লম্মসিনি। মসিদা মান্নদবা মখলগী আইন তোঙান তোঙান্না থম্বগা লোইননা ধর্ম্মনা অমুকসু হেন্না খেন্নবা লাপথোক্লবা পুরকখি। অদুনা খাইদগী অহানবা মরূ ওইবা পাংথোক্কদবা থবক্তি মরূ হুনখ্রবা ভারত সরকারনা অমুক মতৌ তমজদুনা চথরকলিবা Divide and Rule, Policy অসি মরূ ফুক্কুতুনা মৈ থাদোক্কুনা মাংহনখিবা অসিনি।

(বি) চীং তম অসিবু ১৮৯১ দা অনিথোক্লা খাইদোকখিবা মতম অদুদগী বৃটিশনা থওইনা তম্পাক্তনা হিন্দুশিংগী ধর্ম্মগী অমাঙ-অশেংনচিংবদা হকচিনবা অদুবু হেন্না থৌদোংদুনা অদুগা অমরোমদনা হিন্দুগী মৈতৈগী অসিগুম্বা অশোয়বা হেঞ্জিনবসিবু চাওথোকহন্দুনা খৃষ্টান ধর্ম্মগী ওইবশিংদা তাকপি-তম্বীদুনা চীংমীশিংনা মৈতৈবু মলোমগা লোইননা লমন শিংনিংবগা লোইননা শাওহৌনবা খুজিন থৌরাং তৌরম্মী। অসুন্না খাইদোকপগী লাপথোক্লবা অদু অমুক্কসু হেন্দোকহনখ্রে। William Pettygrew হায়বা American Missionary অমনা মণিপুরদা খৃষ্টানিটি শন্দোকপগী লম য়ানবা অমা ওইরম্মী। ধর্ম্মগী পাম্বৈদা (চীং-তম) য়েনথোক খাইদোক্কুনা লাপথোক্লবা হেলহনবা অসি কাংবুশিংগী অচৌবা হাৎনশুনবা অমা থোক্রিবৈদা য়াম্না থুনমক লেপহনহৌগদবনি।

১. অহানবদা ঐখোইনা ধর্ম্মা খুদিংমকপু ইকাইখুন্নবা অৱাংবা অখাংকনবা য়ানবা অমা লৈগদবনি।

২. অদুগা চীং হায়বা অমা তম হায়বা অমা ৱায়েন থৌদানবা আইন চৎননবগীদমক্তা তোঙান তোঙান শেম্নোইদবনি।

৩. এডমিনিষ্ট্রেসন (ৱায়েন থৌদাগী শরূক লমদমশিং অসি শেমদোক্কুনা চীংতম য়ারিবমখৈ অমত্তা ওইনা য়ান্ন য়ান্নদুনা শেমগদবনি।

৪. মণিপুর পুন্নমক অসি MLR & LR Act 1960 শেমদোক শাদোক্কুনা

চপ মান্নবা আইন অমগী uniform/code common law অমত্তঃ Administration অমগী মখাদা থমগদবনি।

৫. মহৌশা মমাংঙৈগী নুংশিরবা চৎনরম্বা ব্রায়েন থৌদা

মহারাজগী মখাদা চীংগী লমদমশিং - হায়বা Intelligence Branch Quarter Master General গী Department না ১৮৮৬ তা Quarter Master General গী ব্লল মতুংইন্না পুনশিল্লগা ফোংখিবা Gazetteer অদুদা মণিপুরগী (Eastern Frontier) নোংপোক্কী সিমানা অসি য়াম্না শেংনা তাকই। অসুম্না শেংনা তাক্লবা মহারাজগী মখাদা লৈঙাকপা, ঙমখৈ অসিগী মনুংদা, জেনেরেল অনিদা হায়বদি থঙ্গাল সিংহ অমসুং সৌগাইজম বালারাম সিংহ অনিদা চীংগী লমশিং অসি ব্রায়েন থৌদাবগী মথৌদো শিন্নরম্মী। মথক্কী মণিপুরগী Gazette অসিদা অসুম্না ইরম্মী" চীংলৈবাক অসি থঙ্গাল সিংহ, জেনেরেল অমসুং বালরাম সিংহ জেনেরেল দা রায়েন থৌদাননবা অনি থোক্লা খাইদোকলে।

(এ) থঙ্গাল সিংহ :- কাছার লম্বী অমশুং নাকন্দা লৈরিবা খুনশিং কোহিমা লম্বীগী লাপ্পবা নোংপোক লোম থৌবাল অমদি লানিয়া তুরেল মরূগী হৌরকফম, রূট নম্বর ৫ কী লিশাং শিৎনা অরাংদা লৈরিবা চীংলৈবাক্কী চীংশাং পরিং মচাশিং অদুদগী রূট নম্বর ৯ গী খারোমদা কামহাও(অকামহাও) নচিংবা লম শিংদা হেক লৈনগদবা, তৌগদবা মখৈ থঙ্গাল সিংহ জেনেরেল গী ওইরম্মী।

(বি) বালরাম সিংহ :- তম্পাক্কী লমগী খাথংবগী অরোইবদা তারিবা কুকিশিং অমশুং কাছার লম্বীদং য়াওদনা তম্পাক্কী নোংচুপলোমদা লৈরিবা চীংমখৈ; অরাং-নোংপোক্কী চিদাই লোইনমক্তা রূট নম্বর ৬ কী সোমরা (Somrah) গী অকোইবা লমশিং অমশুং কবো ভেল্লিসি মাগীনি। মথক্কীশিং অসিনা অচুম্বা লেংদ্রবা খুদমনি মদুদি:- বৃটিশশিংনা লাক্লিঙৈদা ঐখোইনা মণিপুর কৌজরম্বা লৈবাক অসি ঐখোই মণিপুরগী ইরৈবাক মচা ঙাক্তনা পাঞ্জরম্মী, ঙাকচরম্মী অদুনা মীচং-মীখাই নাইবা, তোঙানবা মখল কয়াগী ব্রায়েন-থৌদা চৎনহনবা চীং-তম মান্নহন্দবা হায়বসি সুকলৈ লৈরমদে।

মণিপুরগী মী-মশীং

৬. ১৮৮১ গী মীকোক থীবদা মণিপুরদা মৈতৈগী মশীং অসি অৱা লান্না মরম ওইদুনা চহি তরেৎ খুন্তাকখিবদুদগী মীশীং য়াম্না হন্থরম্মী। মখোইগী তংখাই অমদগী হেন্না হাৎখিরম্মী। নৎত্রগা অসাম, কাছার, ত্রিপুরা, অমসুং বেঙ্গল (হৌজিক্কী বঙ্গলাদেশ)কী শরুকশিংদা চেনখিরম্মী। অদুনা মসি পনবদা য়াম্না মরূ ওইবনি, মদুদি ১৮৮১ গী মীকোক থীবদা মণিপুব পুন্নমক্তা চীং-তম অনিদা পুন্না মীশিং ২,২১,০৭০ তা ডাইরম্মী। অদুগা পনবদা মুন্না খনথনিঙাই ওইবা অমনা মৈতৈনা মী (লাখ অমা) ১,০০,০০০ নৎত্রগা (লাখ অনী) ২,০০,০০০ হাৎখিবা, চেনখিবদা চীংমী চহুম, চামরি ফানা শিখিবা চেনখিবা লৈতে। পাঙন্দি সিখি, চেনখি, মৈতৈগা লোইননা। অদুনা মতম অমদা মণিপুর পুম্বদা মৈতৈ অমদি পাঙন্না ৯০% গী মীশীং মীকোক ওইরম্মী। অদুনা লৈবাকসিবু কঞ্জরকপা মীশিংসিনা চীংদা তমদা তানিংবা মফমদা তানদা অয়েৎপা অদু য়েরুবনি লৌগদবনি। য়েৎফমসু লৈতে। য়েৎলকলিবা কাংবুদো মণিপুরগী অশেংবা মচা নত্তে, তানথোকখিগদবনি।

(এ) ১৮৮১ গী মীকোক থীবগী মতুংইন্না মীশিংগী মশীং মখাগীসিনি

| | |
|---|---|
| I. তমগী মী (পাঙন য়াওনা) - | ১,৩৫,৭৮২ |
| II. কুকি - | ২৫,৩৮৪ |
| III.অতোপ্পা ট্রাইবশিং - | ৫৯,৯০৪ |
| অপুনবা মশীং | ২,২১,০৭০ |

চীংগী চীংমীশিং অসি চীংগী ডিষ্ট্রিক্টশিং অসিদা মশীং য়ামদনা য়াম্না লীক্লা চাই-চাইদুনা তাই, মরূ ওইনা নোংচুপ, অৱাং অমশুং অৱাং নোংপোক্তা।

মণিপুরগী ৱায়েন-থৌদাগী মখাদা কুকি যাওদনা লৈবম্মীবা চীংমীগী মীকোক মীশীং অসি ১৮৮১ গী সেনসসকী মতুংইন্না মখাগীসিনি:-

| | | |
|---|---|---|
| ১. লাহুপা | - | ২৮,৫৫২ |
| ২. তাংখুল | - | ৪,৪০০ |
| ৩. কোলয়া (খোইরাম) | - | ১৭,৯৯২ |
| ৪. কপুই(কবুই) | - | ৮,৪৭৬ |
| ৫. মরিং | - | ৪৮৪ |

অপুনবা মশীং ৫৯,৯০৪ (এ) III মথক্কীগা মরি লৈননা

১৮৮১ গী মীকোক থীবগী মতুংইন্না কুকিগী মীশীং অসি মখাগীসিনি:-

| | |
|---|---|
| ১. অনিবা কুকি | - ৮,১৮০ |
| ২. অনৌবা কুকি | - ১৭,২০৪ |

অপুনবা মশীং ২৫,৩৮৪ (এ) ।। গা মরি লৈননা

৭. ঙসি ফাওবদা ওইরকলিবা মণিপুরগী মীশীং

(এ) ১৯০১ ফাওবদা মণিপুরগী মীশীং অসি লাখ অহুম (লাখ ৩) য়ৌরমদে অদুগা ভারত পুম্বগী মীশীংগী ০.১২%তমক ওইরম্মী। অদুগা মীশীং অসি অসুম অসুম হেনগৎলক্কুনা ১৯৭১ দদি মী লাখ তরা দগী হেনল্লম্মী। অদুগা ১৯৯১ দদি অসুম অসুম হেনগৎখিবদুনা ১৮,৩৭,১৪৯ গী মীশীঙ ওইদুনা ভারত পুম্বগী ০.২২% গী চাং য়ৌখিরম্মী। ঐখোইনা মখাগী টেবল অসিদগী মীশীং হেনগৎলকপগী চাং অসি য়েংবা য়াই।

| চহি | অপুনবা মীশীং |
|---|---|
| ১৯৫১ | ৫,৭৭,৬৩৫ |
| ১৯৬১ | ৭,৮০,০৩৭ |
| ১৯৭১ | ১০,৭২,৭৫৩ |
| ১৯৮১ | ১৪,২০৯৫৩ |
| ১৯৯১ | ১৮,৩৭,১৪৯ |
| ২০০১ | ২৩,৮৮,৬৩৮ |

(বি) মীশীং অমশুং ডিষ্ট্রিক্টশিং

১৯৯১ দা তম্পাক্কী শরূক হায়বদি চীংগী ডিষ্ট্রিক্টশিং ওইবা সেনাপতি, চান্দেলনচিংবগী তম্পাক্কী শরূক য়াওনা তম্পাক পুন্নমক অসিনা মণিপুরগী মীশীং-মীকোক পুন্নমক্কী ৭০% অসিগী লৈফম পী। অদুনা ইম্ফাল ইষ্ট, ইম্ফাল ৱেষ্ট, থৌবাল অমসুং বিষ্ণুপুর তমগী ময়ামসিনা পুল্লগা চীংগী খুইদগী পিকপা ডিষ্ট্রিক্ট অমগী তংখাইমুক্তা চাওই। মণিপুর পুম্বগী ৮%দা ওইরিবা তমগী লমসিনা ৭০% মীগী মীশীংগী অরূম্বা শাফু অসি পুদুনা লৈ। মণিপুর পুম্বগী ৫% দা চাওবা ইম্ফাল ডিষ্ট্রিক্টনা মণিপুর পুম্বগী ৩৯% মী মশীং ময়াম হৈজিল্লিবসি পুদুনা লৈ। তমগী এরিয়াদদি মী তাবগী দেনসিটি(অকুং-অরন) অসি মণিপুরনা ভারত পুম্বগী মী তাবগী অকুং-

অরুন্দগী শরুক অনি হেন্না কুংই। মসি পুন্নমক্কী শন্দোক্লা উৎপদো মখাদা পীরি।

১৯৯১গী সেনসসকী মতুংইন্না পাক চাওবগী এরিয়া অমদি মীশীং (তম্পাক্লা মণিপুর পুম্বগী ১০%নি হায়না লৌরিঙৈগী মতম)

| Region/District | In sq. km | % of Total Area | In 100 | % of Total Population | Personal Sq. Km. Population Density |
|---|---|---|---|---|---|
| Imphal | 1228 | 5.5 | 711 | 38.7 | 576 |
| Bishnupur | 496 | 2.5 | 181 | 9.8 | 363 |
| Thoubal | 514 | 2.3 | 294 | 16.0 | 565 |
| **Valley total** | **2238** | **10%** | **1,186** | **64.5** | **530** |
| Senapati | 3271 | 14.7 | 209 | 11.3 | 63 |
| Ukhrul | 4544 | 20.3 | 109 | 6.0 | 24 |
| Chandel | 3313 | 14.8 | 71 | 3.9 | 21 |
| Churachandpur | 4570 | 20.5 | 176 | 9.6 | 39 |
| Tamenglong | 4391 | 19.7 | 86 | 47• | 20 |
| **Hills Total** | **20089** | **90.0** | **651** | **35.5** | **32** |
| **Manipur** | **22327** | **100.0** | **1837** | **100.0** | **82** |

৮. মণিপুরনা মর্জরগী মতুংদা হোংলকপশিং

মথক্তা পনথ্রিবা অদুম্না মমাংঙৈদা নিংথৌ পাল্লম্বা নিংখাতমজরম্বা মণিপুর কৌবা লৈবাকসি ১৮৯১ দগী হৌনা বৃটিশ ইন্দিয়াগী লৈঙাক মখাদা লৈখি। ভারতনা অমুক ১৯৪৭ দা নিংতম্বা দেশ ওইবদা অতৈ ষ্টেট কুম্না মণিপুরসু নিংতম্বা ওইরে। মণিপুরনা ওক্তোবর ১৫, ১৯৪৯ দা ইন্দিয়া মর্জ তৌখিবগা লোইননা জানুৱারী ২৬, ১৯৫০ দা ইন্দিয়া, ইউনিয়নগী পার্ট সি ষ্টেট অমা ওইখি। অদুদগী মণিপুরনা জানুৱারী ২১, ১৯৭২ দা মপুংফাবা ষ্টেট অমা ওইখি।

(এ) মুন্না নিংশিংগদবা মতুংদা পন্নরক্কদবা অমনা ১৯৬৯ গী মমাংদদি মণিপুর অসি সিঙ্গল ডিষ্ট্রিক্ট টেরিটোরি অমা ওইরম্মী হায়বদি মণিপুর পুম্বদা ডিষ্ট্রিক্ট অনি ফাওবা শুরমদে অমত্তা ঙাইরম্মী। চীফ কম্মিস্নার অমগা ডিপুটি

কম্মিস্নার অমগনা মণিপুরগী রায়েন থৌদাগী মকোক মথং ওইনা পুরম্মী। অদুগা ১৯৬৯ দগী ১৯৭১ ফাওবদদি মণিপুর অসিনা ডিষ্ট্রিক্ট মঙা মদুদি

(১) মণিপুর সেন্ট্রেল, (২)মণিপুর ৱেষ্ট, (৩)মণিপুর ইষ্ট, মণিপুর নোর্থ অমসুং মণিপুর সাউথ হায়বশিংসি লৈখি।

(বি) ১৯৭৪ দা ডিষ্ট্রিক্টকী থাক্তা য়াম্না চাওনা অহোংবা অমা তমেংলোং ডিষ্ট্রিক্ট শেম্নগা লোইননা হৌখি। অদুদগী ১৯৮৩ দা অমুক সেন্ট্রেল ডিষ্ট্রিক্ট অসি অহুম থোক্লা ইম্ফাল, বিষ্ণুপুর অমসুং থৌবাল হায়না খাইদোকখ্রে। অদুদগীদি মণিপুর অসি পুন্না ডিষ্ট্রিক্ট নিপান হায়বদি ইম্ফাল, থৌবাল, বিষনুপুর, সেনাপতি, তমেংলোং, চুবাচান্দপুর, চান্দেল অমসুং উখ্রুল হায়না থমখ্রে। ১৯৯৭ দা অমুকসু ইম্ফাল ডিষ্ট্রিক্টবু ইম্ফাল ইষ্ট অমসুং ইম্ফাল ৱেষ্ট হায়না অনি থোক্লা খাইদোক্নুনা মণিপুরদা পুন্না ডিষ্ট্রিক্ট মাপল (৯) শুহল্লে। অদুগা অঙকপা মওং তাদনা কাইরক্কদবা অমনা সিঙ্গল ডিষ্ট্রিক্ট ওইরিঙেদা নত্থ্রগা সেন্ট্রেল, ইষ্ট, ৱেষ্ট, নোর্থ অমদি সাউথ হায়না খাইরিঙে মতমদা ডিষ্ট্রিক্ট খুদিংদা চীংগী শরূক তমগী শরূক য়ানশিন্নদুনা ডিষ্ট্রিক্ট শেম্মগা চীং-তম খাইদোকপা লৈতনা মণিপুব শেম্নমগদবদো তৌদদুনা চীংগী ডিষ্ট্রিক্ট অমগী তংখাই য়ৌনা চাওদবা তমগী লমদা তমগী ডিষ্ট্রিক্ট মবি (৪) অদুগা মী তাদবা চাওরবা চীংগী লমদনা ডিষ্ট্রিক্ট (৫) মঙা থমদুনা ৯২% মণিপুরগী লমমখৈ হিল ডিষ্ট্রিক্ট ওইহনখি। অদুগা হৌজিক্লা য়ুমফম য়াওদবা শাশিন্নবা নাগাগী ৱারী হায়দুনা চহি লিশিং কয়াদগী লৈরকপগুম ট্রাইবেল এনসেন্ট্রেল ডোমেন হায়দুনা উৎলগা সিক্স সেদ্যুল তান্নদুনা Art 244A মতুংইন্না অতোপ্পা ষ্টেট অমা ওইখিনবা তৌরি।

(সি) অদু ওইরবদি অদুগা মথক্কী মওং অসি খঙলবদি মথংগী অরূবা ৱাহংদি করিনো? চীংগী লো অমসুং এডমিনিষ্ট্রেসন অদুগা অতোপ্পা তমগী লো অমসুং এডমিনিষ্ট্রেসন হায়না খাইদোক্নুনা চীং-তমবু অমনা অমগী শরূক নত্তবগুম খেন্নবা মখল মখলগী ৱায়েন থৌদা করিগী থল্লিবনো? হিমাচল প্রদেশ, জম্মু কাশ্মীর অমদি নাগালেন্দমক্তদা তৌবগুম ইউনিফোর্ম নত্থ্রগা কমন লো অমসুং এডমিনিষ্ট্রেসনগী মথাদা মণিপুরপুম্নবু মরা চেৎনবা কাইরবা করিগী থমদ্রিবনো?

৯. মণিপুরগী ডিষ্ট্রিক্ট মখাইদোকসিদা য়াম্না শেংদবা মওং তাদবা ওইবে।

মণিপুর অসি ১৯৬৯ দা ডিষ্ট্রিক্ট ওইরম্বদগী ডিষ্ট্রিক্ট কয়ামরূম থোক্লা হৌজিক্কী ডিষ্ট্রিক্ট মাপল (৯) ফাওবা খাইদোরকপা অসিদা অহোংবা কয়া লৈখ্রে। হৌজিক ফাওবা খাইদোকলিবা মখাইদোক অসি য়াম্না মওং তাদবা অরানবা ওইরি। মসি সিঙ্গল ডিষ্ট্রিক্ট ওইরিঙৈদগী মঙা থোক্লা ইষ্ট, ৱেষ্ট, নোর্থ অমসুং সেন্ট্রেল হায়না খাইরকপা মতমদুদা মীশীং অমসুং লমগী পাক চাওবা য়েংদুনা পানরগা চীং-তম য়ান্ন-য়ান্ননা খায়দোক্লমগদবনি। চীংগী ডিষ্ট্রিক্ট তমগী ডিষ্ট্রিক্ট হায়না খায়রমলোইদবনি। অসুম্না লমম্বিৎতুমিৎ রাজনিতিগী মওং আইনগী তোঙানবা মওং পুরক্কুনা চীং-তম তোঙানবা নুংশিনদবগী মওং পুরকই। মসি হৌজিক থুনমক চীং-তম য়ান্নবা ডিষ্ট্রিক্ট শেমদুনা পুনশিন্নহৌগদবনি।

(এ) হন্দক্তা সেটিলাইটনা পুথোরকপদগী খঙবা ঙমখিবদি

মণিপুর অসি তম্পাক্লা ৮% অদুগা চীংনা ৯২% চাওবা লৈবাক্নি। পিক্লবা ৮% সিদা তারিবা মীশীংনা ৬৫% অদুগী মথক্তা ৫% দগী ৭% ফাওবগী মীশীং খুদম ওইনা ললোন-ইতিক তৌবা, লাইরিক তম্বা, ওফিসকী থবক তৌবা, অতৈ অতৈ থবক কয়াগী লৈরিবশিংদুগা ৭০% দগী হেন্না তম্পাকসিদা চগুংননা লৈশিল্লি। মসি রাজনিতিগী লুচিংবা, ছাত্র অমদি সংস্থান কয়াগী লুচিংবা অমত্তনা করি তৌসিগে খন্নদে, ফোংদোক্তে, নোংমত্তসু খনথরূনবগী মতম লৈতে। মীশীং মীকোক অসি করম্না চাংচৎ অমদা য়েনথোক্কদগে হায়বা অমদি মদুগী কান্নবা মঙদা ফাওবা মংলুদে।

(বি) মসি চীংদা অর্বান এরিয়াশিং শেমগৎপা, সহর মচা-মচা ডিষ্ট্রিক্ট হেড ক্বার্টর, ডিভিজনেল অমদি সব-ডিভিজনেল হেড ক্বার্টর কয়া চীংথক অমদি চীংখোং চীংয়াদা স্কুল, কোলেজ, সোপিং সেন্টর, হোস্পিটাল, ইন্দষ্ট্রিজ মচা মচানচিংবা শাদুনা লম্বী থোং শম্নহন্দুনা তমগী শরূক্তদা লৌবুক মাংহন্দুনা খুন্দারিবশিং অসি চীংদা চাইথোক য়েনথোক্লবা তৌগদবনি। মসি (লোঙ টার্ম প্লান্নিংনি হায়না থল্লোইদবনি। কাংলুপ মশেন তোঙান-তোঙান তাবদগী তিন্ন-তোৎনদবদগী হাৎনথিন্নবা থোক্ত্রীঙৈদা পাংথোক্লনবা মতম লৈত্রিঙৈদা তৌহৌগদবনি। অদুগা হোমোজেনস ওইবা কাংলুপ অমা থুনা শেমহৌগদবনি। মসিতনা মতম পুম্বগী অপুনবা পুরক্লবগী অমত্তা ঙাইবা

পাম্বেনি। মসি মণিপুরগী গভর্নর ভেদ মারৰাদা ইশামক্লা "Manipur Committee for Maintaining Communal Harmony" গী মেম্বর অমা ওইনা তাং ৩১/৭/২০০১ গী কনফ্রেন্স অমদা ফোংদোকচরম্বনি।

খরদং মুন্না য়েংশিন্দুনা তৌগে নিংনা তৌরবদি ডিষ্ট্রিক্ট অমদগী ডিষ্ট্রিক্ট মঙা শেম্বা, মঙাদগী মাপল শেম্বদি য়ারগা লৈবাকপু কন্নবগীদমক অমুক খরা শেমদোকপদা করিসু য়ারোই। মীকোক মীশীংগী মতুংইন্না, কম্পটিটুয়েন্সি ময়াম তিনথোক তিনশিন তৌরগা লাইনা য়াগনি। তৌনিংদ্রগনা হিমালয় থাংগৎপমুক লুনা উৎলক্কনি।

১০. অর্বান এরিয়া শেম্বা ফাওবা য়াম্না মান্নদবা অদুগা চীং মখৈতগী তোঙানবা লেন্দ লো শেমদুনা চীংবু তোঙান্নবগী মনুংগী ৱাখন্দা শেমখ্রে।

(এ) হৌজিক্কী থৌবাং পথাপ কী মতুংইন্না মণিপুরবু ডিষ্ট্রিক্ট কয়ামরূম খায়দোকপদা মওং তাহন্দবা অসিনা চীং-তম পুনহনবদা অকায়বা য়াম্না পী। অমরোমদা হায়রগা সহর মচা ওইহনবা হায়বা অসি মীশিংবু হৌজিক্কী সংসারগী ইরাং-নুংশিৎকা চানহন্দুনা মখোইগী মিৎয়েং অদু পাকথোক চাওথোকহল্লগা ভারতকী মীশিংগা য়ানহনবনি। অসি হায় হায়দুনা চীং অমদি অরাপ্পা খুঙ্গংবু চাওখৎ-থৌরাংগী থবক য়ৌহন্দদুনা পংথহন্দুনা থমগনি হায়বদি নত্তে। অদুবু মসিগী অকনবা আশাদি চগুংননা মী তাশিল্লবা মোৎহল্লবা সহর ময়ামশিংগী মীশিং অসি অতোপ্পা ফজবা সহর মচা-মচা ময়াম শেম্লগা মীশিং অসি চৈখাইদুনা য়েন্থোক্কুনা মফম অয়াম্বা চপ মান্ননা চাওখৎমিন্নবনি।

(বি) অমরোমদা হায়রগা ষ্টেট অমবু সহরশিংনা শাবা ডিষ্ট্রিক্ট অদুগা লৱাইশিংনা শাবা ডিষ্ট্রিক্ট ময়াম হায়দুনা খায়দোক্লবদি মদুদি নাতৈ চাদবা অৱানবতা নত্তনা, কুইরবা, মল্লবা, খুরৌচেনবা, অথিংবা কয়াগী, ৱাখনগী থৌরাং পরিং ওইগনি নৎত্রগা মদুদি য়াম্না মরৌ লৈবা ফত্তবা ৱাখন ফুম্বা মতৌনি।

(সি) কনাগুম্বা চীংগী লুচিংবা খরনা বৃটিশশিংগী ডিভাইদ এন্দ রূল (তোঙান্না তাহন্দুনা শোনথহল্লগা লৈঙাকপা)গী রাজনিতি অদু (ঈশ্বরনা) পীরম্বা অচুম্বনি অদুগা অমগা-অমগা মান্নদবা আইন্না চীংগা তমগা মান্নহন্দবা; চীংদা অতোপ্পা তোঙান্না তাখিবা য়াবা লেন্দ লো চৎনবা অসিনচিংবসি (দেনিয়েল বাইবলগী অচুম্বদা ব্রায়েনবা অমা)গুম্বনা ইরম্বা ব্রায়েন্নি খল্লি। য়াম্না মচিন তোংবা চীংগী লূচিংবা অমনা নৌনা মিংথোল্লকপা নাগা হায়বসিবু জাটি অমনি হায়না শৌগত্তুনা, হেক অশেংবা মচিন মনাওবু মরি থোক্লদে হায়দুনা কাওথোকলে।

১১. রিশাং কৈশিংগী ফোংদোক ব্রাহে:- মতম অদুগী মণিপুরগী সি.এম. ওইরম্বা রিশাং কৈশিং তাং ১২.২.১৯৯৭ কী ফোংদোকখিবা ব্রাহে অদুগা মরি লৈননা, পনখিবা অদুমক্তো নুমিৎ খুদিংগী চেফোং "টেলেগ্রাফ"কী কোলকটাদা তাং ১৩.২.১৯৯৭ দা হেডিংমক্তদা অসুন্না

"Manipur in for foreign investment"; Keishing" হায়না ফোংখি।

(এ) চীংগী ডিষ্ট্রিক্ট মণ্ডাগী লেও লো শেম্বগী মতাংদনা রিশাংনা হায়খি মদুদি চীংগী land law গী draft অমা Hill Areas committee গী recommendation মতুংইন্না শেমগ্রে। মনিপুরনা 1949 India দা Merge তৌখিবদগী হৌনা Hill area শিং অসি Land law অমতনা য়ৌদে। Manipur গী Land Reform and Revenew Act 1960 অসিনা তমগী District অহুমসিদং য়ৌবিরগা চীংশিংসিনা য়াওহনবিদে। মানা হায় - Land Laws য়ৌবিরম্বগদি Tribe শিংনা লমগী মপু ওইজদুনা পটা পাইজদুনা তৌনিংবা তৌবা য়াগদবনি। মতাংসিদা Rishang না নুংঙাইজদ্রিবা চাকচরিবসি অমুক্তা খন্নসি। Kuki ময়াম Naga মীংথোন ফংগ্রবা ময়ামনা হাৎতুনা ফুদুনা কিহনদুনা তানথোকপিদুনা ময়ুম মকৈ মুনবিহৌবদো ইংখোন মপু ওইদুনা পটা পাইরম্ববদি অমুক হনজিল্লকপা য়ারমগন্দবনি হায়না Kuki বু নুংশিবা Rishang না চাকচরমগনি। অদুননি Kuki চেনগ্রবা মতুংদা Rishang না Land law গী Draft শেম্মীবা।(বি) অদুগা পন্দবা অমনা মথক্কী MLR LR Act অসি চীংদা নমদুনা চৎনহল্লে হায়দুনা National Commission for Schedule caste and Schedule Tribes কী Chairman দা Sixth Schedule Demand

Committee Manipur (SSDCM) না মখোইগী Tribal grievances under Manipur government গী Sub-Para(a) মক্তদা ৱার্কখ্রে। সোমদনা Rishang না য়ৌহনবিদে হায়দুনা কপ্পি। অদুগা কোন্নথংদা মনিপুরবু হন্না হন্না মী লিশিং লিশিং সিদুনা কনজরকপা মৈতৈদা চীংদা ইঙ্কি অমতা লমগী মপু ওইবা য়াদনবা অদুগা কুকিবু মৈতৈগী লৈঙ্কবা অহাংবা লমদা অতৈ অতৈদা তানথোকখ্রবা মতুংদা HILL AREA দগী ওইবা Tribal শিংগা য়াম্না পক্লগদবা Land law অমা শেমগনি হায়রি। অমুকসু তাং 12.3.1987 গী Supplementary budget কী খন্নবা মতাংদা অমুক পাওখুম পীরদুনা মহাকনা হায়খি "CM Proposes new land policy for hills" মহাকনা হায় Government না চীংগীদমক্তা অনৌবা Land law শেমনবা হোৎনরি। মসিদা চীংনা চাওখৎখিপনি হায়বগী মিহৌরুবা নত্তে; চীংশিংসিবু মনিপুরগী শরুক অমা নত্তবগুম পুলপ্না তোঙান্না তাখিনবা তোঙানবা তোপ তোপ্পা Land law অমা শেমখিগনি হায়বগী অশেংবা অসিনি।

12. মখাগী urbanisation (সহর মচা ওইহনবা) অসিদগী করম্বা থাক ফাওবা শেমখ্রবা অদুগা মী চগুংননা তাশিন্দুনা অমোৎপা মফমনা করম করম্বা মফমশিং ওইখ্রবা হায়বদো খঙবা ঙমগনি।

**District Area** দা সহরগী মী ওইহনখ্রবা মীশিংগী চাং চহি অহুমগী খুদম

State অসিগী মচি মচিদা সহব মচা মচা ওইহল্লকপসি দা State অসিবু District কয়ামরুমদা খাইদোকপা অসিদা সোইদনা তৌফম থোকপা করিগুম্বা খরা লৈ। সহর মচা মচা ওল্লবা মীদি কুংবা তমপাক মচা মচাশিং অদুগা মী লনবা সহরসু অমতা ওইহনদ্রিবা চাওরবা চীংগী District শিংশিগা চাংদম্নবা য়াই: খুদম ওইনা Bishnupur District অসি 496 Sq km নি অদুগা urbanisation হায়বদি সহর মচা ওইহল্লবা মীশিংনা 1992 দদি 34.94% নি; অদুগা Ukhrul District না 4544 Sq km নি অদুগা 1981 দা অমুক্তং Urban ওইহনখিবনা 6.29% দনি। মখাদা পীরিবা টেবল অসিদা য়েংবিয়ু

( Urbanisation)

| Valley Region | SqKm | 1971 | 1981 | 1992 |
|---|---|---|---|---|
| Imphal E/W | 1228 | 23.70 | 36.33 | 41.01 |
| Thoubal | 514 | 7.86 | 31.60 | 36.55 |
| Bishnupur | 496 | 13.95 | 33.07 | 34.94 |
| Total | 2238 | | | |
| **Hill Region** | | | | |
| Senapati | 3271 | NIL | 6.29 | NIL |
| Ukhrul | 4544 | NIL | 7.02 | NIL |
| Chandel | 3313 | NIL | 13.60 | 13.62 |
| Churachandpur | 4570 | 8.87 | 18.7 | 19.11 |
| Tamenglong | 4391 | NIL | 6.87 | NIL |
| Hill Total | 20089 | | | |
| Manipur | 22327 | 13.19 | 26.42 | 27.52 |
| India | | 19.91 | 23.34 | 25.72 |

১৩.সমাজগী অকোইবদা ওইরিবা ফিভম

মথক্তা পনখিবগুম্না ২০০১ গী সেনসস মতুংইন্না মনিপুরগী অপুনবা মীশিং অসি 23,88638 লৈবসিদা চীং অমগুং তমদা য়েনথোক্লনা তারিবা অসি মাম্না চাং খেন্নে। মনিপুরগী ৮% চাওবা তমসিদনা মীশিংগী ৬৫% অদুগীসু মথক্তা ললোনইতিক মহৈ মশিং থবক ইনখাং নচিংবা তৌবগী চীংমী ৫% অমগুং হৈজিন্দুনা তমপাক পিকখ্রবসিদা ৭০% মীশিং অসি চনন্নুনা লৈ। চাওখ্রবা ৯২% চীংগী লমদনা ৩০% মীশিংদমক লৈ। তমদনা মী কুংবগী চাংসি Sq km অমদা 530 নি। Schedule caste অমদিSchedule Tribe কী মীশিংগী চাংসি মথংশিংনা 2.02% অমগুং 34.41% নি। পিকখ্রবা তমদদি Tribal কৌরিবশিংসি তাহল্লি; তম্মীগা লৈমিন্নে; চীংদদি Tribal নত্তনা তম্মী অমতা লৈহন্দে। অশিবা ফাওবা পোৎলোইহন্দে। অসিগুম্বা পনবা হায়বগু চীংমীনা শাওখিগনি ইরাং হৌনবা তৌই হায়দুনা পনহন্দে। য়াংনোইনচিংবদা মৈতৈ 4,5 হাৎখ্রবসু মৈতৈনা পুকচেল চাওবরা,কিবরা তুমিন্না লৈ। Tribal না অরানবা তৌবদা থৌদোংদুনা মৈতৈবু থীনা নমথবী।

১৪. সমাজগী শেনথুমগী অমশুং অকোইবদা ওইরিবা ফিভমশিংগী খন্নবা

সমাজসিদা অমগা অমগা তাথোক তাশিন তৌনবা ময়ামগী থবক্কী শেনথুমগী মরী লৈনবা, অকোইবদা লৈরিবা ফিভমশিং অমতা ওইরীবসিদা য়ারিবমখৈ তিন্নতোৎনদুনা অমগা অমগা নকশিন্ননবা হোৎনবা শুমমিন চামিন্নবা অসিনচিংবশিং অসিতনা অরোইবদা অমতা ওইবা অপুনবা পুরক্কদবনি। অশেংববুদি পুন্নমক অসিগী অশাদো থুংগে হায়বদি লম্বী যোং, পোৎ-পুথোক পুশিনগী পামৈম্বশিং, মীশিংদা অমত্তং মফমশিংদা চংবগী খুদোংচাবা, পোৎথোক হেনগৎহনবা অসিনচিংবা মথৌ তাই। অদুবু অসুন্না দরকার ওইরিবা মথৌ তারিবা পুন্নমক অসি মনিপুরবু য়ান্না অশেংবা মওংদা শেমদোক শদোক্কুনা অচুম্বা মওংদা শেম্বা চীং তম য়ান্নবা District ময়াম চপ চানা খায়দোক্লবতদা ওইগনি। অচুম্বা মওংগীশিং মখাগীশিং অসি খন্নবীয়ু।

(এ)Head Quarter/District Head Quarter নত্রগা Capital নত্রগা Central District অমা State মপুম অসিগী ওইনা থম্বা।

(বি) District Head Quarter District খুদিংগী Head Quarter অসি District অদুগী অরাপ্পা চীং অমত্তং তমগী লমশিংদগী লাপ্পা মতম চংবা মান্নবা হায়রপ্না মান্নবা মফমদা থমগদবান। মসি National Highway মক নত্রবশু State Highway নত্রগা Major Highway মনাক্তা থমগদবনি। মসিনা শিনদোক শিনজিন Reorganisation তৌবদা থুবা হেনগনি।

(সি) চীং- তমপুনবা District.

য়ারিবমখৈ District অদু চীংগী শরূক তমগী শরূক য়ান্নহনগদবনি। তমগী শরূক্কা পিকপনিনা District খু দিংদা তমগী শরূক য়াওহনবা ঙমদ্রবশু য়ারিবা মখৈ য়াওহনগদবনি।

(দি) Urbanisation

সহর মচা মচা চপ মান্ননা শেমগৎপা, (urbanisation) township শেম্বা Rural এরিয়া চাওখৎহনবা তোঙান তোঙানবা Institution চাওখৎহনবা।

ই) **Release Population Pressure**

তমদা মী চগুংননা তারিবা অসি চীংগী Urban areas, District head

Quarter, Sub Divisional Head Quarter নচিংবা মফমদা মশানা থবক ইনখাংগী অদুম চৎচখিনবা Reorganizationঅসি য়াম্না মথৌতাই।

এফ) মফম য়াম্না শেম্বা

Industries গী Complexময়াম, Hospital মফম, School শিং, College শিং কৈথেন অদুগা মন্ধ মন্ন ওইবা Institute ময়াম চীংদা শেম্বা অসিনি। মসিতনা মী ময়ামশি চৎতবা য়াদবা মফমদনিনা লৈক্লগদবনি।

জি) Promotion পীবগী ব্লারেপ চীংদা Posting চৎতবশিংগী Promotion দা অপনবা ওইহনবা। থবক থবক্কী মতুং ইন্না চীংদা চৎকদবা মতম শুনা চৎত্রি ফাওবা Promotion পীদবা।

এচ) মীশিং য়ামজদবা কাংবুবু থুনা চাওখৎহনবা। মীশিং য়ামজদবা কাংবুবু অয়াবা মতেং পীদুনা হিবম, মবম খুদিংদা চাওখৎহন্দুনা Urban অমদি Rural area অনিমক চাওখৎহন্দুনা মীয়ামগা শন্নহনবা।

১৬. তৌরোইদবশিং

এ) State অসিবু তমপাক্কী District অদুগা চীংগী District হায়না চীং-তম তোঙান্না District শেমলোইদবনি। মরমদি মসিনা মশা মপুমদগী (Physical) খাইদোকপদা নত্তনা নুংগী ব্লাখন্দা (Psychological) অমশুং আইন্দা খাইদোক্তুনা মনিপুরবু চীং-তম হায়না খায়দোকই।

বি) **Head Quarter** নক্লহন্দবা, District অনি নত্রগা অহুমগী Head Quarter শিং অসি অমগা অমগা নক্লহল্লোইদবনি। চৎপদা চংবগী মতম অমদি অরাপ অনক্কী মতুং ইন্না District, District তুগী ময়াই ওইবা মফমদা Township ওইহনবগী থুগাইরোইদবনি।

সি) মীচং মীখাই নাইবা

ডিষ্ট্রিষ্ট খুদিং অর্বানাইজ তৌবা (সহর মচা ওইহনবা) Town মচা মচা শেমগৎপা, Industries অদুগা অতৈ Institution, sport কী খুদোংচাবনচিংবা পীবদা মীচং মী খাই অমতা নাইরোইদবনি।

দি)Law মান্নহন্দবা মান্নদবা Law মান্নদবা Administration অমতা চীংদশু তমদশু পুশিল্লোইদবনি।

ই) মান্নদবা তোঙানবা Land Law তোঙানবা চীংদা তমদা অনিমক্তা মান্নদবা Land Law, য়েনখোকপা খুনদাহনবদা মান্নবা Land ceiling খেন্নহনবা,LandHoldingঅদুগা Occupation inheritance মান্নদবা অমতা লৈহনলোইদবনি। র্থম্মা শাজং লমচং খরা খেন্নরবসু মান্নদবা য়াদে। শা শনবু মচু খৈন্নে হায়দুনা তোঙানবা শিথয়েংনা য়েংবা য়াবরা?

District শিংবু তোঙান তোঙান্না খায়দোকপগী মওং-মতৌ খুদম ওইনা মখাগী APPX A1 B2 নচিংবা Map তা পিরি। শেমদোক শেমজিন. হাপচিনবা লৌথোকপা পুন্নমক তান্নরগা তৌনবা খুদম ওইনা য়েকপনি।

মফম চাবা মফম হায়বদি হৌজিক্কী Divisional অমদি Sub Divisional Head Quarter না District Head Quarter ওইরকপা, District অমা চথখিবা, মফম চাবা মফমদা HQ ওইবা পুন্নমক মচা খায়না উথলিবশিনা লমতাকলমজিং ওইহল্লগা শেমদোক শেমজিনয়াই। হোংদোক হোংজিনগী মতমদা মফমশিং অসি শিজিন্নবা য়াই। থাবিরকপা Suggestion সু লৌজগনি।

১৭. মনিপুর অসিবু District ময়াম খায়দোকপদা অশেংবা কান্নবা মওংদা খায়দোক্কবা,

শেমদোক শাদোকপা (Reorganisation) অসি Long Term plan নি হায়না লৌরোইদবনি। থোইন্দুম মসি মণিপুরগী অপুনবা ওইহন্নবা নুংশি চান্নবা লৈমিন্নবা অথুবা মতমদা প্রজাগী (Emergency) ওইনা লৌথংকদবনি।অরেম্বদা তপথরবদি মৈতৈগী লম লৈরক্তদুনা শকতম মাংবগী কিরকপদগী য়ান্না অকিবগী মশক ওইবা কাংলুপ মশেন হাৎনবা অমগুং অপুনবা মাংবগী মরম ওইরক্কনি।অদুম ওইনমক District শিং অসিবু (Reorganise) শেমদোক শাদোক্নুনা M.L.R.&L.R. Act নত্রগা করিগুম্বা চানগদবা Land Law অমা মনিপুরগী মফম খুদিংদা চৎনরবদি মীপুম খুদিংগী কান্নবা অমদি খমথেংনা মঙ্গল ওইবা ওইগনি। মখাগী কান্নবশিং অসিমা মনিপুরবু অপুনবা ওইহনবা, অমতা ওইহনবা অমগুং শক্তি ওইনা নুংশি চান্নবা লৈহনগনি।

কান্নগদবশিং

(এ) শক-গুন মান্নবা কাংলুপ

পুন্না লৈমিন্নদুনা কাংলুপ মচাশিংনা চারোনমৌরোন্নদুনা য়ানশিন তোথশিন্নদুনা অচৌবা শক গুন মান্নবা কাংলুপ অমা শেম্বা ।

বি) সহর ওইহনবা (Urbanisation) অমশুং Hill station

চীংগী District শিংদা District head quarter, Divisional Head Quarter শেমগৎলকপা, সহর মচা মচা ওইহল্লকপা অমশুং ফজরবা Hill Station শেন্নকপা হায়বসি (তুরিজম) অমশুং Hotel Industry চাওখৎহন্‌বনি।

সি) **Election গী Candidate শিং**

হৌজিক মতমগী Cosmopolitan hill town শিংগী মতমগী Village শিং অসিদা Ethnic group ময়ামসিনা (Homogenous) শক গুন মান্নবা পুকচেন চাওনা, পাক্লা উবা কাংলুপ ওইনা লৈমিন্নগনি। কনাগুম্বা Candidate অমনা Election লেপ্পা তারবদি মফমসিগী কাংলুপ খুদিংগী অপাম্বা অনিংবদুগী মতুং ইন্না ফনবা খনবীবা অমদি তৌবা তাই। মসি মক্লা মহাকপু নমদুনা মশাগী কাংলুপতগী খনবা মী ওইবা য়াদবা পুকচেল চাওবা কাংলুপ পুন্নমক্কী খনবা মী ওইবা তাই।

দি) ময়ুমদগী হেন্দোকনিংদবা মৈতৈশিংগী হিদাক

অরাপ্পা চীংগী লমশিংবু য়েক্লবা চংবদা ব্লাবা মফমনি খন্দুনা মৈতৈনা কিরম্বদু চীংগী ফজরবা হৌজিক মতমগী Hill Station অমশুং খুনশিংদুগা নুংশিনরনি। মৈতৈ Official অমদি থবক তৌবা অমত্তনা চীংদা Posting চৎপা দন্দিনি খল্লম্বদো খনখ্রোই।

ই) মীশিং হেন্‌মন্‌বগী শাফু কোকহনবা

তমগী Urban গী মফম খুদিং মী চশুংনবা হেনমনবা, Drainage মতিক চানা লৈতবশিংবগা, পুনবনা নমথিহত্তাইগী চশুংনবা মফম ওইরকখ্রে। সহর মচা ওইস্লবা হৌজিক কালগী অরুবা খুন ওইরবা দৃশ্য ফজবা চীংগী Station শিংদা চৎনরক্কুনা তমপাক্কী মী ইন্নুনা তাবা অসি খরা চাইথোক্লখিগনি।

এফ) অফংবা অরৈবা লমমখৈ ফজনা শীজিন্নবা।

Agro based হায়বদি লৌউ শিংউদুনা চাবা (State) লৈবাকশিংদদি হেক লৈরিবা লম মখৈদো হেক লৈরিবা মী ময়াম (Manpower) শিং শীজিন্নদুনা শেনথুম চাওখৎহনগদবনি হায়বসি পুন্নমক্লা খঙনরে।

মণিপুরগী তম্পাক্কী লমশিং অসিদি ফৌ চেং মনা-মশিং লোইনা থোকপা পুক্কেনি। তম্পাক্কী লৌউ-শিংউ, পো-চৈ থাবা মফম অমগুং থাবা য়াবা মফম অমত্তবু য়ুম-কৈ অমদি অতোপ্পা শাজিন্নবা হোৎনরোইদবনি। মী মশীংল্লা হেনগৎলকপা লৌউ-শিংউগদবা মফম্না হত্থরক্লগা চাবা ওক্তবা মীনা নিংতম্বা করম্না তানগনি। লৈবা য়াবা খুন্দাবা য়াবা চীংগী লম্না থাদোকক্তুনা থম্মে। অদুনা হৌজিক খণ্ড্রিবশিং অসিনা মতম অমদা তৌদবা য়ারমদবোইয়ে নথব্রগা সিগদবা মতমদুদা তৌদবা য়াদ্রে খণ্ডলক্কদবনি হৌজিক্কী ইন্সিটিট্যুসনশিং, স্কুল অমদি কোলেজ, মহৈ-মশিং লোইশংশিং, ললোন-ইতিক্কী, ইন্দষ্ট্রিজগী য়ুমশিং শানবা থল্লিবা লম মখৈ চীং অমসুং চীংখোং চীংয়াদা থমখ্রগা লৌউ-শিংউবা য়াবা তমগী লম মখৈ লৌউ-শিংউহনগদবনি, ঙা-য়োকফম, ঈশিং-পুখ্রিনচিংবা ফার্মনচিংবা ওইনবা তৌগদবানি। অদুনা চীং অমসুং তম অসি য়ুমশা-কৈশা, লৌউ-শিংউবগী মরমদা ফাওবা য়ুমগী মফম চাবা মফমদা থমফম থোকপা পোৎ থম্বা, তৌফম থোকপা থবক তৌবগুম মান্নবা অমত্তা ওইবা ৱায়েন থৌদা (common/uniform law and administration) অমগী মখাদা মপুম-মশা অমত্তা ওইনা চাওখৎনবা তৌগদবনি।

(জি) শকচু-গুন মান্নবা কাংবু ময়ামগী জাতি অমা ওইবা।

ইতিহাস হায়বা অসিনা হৌখিবা অমসুং হৌজিক্কী য়েংনবা মিংশেন্নি। হৌখিবগা হৌজিক্কী মতমগা য়ান্নহন্দদুনা খৎনহল্লবদি তুংগী শেম্বদি লাইরদুনা তুংগী পুমমাং মাংই। নুংশিবা তমজনিঙাই ওইবদুদি য়াম্না থুনা লৌশিন্দুনা তমগদবনি। ঐখোইনা হৌখিবা পুৱারীদা ফজরবা মিং শেন অমদা উরিবদি; মণিপুরগীদি খাইদগী চাওবা কাংলুপ ওইরিবা মৈতৈশিং অসি য়েক-শলাই তরেৎনা তিন্ন-তোৎনদুনা চারোন-মৌরোন্নদুনা শেমখিবসিনি ঐখোইনা অমুক উনিংলিবা য়েংনিংলবদি করিনো?

(১) য়েংনিংলিবা অপুনবা ফজরবা উনিংলিবা মিংশেন্দুদি মণিপুরদা লৈরিবা শকচু-গুন মান্নরবা মৈতৈ, তাঙ্খুল, কুকি, কবুই, মরিং হেক খুন্দারিবা পুন্নমক অসিনা পুন্না লৈমিন্নদুনা চারোন মৌরোন্নদুনা চাওরবা হোমোজেনস কাংবু অমা শেম্বনি। মাগী মাগী কাংলুপকী শক্তম মাংগদবা নত্তে। মৈতৈগী য়েকসলাই, শাগৈ লৈবগুম অদুম লৈগনি। মসিতনা অপুনবা, নুংশিনবা অকনবা জাতি ওইগনি। মসি করম্বা পাম্বৈ তৌরগা ওইগনি।

(২) ডিষ্ট্রিক্টশিং শেমদোকপতনা পুনহনবা ঙমগনি।

অচৌবা অপুনবা অসি ডিষ্ট্রিক্ট পুন্নমক অসিবু (Reorganise) শেমদোক শাদোক্লুনা চীংগা তমগা য়ান্না-য়ান্নবা ডিষ্ট্রিক্ট শেমদুনা কাংলুপ অচৌবা মচা ময়াম পুন্না লৈমিন্নহন্লগা কমন নত্রগা ইউনিফোর্ম লো অমগী মথাদা চপ মান্নবা মিথয়েংদা থন্নবতদা মান্নবা, অমত্তা ওইবা অমসুং অপুনবা হায়বদো পুরক্কনি।

(ঐচ) লোন কয়ামরমগী স্কুল লিংখৎপা

অসিগুম্বা কোসমোপোলিটান ওইবা সহর মচা অমদি হিল ষ্টেসন সিদা কাংলুপ কয়াগী লোন মখল কয়া লোন্নরগনি। মসিমক্তা ঈশ্বরনা পীবা লোন ময়ামগী স্কুল লিংখৎপগী খুদোন অমা ওইরগনি। মসিদা মীয়ান্না অমসুং সরকারনা ময়ান্না পান্না য়ানবা থৌগৎপিবা ওইনা লোন খরা নত্রগা লোন ময়াম হৈবা অদুবু স্কোলারসিপ পীবা, থবক্কী খুদোংচাবা পীবা; মরূ ওইবা অর্থ হন্দোকপা, তম্বীবগী থবক, হোতেলগী receptionist, Media গী থবক, ঈশৈ লেংবা, অর্থ হন্দোকপনচিংবগী মরী লৈনবা থবক পীশিনগদবনি।

(আই) ইন্দষ্ট্রিজগী মফম কয়া চাওখৎ-চোংখৎলক্কনি।

লাপ্পা লৈখিবা মীয়ান্না চৎথোক-চৎশিন তৌদবা মফমদদি ইন্দষ্ট্রিয়েল কমপ্লেক্স ওইবা য়ারোই। চীংগী মফম কয়াদা মী তাবা হৌখ্রবদি ইন্দষ্ট্রিজ লিংখৎপদা খুদোং চারগনি। অমরোমদা লৈহাও চানবা লৌউ-শিংউগদবা মফমদা ইন্দষ্ট্রিজ অমদি লৈনবা য়ুম শাজিনবগী মহুত্তা চীংদা অমসুং চীংখোং চীংয়াদা ইন্দষ্ট্রিজশিংগী কমপ্লেক্স হৌগৎলক্কনি।

(জে) ইউনিফোর্ম ওইবা লো অমসুং এদমিনিষ্ট্রেসনগী লম্বী শেম্বা।

ষ্টেট অসিদা অসুন্না দিষ্ট্রিক্টশিং অসি (Reorganise) শেদোক-শাদোক্লুনা শক-শুন মান্নবা (Homogeneous) তোঙান-তোঙানবা কাংলুপ অসি পুনহল্লবতদা মখোই পুন্নমকপু মান্নবা ইউনিফোর্ম ওইবা লো অমসুং এদমিনিষ্ট্রেসন মথাদা থম্বাদা য়ান্না খুদোং চাগনি।

(কে) লেন্দ রেভিন্যু অমসুং রিফোর্ম য়ৌশিনবদা লাইগনি।

চীং-তম, লম্পিৎ তুমিৎকী, রাজনিতিগী, ধর্ম্মগী ওইনা দিষ্ট্রিক্ট থায়দোকপা অসি তৌদনা শেম্নবদি অনৌবা লেন্দ লো, লেন্দ রিফোর্ম খরা (Amendment)

শেমদোক শেমজিন তৌদুনা চুমথোকপদি অরূবা থবক সুকওই ওইরোই। মথাই থাইনগী চাওখৎত্রিঙেগী লেন্দ লোঁ লৈতবা অদু লোইখ্রগনি অদুগা ষ্টেট অসি মান্নবা অমত্তা ওইবা য়ায়েনথৌদা মখাদা লৈরগনি।

(এল) শাওরবা ভোটর ময়ামগী খুদোংচাদবা মওং অদু কোকহল্লগনি।

মণিপুরদা ট্রাইবেলগী কন্সটিট্যুয়েন্সি অমদি দিষ্ট্রিক্টতা লৈরূবদগী ভোৎ থাদবদি য়াবা অদুগা লেপ্পদি য়াদবা শাওরবা মৈতৈ কয়া লৈ। মখোই ডেমোক্রেটিক রাইট অসুন্না পীদবসি ভারতনা ইন্দিপেদেন্ট ওইরকপদগীনি। মৈতৈশিং অদু চাক চানবগী পৈশাদি থায়বা সিনেমা য়েংনবগী পৈশাসু থাইবা অদুগা চাক চাবা, সিনেমা য়েংবদি য়াদবা, চাক হাওব্রা, সিনেমা নুঙাইব্রা হংবদি য়াবা মীশিংনি। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু চীং তম থায়দ্রবা পুন্না তামিন্নরবদি মথক্তা ওইরিবা দেমোক্রেটিক ওইদবা মীচং-মীথাই নাইবা, হক মৎপা পুন্নমক অসি মুৎথৎখ্রগা কমন নথ্রগা ইউনিফোর্ম লো গী মখাদা লাক্কুনা প্রজা পুম্বা নুঙাইমিন্নরগনি।

(এম) পঞ্চায়েটি বাজ পুরকপদা লাইরগনি।

28 Aug. 2001 দা Shri Zuwal Oram, Union Minister of Tribal Affairs না Rajya Sabha দা লাওথোকখিবদা মণিপুরদা 73rd Amendment Act 1992 অমস্ত 74th Amendment 1992 চৎনহল্লগনি হায়খি। অদুনা ময়াম্না চমন্নরিবা চয়েৎনরিবা সিক্স সেদ্যুলগী ঈথিল, Art 244 (2) অদুগা 244 A না তৌরক্কদবা মণিপুর থুগাইগদবদো অদুবু Panchayat কী ওইবা Art 243 না শীনজিনখ্রগনি। অদুগা Art 243 G, Eleventh Schedule অমদি Art 243 W. Twelveth Schdule চৎনহন্দুনা চীং-তম অনি চপ মান্ননা পুরক্লবদি ফগনি।

পুনসি হায়বা য়াদদুনা থুগাইনবা হোৎনরবদি, নমথদবা য়াদ্রবদি নমথগদবনি।

১৫. মান্নবা (uniformity) হায়বা অসিনা অমত্তা (unity) ওইবগী শকথং-খুদমনি অমসুং অমত্তা ওইবা হায়বসিনা পুনশিন্নবগী (Integrity) গী পাম্বৈনি। মসি মরা তাখ্রবা অশেংবা অমদি তাইবংনা খণ্ডনরবা অচুম্বনি মদুদি, ষ্টেট নথ্রগা দিষ্ট্রিক্ট অদুদা মান্নবা আইন অমদি মান্নবা নিয়ম লৈত্রবদি অপুনবা

কৌবা মহাক অদুদি নোংমত্তা কৌরূদ্রবা চংহন্নিংদবা অতিথী ওইনা লৈথ্রগনি। খণ্ডনবা লৌশিং তানবা হোৎনবগী খোঙজং, মান্নবা আইন অমগুং নিয়ম পুরক্কবা হোৎনবদা অফবা রা, পাওতাক পুল্লমক শীজিন্নবদা, খণ্ডবা অমসুং খণ্ডশিন্নদবনা অকাইবা ওইরক্কবদি পাঙ্গল শক্তিনা নমদুনা থবক পাংথোকপসু মথৌ তারকই। করিগুম্বা মতমদা অইংবা শান্তি হায়বসি নোংমৈ চিন্দোন্দগী থোকই হায়সিসু অচুম্বা ওইনা লেপ্লি। অদুনা হৌজিক গ্রেটর নাগালেন্দ অমদি কুকি হোমলেন্দ হায়না তাল্লকপদা তাদুনা খাঙদুনা লৈগদবা মতম নত্তে, মসি মণিপুরী ঐখোইগী হোমলেন্দনি, হায়বদি মণিপুর পুম্বদা ঐখোই পুম্বগীনি তোঙানবা কাংলুপ মশীং কয়াগী তোঙান্না খাইদোকখিগদবা হোমলেন্দ নত্তে।

অসুন্না তোঙান্না হোম লেন্দ তাল্লকপা কাংবু অমদি সিগুম্বা কাংলুপকী লূচিংবশিংদুবু প্রজা মীয়ান্না অদুগা সরকারনা দন্দি পীগদবনি। তশেং তশেংনা মখোইশিং অদু মীয়ামগী য়েক্কবা, হুরান-চিনথি, মীহাৎ-মীপুন তৌবা, লালহৌবা মীশিংনি, মখোইবু দন্দি পীহৌদনা, রারকহৌদনা নানথোকহনবা চুমদে। মণিপুরী হায়বদি মৈহৌরোন্দগী হৌজিক ফাওবদা মণিপুরদা লৈবকলিবা মীশিং অসিবুনি। মসিনা খণ্ডহনগদবদি মণিপুরী (মৈতৈ), মণিপুরী (তাংখুন), মণিপুরী (থাদৌ), মণিপুরী(কবুই) অসিনচিংবনি। মসি ঐখোইনা ইন্দিয়ান(মণিপুরী), ইন্দিয়ান(বেঙ্গোলি), ইন্দিয়ান (পঞ্জাবী) অসুন্না হায়রিবগুন্না শীজিন্নগদবনি।

প্রাইমারি স্কুলগী ফোর্ম ফিলপ তৌবনচিংবদগী অসুন্না তম্বী হৌরগদবনি।

লোইশিনবা- খাইগী ইহান হান্না তৌদ্রবা য়াদ্রবা খোংথাংদি ডিষ্ট্রিক্ট, দিবিজন অমসুং সব-ডিভিজনশিং অসি ষ্টেটকী মনুংদা য়াম্না অশেংবা তমজনিঙাই ওইবা অপুনবা পুরক্কবা কাংলুপ খুদিং তিন্ননা য়েঙ্হোক্তুনা পুন্না তামিন্নখিনবা মওংদা হৌগৎকদবনি। য়ারিবমখৈ ডিষ্ট্রিক্ট খুদিংমক অসি চীংগী শরূক অমসুং তমগী শরূক য়ান্ননা শেমগদবনি। অশেংববুদি করম্না শেম্বা দিষ্ট্রিক্ট হেদ ক্বাটর, দিবিজনেল হেদ ক্বাটর অমসুং ষ্টেট দিভিজনেল হেদ ক্বাটরনা কদাইদা থম্বা অসিনচিংবা য়াম্না নৈনবদি চংবা তাবনি। অদু ওইরবসু মসি অশেংবা মওংদা শেমদোক-শেমজিন, মেনথোক মেনসিন তৌরগা মতম থোইনা চংলোই। মথাগী মেপকী মওং, দিষ্ট্রিক্টনচিংবা মফম খাইদোক খাইজিন তৌরগা শেম্লবা Map- Appx 1, 2, নচিংবা নৈনবীয়ু।

# হেন্না চাওবা ওতোনোমি (নিংখা তৌনা পাঞ্জবা) পীরগা মণিপুরবু মান্নবা আইন অমতগী মখাদা থম্বগা মুক্রদুনা থেংগাইনরিবা

# সিক্স সেদ্যুল হায়বদিচীংগী লম মথৈ তোঙানবা আইন অমগুং লেন্দনচিংবা শেমখিবা

মতমদুদদি মখাগী অসি ইজবদা মণিপুরগী লুচিংবা অমদি organısation নচিংবা অমত্তনা ফৈ-ফত্তে ইরকখিদে ঐনা মণিপুরগী মীশিংনা রাখন খণবা মরৈবাক নিংবা শিংবা রাথলি হায়না লৌথি। মাংজৌননা উবা রাৎপদগী নত্রগা মানা হায়ববু অশিংবা ঐনা য়াফম থোকপ্রা হায়না খনবা কাঙবুগু য়াওরমগনি। অদুবু ঐনা April 1996 তা North East sun দা ফোংখিবদা রাহৈ খরা তেনশিন্না ফোংখি। মরমদি ফোংবগী অকক্লবা মশিং লৈবদগীনি। অদুবু পিখিবা টেক্স অদুদি মখাগী অসিনি। (মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা)

(LT.Col.R.K. Rajendra)

১. সিক্স সেদ্যুলগী কিরবা খুদোংথিররা অসিবু থওইদনা নাথৈদুনা থম্বা অমদি রাজনিতি য়াওবা লৈবাক্কী লূচিংবশিংনা খঙদদুনা কিদুনা পুকচেল চাওবা শারিঙৈদা "মীয়াম প্রজাবু লৌশিং তানবা মীয়ামদা শন্দোকপা" অসিনচিংবা তৌহৈদবা অমদি শোয়বদগী মণিপুর অসি মচেৎ মচেৎ তাবা অমগুং মণিপুরীশিংগী শক্তম মাংবা হায়দো ওইরক্কদৌরি। (মণিপুর মিনিষ্টরশিং, এম এল এশিং, পোলিটিসিয়ানশিং অসিনা অরাবা ইকাইবগী মশক ওইবা মণিপুরদা, Art 244(I) Fifth Schedule নত্রগা Art 244(2) Sixth Schedule চৎনহনফম থোকপ্রা; Art 244A না করিনো হায়বদো শুকখঙ খঙদ্রে। অদুগা মশাগী ওইজবা য়েংলিঙৈদা খঙনবা হোৎনরগা খঙউ হায়বসু পাংদবা কিগনবা পুন্নমক্কা লোইননা য়াদ্রে। মসিময়ান্না খঙনরবা পেন্দবদুনি মদুদি ভারত সরকারনা নমফুদা মণিপুরবু Merger Agreement অমা 21 Sept. 1949 দা সহি তৌহল্লগা 15 Oct. 1949 দগী চৎনহন্দুনা, মণিপুরবু মর্জ তৌহল্লগা ঐখোইগী ইদোম-নিংখা তমজররম্বা লোইনমক মুনগ্রবনি। অদুনদি ঐখোইগী অদুক চাওবা মাংগ্রবা পুন্নমক অদুগী মহুত্তা ষ্টেট পুন্নমক অসিগী

ওইনা খরদং হেনন নংখা তৌনা থবক তৌজবা পাংথোকচবা গুম্বা অমা তান্নগা ফংহনবা, পীরকপদি ঐখোইগী মীওইনা পোকপদগী য়াওজররুবা হকনি। হৌজিক্তি, মীপুম মীয়াম খুদিংনা খঙনবা রাহং-পাওচেন্দুনা মৈতৈ, কুকি, মৈতৈ পাঙল তাঙখুল, কবুইনচিংবা মণিপুর মচা পুন্নমক অমত্তা ওইগদবনি। অদু গ্রেটর ওটোনোমি অমা তান্নবা খঙহনবসি অখং-অহৈশিং মরৈবাক নিংবশিংগী তৌদবা য়াদ্রবা থৌদাংনি। ঐখোইনা হেন্না চাওবা ওটোনোমি অমা শোইদনা তানগদবনি। অদুম ওইনমক ফিফট সেদ্যুল অসি অখন্নবা মফমশিং, হায়বদি মুৎখিগদদৌরবা সেদ্যুল ট্রাইব অমগুং সেদ্যুল কাষ্ট খরবু কনবীনবা ওইনা চৎনহন্নবা তৌবা য়াই। ফিফট সেদ্যুল অসিদি চৎনহন্দনা সিক্স সেদ্যুল চৎনহল্লবদি পিকখ্রবা মণিপুরসিদা ৯২%গী নিংতম্বা গভর্নমেন্ট অমা থন্নগা ৮% তম্পাকপু মরু-ময়াংগী হিংবা ঙম্নরোইদবা গভর্নমেন্ট অমা ওইহনবা হায়বনি।

২. ইন্দিয়াগী কন্সটিট্যুসনদা মখাগীশিং অসি অসুক্কী মতিক শেংনা ইরি:- Art 244 অসি Schedule areas অমগুং Tribal areas গী Administration গী দমক্তনি। 244 (1) সিনা Fifth Schedule নি মসিনা অসাম, মেঘলয়, ত্রিপুরা অমসুং মিজোরাম মরি অসি নত্তবা ষ্টেট অমগী সেদ্যুল এরিয়া অমগুং সেদ্যুল ট্রাইবশিংগী এডমিনিষ্ট্রেসন অমগুং কন্ট্রোলগীদমক্তা চৎনগদবনি। অদুনদি মথক্কী মরিসি নত্তবা মণিপুরদসু মসি চৎনহনগদবনি, চৎনবা তাববদি। অদুগা Art 244 (2) Sixth Schedule অসিদি অসাম, মেঘালয়, ত্রিপুরা, মিজোরাম মরিসিদা চৎনহনগদবনি হায়বসিদগী হেন্না হায়দে। মণিপুরদা সিক্স সেদ্যুল চৎনহনবগী রাফর্মদি সুকপন পন্দে। অদুনদি মণিপুরগী ট্রাইবেল এরিয়া অমসুং সেদ্যুল এরিয়াদা চৎনহনবা তারবদি ফিফট সেদ্যুল অসিদং মোন, কোইরেং অমসুং ক্বাথাগী মৈতৈগুম্বা মুৎখিগে তৌরবা মীশিং অসি কন্নবা মফমদুদা চৎনহনবা য়াই।

য়াম্না নুঙাইতবদি মৈতৈগা চীংদা তারিবা মচিন মনাওশিং অসিগা ইন্দিয়া অমসুং পাকিষ্টানগী কেম্প গুম্না য়াম্না মুক্লবা, য়েংশিন্নবা চাংদম্নবগী মওংদা উৎলকলি। পাকিষ্টানশিংনা ইন্দিয়ানা করিগুম্বা ন্যুক্লিয়ার ৱিপনসকুম্বা শাবা ঙমখ্রবা অদুগা অফবা অতৈ খুৎলাই ফংখ্রবা লৈখ্রবদি কপকনি। মসিসু থোকখ্রবনি, মদুদি নাগা কৌরিবা কাংবু অসিনা মণিপুরি লেঙ্গোইজনা আইট সেদ্যুল দা য়াওহনখিং কপখ্রবনি। সিক্স সেদ্যুলগী পারা ৬কী মতুংইন্না,

মরি লৈননা Autonomous district অমগী District council না District তুগী স্কুলদুদা তম্নবা লোন অদু লেপ্পবা য়াথং পীবা ঙম্মী। মরম অসিনা ঙরাং নহান্তা মণিপুরী লেঙ্গোইজনা আইট সেদ্যুলদা চনখিবদা কপলম্বা কাংব্রুদুনা সিক্স সেদ্যুলসি হেক চৎনখিবদা আইট সেদ্যুল কন্নবগী অহান্বা খোংথাং ওইগদৌরিবরা? অদুগা আইট সেদ্যুলগী মতাংদা ময়াম্না খঙনখ্রবা Meijinlung Kamson না মণিপুরী লোন অসি চীংগী দিষ্ট্রিক্টশিংগী স্কুলদা তম্নবা অয়াবা য়াথং তৌরক্কদরা? অদুদগী হন্দক্কী March. 1996 তা Mr. Kamson না মৈতৈ মচা ময়াম থাবল চোংবগী কুম্মৈ অমা দিল্লিদা তৌখিবা অদুবু সিক্স সেদ্যুল ফংবগী মঙগা লোইননা নহারোন্না য়াহনবা অদুগা আইট সেদ্যুলদা অরোইবা খুৎফু অমা তৌবা নত্থগা মানা মদু তানবদা য়াওহৌদবদুগী পেন্দদুনা অরোইবা শেমজেন শাজিনবা অমা পাংথোক্কে খনবনরা?

৪. নাগা-কুকি লাম্ছেংনখিবা

নাগা কুকিগা লাম্ছেংনদুনা মরান লৈত্রবা মী চামা চামা শিখিবগী মরমদি MLR.and LR Act অসি চীংদা শন্দোক্তুনা চৎনহৌদবদগী নাগা-কুকি অনিমক্কা (land ceiling) লম কয়া য়াম্না লৌশিনবা, মশাগী ওইবা য়াবগে হায়বা লৈতনা অফং অফংবা লমমখৈ লৌশিন-খোপচিন্নবা, মখোই-মখোইগী মমিংদা লমদো রেজিষ্টার তৌবদি নত্তবা, অমনা গেট্রের নাগালেন্দ নৎত্রগা সাউথ নাগালেন্দগী মঙ মঙবা, অমনা কুকি হোমলেন্দগী মঙ মঙদুনা, মৈতৈ ঐখোইনা খাগী-খাম্রং অন্না অমদি বৃটিশতগী ফাওবা কঞ্জরকপা লমসি মুন্নরিবা অদু লম পাম্বগী মরম অদুননি। অদুতনা মরমনি। অদুগী মথক্তা নাগা কৌথ্রবা কাংবু অসিনা মখোইনা হেক চৎলুবা উন্নবা লম মখৈগী মপু-নিংথৌরেন অমা ওইনিংই। মখোইনা মৈতৈ হায়বা লৈবাক অসিগী অশেংবা মৈহৌরোন্দগী লৈরক্লবা মচা; মখোইশিং অসিনা মুনিপুরবু ইতিহাসনা উবা ঙমখিবা চহি লিশিং কয়া কয়াদগী মণিপুরবু কঞ্জরকপা অদুগুম্বা, মী কাংলুপ অমা লৈরি হায়বা করিমত্তা চেকশিন্না খম্ছন্নবা তৌরুদে। অদুগা হৌজিক্কা অমুক মৈতৈনা কয়া নৈনরুদ্রিবা সিক্স সেদ্যুল হায়দুনা মণিপুরদা চৎনফম সুকথোক থোক্তবা অমা তান্দুনা ওটোনোমি তাম্লবা মতুংদা Art 244 A গী মতুংইন্না ৯২% চীংগী লম ওইরিবসি অতোপ্পা ষ্টেট ওইখিবা য়ানবা য়াম্না মরৌ লৈনা চীং-তম চান্নবনি, নংগী লমমখৈ ঐ লৌরগে নংনা মচেৎ অমদা নপ্পুনা হিংনবা

হোৎনজৌ, নত্রবদি নং অরৈবমখৈ পীথোকউ য়াদবা, নপুকচেন পিরুপা য়ীনি, চীংয়ীগা তিন্নবা য়ারোই হায়রি।

(এ) অদুনদি মণিপুরগী ৮% তা ওইবা, পীক্লবা, 1600sq. km. ওইরিবা নাগা-কুকিনসু ৩% তাশিনখ্রবা, তম্পাক মচেৎ অসিদা লৈবাকসিগী ৬৫% দগী ৭০% গী মীশিংনা তাশিন্দুনা লৌউ শিংউফম লৈতদুনা লৌবুক্তা য়ুম শাদুনা মীনা মশীং হেনগৎলকপা লৌবুক্লা চাং হঙ্করক্লবা ঙ্কু-খোং ফুনখিদুনা ঈশিং চেনফম লৈশিল্লক্রবা মফমদা মৈতৈনা কয়া কুইনা হিংগনি।

(বি) হৌরকফমগী ওইনা হায়রগদি মৈতৈসু ট্রাইবনি। হন্দক্তা ও বি সি ওইনা খঙনরকলি। অমরোমদনা ৯২% না চীং ওইবা লমদুদি মশানা চীং লৈবাক ওইরবনি। অদুগা Geomorphology গী মতুংইন্নসু মণিপুর অসি চীংথক্তা লৈবা অতোংবা লৈতেম মান্নবা লোক্তাক প্লেতো(LT.Col.R.K. Rajendra) (Loktak Plateau) হায়না খংনবা প্লেতোনি। অদুনদি চীং-তম খাইবগী মরম লৈতে, তোঙ্গান তোঙানবা আইন চৎনবগী মরম লৈতে। য়েংথিননবা তিন্নবা য়াদনবা শেম্বা তারে।

(সি) ও বি সি ওইরিবা মৈতৈনা মণিপুরগী মীশীংগী ৩০% মুক কুম্বা অমা ওইখ্রে। অশেংবমক য়েংলুরগসু মণিপুরদি ট্রাইব কৌদুনা খুদোংচাবা খুদিংমক ফংলিবা নাগা-কুকিনা লাকশিনখ্রবনি। অশেংবা খুদম হায়ববু চীফ মিনিষ্টরনা নাগানি, রুলিং পাটিগী প্রসিদেন্টনা পাইটেনি। চিফ সেক্রেটরিশু পাইতেনি। অদুম ওইনমক কুকি শিংনা খরা পুকচেল চাওনা মৈতৈগা মফম কয়াদা চিংশিংদা চুড়াচান্দপুরনচিংবা মৈতৈগা পুন্না-পুন্না লৈমিন্নে । নাগাশিংদি মৈতৈনা নাগাতাবা মফমদা, হায়বদি মতাইদা তারুবদা ইঞ্চি অমা লৌরুবদা খাংবা ঙমদে। মখোয়না তমদা লৈবদি লৈফম থোকপগী লৈবনি খল্লি।

৫. নিংথৌ পাল্লম্বা মণিপুর অমসুং ত্রিপুরা।

ভারতকী অরাং-নোংপোক চিদাইদা মণিপুর অমসুং ত্রিপুরা হায়বা নিংথৌ পানবা লৈবাক অনিসিদং লৈরম্মী। মখোই অনিসি য়াম্না মতিক মগুন-লৈনা বৃটিশনা ফাওবা য়াদুনা ইকাই খুম্নদুনা পাল্লম্বা লৈবাক্লি। মণিপুর কৌবা মৈতৈনা মশীং য়াম্বা লৈবাকসিদা মণিপুরগী নিংতম্বা কন্নবা বৃটিশ, বর্মানচিংবা কয়াগা লান্থেংনদুনা মণিপুরগী মদোম নিংতম্না পাঙ্গবদো কাইদনা কঙ্গরকই।

মরম অসিমক্না মণিপুরদা লৈরিবা মী খুদিংমক নাগাবু ওইরে কুকিবু ওইরে, হিন্দু, খৃষ্টিয়ান, মুসলিম পুন্নমক্না মণিপুরী লোন অসি ষ্টেটকী লোন ওইনা ঙাংই।

অশেংবমক্তি, মণিপুরদা ট্রাইবেল ২৯ দমক রিকোগনাইজ তৌখ্রবসু তোঙানবা লেঙ্গোইজ নত্ত্রগা ডাইলেক্ত ঙাংবা কাংলুপ মচা মচা ৪০ হেন্নদুম লৈ। মখোই অয়াম্বসি মৈতৈগা হেন্না নক্নতিন্নরকপা কাংবু ফাওবা নাগা হায়বা মিংথোন-শকখঙ-শকতাক অমা নপশিনখ্রে। নাগা কৌরিবশিংসিগা মরি লৈনদবা কুকি ফাওবা লৌশিনখ্রে। অচৌবা তুংগী খুজিল-থৌরাংনি। মসি তুমিন্না থওইদনা লৈবা য়াদে। মখোই মশামক্না মখোইগী অরোনবা থৌরাং কয়াদো তোঙান্নবদো উৎপা হৌরবনি। সিক্স সেদ্যুলসু মদুগী খাইদগী মরূ ওইবা অমত্তা ঙাইবা খুজিন থৌরাংনি।

(এ) নাগা, কুকি অমসুং মৈতৈগী মান্নবা হক

মনিপুবদদি নাগা হাইবা মিংসি British না লাক্লবা মতুংদা কোন্না লাকপনি। নাগা অমদি কুকিশিং অসি মৈতৈগুমনা তমদা তাবগী হক লৈরকলি। অদুগুন্না মৈতৈনা নিংথৌ ওইবা লৈবাকসিদা মৈতৈসু য়ান্না লাইনা অথিংবা লৈতনা চীংদা তাবগী হক অদুম লৈরক্লি। খুদম ওইনা বর্মা ময়াদা ক্বাথাগী চীংদা মৈতৈ তারি। অতৈ চীংদা তাখিবনা চীংমী ওইখ্রে।

(বি) তমদা হেন্না তাখিবা চীংদা অমুক হন্দবগী মরম।

অদুবু চীংদদি লম্বী-থোং ফত্তবা হিংবদা ৱাবা অসিগুম্বা কয়া লৈবগা অদুগা নিংথৌগী ফমনাইবশিং অমদি লান্মমীশিংগী মকোক জেনেরেল করনেলনচিংবা পুন্নমক্না তমগী লম্বী থোং ফবা, হিংবদা, লাইবা, নুঙাইবা নিংথৌনসু লান তোইনা তৌবনিনা লান্মীশিং অমশুং ফম্নাইবশিং মনাক্তা থমদবা য়াদবা অসিনচিংবশিংসিদগী তম্পাক্তা মীশিং য়াম্না তাশিনখি। মীতৈসু তম্পাকসিনা ঈশিং থুন্নম্বদগী কংলক্তুনা খুন্দাবা য়ারবা মতমদা চীংদগী কুন্নক্তুনা খুন্দাখিবনি। মসিগী ৱাসিদি ইতিহাস অমসুং অচুম্বমক্না সাক্ষি ওইদুনা তাক্তুনা লৈজরে। কংলা (Kanga) হায়রিবা মকসিসু হান্না কংদুনা খুন্দাবা য়াবা মফম হায়বনি হায়না কনাগুম্বনা ৱাহন্দোক ওইনা হন্দোকপা অচুম্বা ওইরম্বা য়াই।

৬. খুদক্কী অকিবা-খুদোংথিবা ঙাক্লবা মৈতৈনা তমদা চবুন্ননা তাবগী মরম

মথক্তা খরা পনখিবা অসুম্না অরোইবদা পননিংলিবনা মৈতৈশিংনা তম্পাক্তা য়াম্না মীশীং হেন্ন। চবুন-চবুন তারম্বসিদি খুদোং থীবা অথু-অকাই নংনবগী মরম কয়ামরূমদগীনি। মদুদি লান অমদি লৈবাক ইরাং থোকপগী মতমদা নিংথৌনা মাগী লান্মীশিং অমগুং ফমনাইবশিংবু য়াম্না থুনা কৌখৎপা থোমগৎপা য়ানবা, লম্মী থোংসু হেন্না ফবা চৎথোক চৎশিন ফবা হেনবা, নিংথৌগসু নক্লবা থুনা য়োৌরকপা ঙম্বা মফমসিদা মী হেন্না থম্বা তাই। চীংদদি লম্মী থোং ফত্তবগা, পাও ফংনবা ৱাৎপগা থুনা কৌবা লুগনি। অদুনা চীংমী কয়া কয়া কুইদ্রিবা চহি ১০০ ফাদ্রিবা মতম ফাওবদা তম্মী ওন্দুনা লৈরক্লি। মসি মণিপুরগী চৎনবী তৌদবা য়াদবা ওইরি।

(এ) মথক্কীসিনা মবম ওইদুনা ঙসিদি মৈতৈনা লম লৈজদবা শেন-থুমদা লৈখা তাবা চীংদা অমুক তাবা য়াহন্দবতা নত্তনা চীংগী পোৎথোক ফংবা ঙমদবা অসি নোংম-নোংমগী হেজিন্না ওইরক্লি। লেংদ্রবা খুদমদি - কোনুং অমদি Churachand School মনাক্তা মী অমত্তা তারমদবা খাস লেন্দা চীংমীনা খুন্দাখিবা মতমদা চীংদগী উ কয়া লাইনা পুরক্লগা লাইনা লাইনা উগী ফজবা য়ুম চামা চামা শাখি। মৈতৈদি অদুম্না শাবসু ঙম্রোই। খুন্দারূরে ওক-য়েন তানবগুম তাম্লোক্কনি।

(বি) অদুগা খঙনা খঙনা থওইরূদবা অমনা তমগী ডিষ্ট্রিক্ট অহুম ইম্ফাল, থৌবাল, বিষ্ণুপুরনা পুন্না 2228 sq. km. চাওবদং লৈবসিদা চীংমী কৌগদ্রা নাগা, কুকি অতৈ অতৈনা ৩% অমা লৈশিনখিদুনা মৈতৈ অমদি মৈতৈ পাঙনগী লমদি ৫% ফাজদ্রবনি। অদুনা মখোইদি লৈকুৎ লৈরাই, পাৎথি-কোমথি, নমখি-হঙাই মরক্তা নমদুনা লৈহল্লবনি।

৬. ভারত সরকারনা চুমদবশিং অসবি লেংদনা মখা চথদুনা থম্বা চুমদে।

ঐখোইনা য়াম্না চুম্না অমদি থাজনা মখাগীসি খঙই। মদুদি

(এ) ইম্ফাল, থৌবাল অমসুং বিষ্ণুপুর জিলাগী তম্পাক অসি মণিপুরগী হিংদবা য়াদ্রবা চানবা পোৎ থোকপগী পুক্কেনি। মসিবু মখল মথা কয়াগী য়ুমকৈ বিল্ডিং কয়া শানবা লৌবুকপু য়ুম শানবা লৈনবা লম ওম্থোকপা পুমথিং

থিংগদবনি। মণিপুরদদি MLR and LR Act অসি হৌজিক ফাওবা মফম খুদিংদা য়ৌহনবা শন্দোকপা ঙমদ্রি। ত্রিপুরা ফাওবদা TLR Act পুমথুং থুংনা ত্রিপুরা পুম্বদা চৎখ্রে। অমেরিকাগী অফ্রিকাগী চাওর-চাওরবা লমদা ফাওবা সর্ভে তৌদবা মপু পান্দবা লম লৈরমখিগদ্রা?

(বি) অসুম্না পৃথিবীসি অশুক চাওখৎলবা মতম অসিদা মৈতৈশিং অসিবু অথিংবা কয়াগা লোইননা মরৈবাক মমা লৈবাকমক্তদা হক পুন্নমক মৎপিদুনা চীংদা মমাগী মতমবাক্তা ফমজগে তৌবদা হাৎকনি তুপকনি হাইনা কিহন্দুনা চিংথোকপিরি। মৈহৌরোনগী ৱারী পুম্বা কবেন্নদুনা থম্মে। মৈতৈশিং অসিসু অকোইবগী চীংদগী কুন্নকপনি হায়বা কাওনখ্রে। 15th Century ফাওবা নোংজু-ঈচাও থাদদি ৪০% মণিপুরগী লমদি ঈশিং ঙাক্তা ওইরম্মী। মৈতৈগী কাংলুপ কাংলুপ কয়ানা হিদা তোংদুনা লান কয়া শোক্লখিবগী ৱারী কয়া লৈ। অদুনা হৌজিক্তি মৈতৈশিং অসি খুন্দানিংবা কাংবুনা চীংদসু খুন্দাবা য়াহনগদবনি। চীংদা সহর মচা মচা হিল ষ্টেসন কয়া শেমগত্তুনা, শীজিন্নদবা লমজাও কয়া কান্নবা মওংদা মী ময়াম চংদুনা শেমগৎ শাগত্তুনা খুন্দামিন্নদুনা শেল-থুমগী ফিভম চাওঁখৎনবা তৌরগদবনি। মসিতনা অমগা অমগা তোৎন-তিন্নদুনা চারোন মৌরোন্নদুনা অমত্তা ওইবা জাতি অমা কাংলুপ অমা শেম্বা ঙমগনি।

(সি) নথত্রবদি হাৎন-থিন্নবগী লোইবা নাইরোই

মৈতৈ হায়বসি অপিকপা কাংলুপ অমতবু ওৎনৈদবা, হরাও কুম্মৈ কলচরদা থৱাই য়াওবা শান্তি পাম্বা কাংবুনি। মীনা লৌথোক চাথোকখিবদা কয়া ৱারৌ পুকলৌ তৌদবা, অরৈবা চামিন্নদুনা নোক খেদুনা মথৌ-মথৌ তৌনদুনা লৈজবা পাম্বা মীনি। অদুগা হিন্নম খুদিংদা লাম্বা তৌনরকপা তারবদি কিবা নাইদবা কাংবুনি হায়বসু খঙবা ঙম্মী। গরিবনিৱাজ মহাবাজনা মন্দলে ফাওবা জয় তৌরম্বা, গম্বীর সিংহ, নরা সিংহ অনিনা কোহিমা ফাওবা লৌদুনা ধনশ্রী ফাওবা মণিপুরগী ইচেন ইহৌ খঙহল্লম্বা। টিকেন্দ্রজিৎ, পাওনা, থঙ্গালনা বৃটিশ ফাওবা কিবা লৈতনা লানথেংনরম্বা অসিগুম্বশিং অসি নিংশিংবা কৈ।

(দি) মৈতৈনা মুন্না খণ্ডলক্লবদি ফরোই অদুনা অহেনবা ওটোনোমি তালহৌসি।

অদুনা মৈতৈশিংনা সিক্স সেদ্যুলগী মরৌ অসি মুন্না খণ্ডলবা অমশুং মরৌ অসি পুন্নমক্লা খণ্ডলক্লদুনা লৈবাক অসি মচেৎ তারক্কনি খণ্ডলকপা চৎপা হৌননবা লৌশিনখ্রবদি মী লিশিং লিশিংগী হাৎনবা শিনবা অসি সিক্স সেদ্যুলগী য়ুক্ষমদা মোংফম ওনবগী থ্বারী ওইহৌগনি। অদুনা চপ মান্নবা হিমাচল, জম্মু কাশ্মীরনচিংবদা চৎনবগুম পঞ্চায়েট রাজ চৎননবা MLR & LR Act অসি মণিপুর শিনবা থুংনা শন্দোক্তুনা চৎনহল্লগা ইউনিফোর্ম/কমন ওইবা লো অমসুং এডমিনিষ্ট্রেসনগী মখাদা ইন্টিগ্রীতি হায়বদি অপুনবা নুংশিনবা অদু পুরক্কদবনি। শেল-থুমদা শোথহৌরবা ঐখোইনা খরা চাওখৎপা ভারতকী ষ্টেট অতৈগা মান্নবা য়ানবা নিংথম্বা খরা হেন্না পীগদবনি। মর্জরগী মতমদগী অদুক চাওবা মাংখিবদো অদুগী খরা হঞ্জনবীবা, হঞ্জিন্দবা য়াদবা ওইনা গ্রেটর অটোনোমি তানগদবনি অমসুং পীদবা য়ারোই।

৮. ভারতনা মণিপুরদা কাংলুপ অনি শেম্বা।

ইন্দিয়াগী কন্সটিট্যুসন (ভারতকী সংবিধানগী মতুংইন্না মণিপুরবু মী কাংলুপ অনিথোক্লা খাইদোকপিরে।

(ক) অহানবা কাংলুপ্না ট্রাইবেল হায়না কৌশিল্লগা চাওরবা লমগী মপু ওইবা খুন্দানিংবা মফমদা খাস লেন্দা খণ্ডদে, রিজার্ভ ফোরেষ্টতা খণ্ডদে, প্রোটেক্টেদ নত্রগা অনক্লাস ফোরেষ্টতা খণ্ডদে, লৌনিংবা তৌনিংবা তৌবা য়াবা, ফ্রীদা মহৈমশিং তম্বা জোব ওর্পোচুনিতি. ক্লাস থ্রানগী থবক আইএএস, আইপিএস কোটাদা পীবা, ৯৫% গী লমগী মপু ওইবা মনিংতৌবা (Previledge Class অমা অদুগা)।

(খ) অতোপ্পা কাংবু অমনা মণিপুরগী তম নত্তনা অরেম্বা চাওরবা ৯৫% অমদা তাবা য়াদ্রবা লৌউ-শিংউফম লৈতদুনা থ্বানা চাজরবা, চাক থোংজনবা শীং য়ানফম লৈত্রদুনা য়ানজরবদা হাৎপিবা, শেন তানবা চৎচবদা লমখাংদা পৈশা মুনবিবা, মহৈ মশিং ফ্রিদা তম্বা ঙমদবা, কোটাদা থবক ফংদবা, লাইরবনা চাওখৎপা ঙমদ্রবা কাংবু অমগা অনি থোক্লা খাইদোকই।

মথক্কী খেন্নবা অসি লৈহন্দনা চপ মান্নবা ইউনিফোর্ম/কমন লো অমগী

মখাদা গ্রেটর ওটোনোমি পীবিদুনা ষ্টেট পুম্বসি চান্নবা লৈমিন্নলবা শীনদ্রবদি ভারত্ত সরকারদা য়ায়টিনবা নাকোং শাব্যা হেনগনি। গ্রেটর ওটোনোমিদা করি তানবা য়াবা য়ার্কসোপ-সেমিনার অমদা খন্নগদবনি।

৯. ভারত্ত সরকারনা মণিপুরদা কাংলুপ মশেল হাৎনদনবা তৌগদবনি।

মণিপুরনা হন্দক্তা নাগাগা কুকিগগী ঈমু-নাইমু তানখিবা অদু উখ্রে। মদু ঐখোইনা অমম্বা হৌখ্রবা অমনি হায়না কাওথোক্লসি। ভারতনা অদুগুম্বা ইমু-নাইমু তানবা অদু শোইদনা পামদবা অমুকসু কাংলুপশিংগী মরক্তা থোকহন্লিংদবা ওইগনি। ভারতনা ইন্দিপেদেন্টস ফংবা চহি ৫০ শুরবা ফাওবদা মৈতৈশিংনা অতৈ কাংলুপশিংগা য়াম্না ইংনা নুংশিননা করিসু অমত্তা থোক্তনা লৈমিন্নরক্লি। অদুবু অতোপ্পা নিংথৌ পাঞ্জরম্বা ত্রিপুরা হায়বা লৈবাক্তুদদি মপানগী মীনা ঈশিং চাওবগুম থুমজিল্লক্তুনা হান্নগী লৈজরম্বা মীশিংনা অপিকপা কাংলুপ মচা ওইখিদুনা মীকোক মীশিংগী চাংচৎ অদু থুগাইখ্রে। অদুনা মচেৎ মচেৎ তারবা পুনবা ঙমদ্রবা মৈহৌরোনগী কাংলুপ মচা কয়াদো কন্নবা সিক্স সেদ্যুল চৎপদা অফবা ওইবগী মরমদি হান্নগী মীশিং অদু কনবীনবনি। অদুগা মণিপুরদদি অদু নত্তে। মৈতৈসু মঙ্গোলোইদ কাংলুপকী ওইবা চীংদা পুন্না লৈমিন্নরম্বা কাংবুনি। মশীংদা মখোইনা হেঞ্জরবসু মখোইগী লৈজরিবা লমদি পিকশীন্দুনা ময়ায়দা ৮% গী লমদা ৫% ফাদবা লম্না মখোইগীনি। অদুনা মণিপুরদি সিক্স সেদ্যুলদি মৈতৈবু শক্তম মাংহন্দুনা হাৎনবা মওংনি। খঙনা খঙনা খঙশিন্নদদুনা ঈ মরি অমত্তগী মচিন মনাওশিংবু হাৎননবা শীল্লিবা লম পূন্নমক লৌশিল্লগা তোঙানখ্রগে খল্লিবা রাজনিতি লুচিংবা কাংবু অসি খ্বাইদগী ফৎত্রবা মীনি। মখোইগী মরা লৌরিবা অদুগা লৈবাকসিদা শুম লৈহল্লবদি কাংলুপ মশেন হাৎনবগী মরম ওইগনি।

১০. চীংদা মৈতৈ মপা-মপুগী লমশিং হঞ্জিনগদবনি।

ট্রাইবেল অমসুং নাগাশিংনা মখোইগী চৎনবী অদুগা মশাগী আইন্নচিংবা codify তৌবা পাম্বগুম মৈতৈসু মশাগী মৈহৌরোনগী চৎনবী আইন (Customary and personal laws) codify তৌরগা কংলা, কৌব্রু, থাঙজিং, নোংমাইজিং, ইঙৌরোক, হিয়াংথাঙনচিংবা মৈতৈগী মপা-

মপুগী হেক লৈরিবা লমশিং অমদি মদুগা মরি লৈননা লৈরিবা লমশিং খুদক্তা মৈতৈনা লৌশিল্লগদবনি। মসিদা অথিংবা পীবা কনানসু তৌরোই, তৌফম থোক্তে। Intellectual মহৈ-মশিং চংখোন্না হৈরবা অচুম্বা পাম্বা খুদিংমক্লা মৈতৈগী আইন্না য়াবা চুন্নবা ওইরকলিবা রারম অসিবু কৈদৌনুংদসু তরাইনা লৌরোইদবনি। মসিদা য়াওরিবা অচুম্বশিংদি হায়রিবা লমশিং অদুগা মণিপুর ষ্টেট অসিদা লৈরিবা মীশিংগী রারী ওইবদু ইবনি। কাওথোকপা য়াদ্রবা খুদম অমসুং প্রমান কয়ানা মৈতৈসু চীংদা লৈরম্মী হায়বসিদা চিংননিংঙাই করিনো? চীংগী লমসু তমগী লমসু মৈতৈগীসুনি খঙলিবনি। পুন্না হেন্না চাওবা ওটোনোমি তান্দুনা লৈমিন্নগদবনি। কনখৎনবা হোৎনদদুনা হাৎনরগা শোনথনবা তৌরিবা অসি করম্না কোক্কনি খনবীয়ু। লৌরি য়ুক্ষম চাং মান্নুনা য়েনথোকপিদবা মীচং মীখাই নাইবা হায়বসি মচিন-মনাও ফাওবা খৎনৈ-হাৎনৈ। অমনা চাওনা ফংবা অমনা ফংদবা হায়বসি হাৎন-থিন্ননবা শীনবনি। তোঙানবা আইন চৎনবা; খেন্নবা মী কাংলুপ তিন্নবা য়ারোই। মান্নবা আইনগী মখাদা মান্ননা লম য়েন্নদুনা লৈরবতদা নুংশিননা পুনগনি।

১১. চীংতম য়ান্নবা ডিষ্ট্রিক্ট ময়াম শোমগদবনি।

মরম পুন্নমক অসিনা ঐখোয়না ভারত সরকার অমদি মণিপুর সরকারদা হায়জরিবদি মণিপুরগী ডিষ্ট্রিক্টশিং অসি য়ান্না অশেংবা অচুম্বা মওংদা (Reorganise) য়ানথোক য়ানশিন শেমদোক শেমজিন তৌদুনা চীংগী শরূক তমগী শরূক য়ান্ন য়ান্নদুনা শেম্বীনবা হায়জরি। মণিপুর পুম্বা কম্মিস্নার অমগী মখাদা ডিষ্ট্রিক্ট অমত্তা ওইরম্মী অদুদগী মঙা অমুক শুখি হৌজিক্লা নিপাল শুরে। অদু ওইরবদি অমুক শেমদোকপা করিসু অরূবা নত্তে। চীংগী শরূক খরা তম্পাক্তা পুনহনবা মতমদা মীশীংহেনবগী অরূম্বনা নল্লবা তম্পাক্কী মীশীংগী অরূম্বা খরা কোক্কনি। পুমহাং হাংলবা চীংগী লমজাও কয়া মীতাবা মহৈ মরোংনা থনবা সহর মচা মচা ওইরক্কনি। অহানবা খুদক্তা চীংখোং চীংয়া তম্পাক্তা নক্লবা অসি ভেল্লি ডিষ্ট্রিক্টতা তিনশিনগদবনি। সডর হিল অসি Selected Area Development Administrative Region হায়বনি। Development অদু অফবা থবকনিনা চথদুনা ভেল্লিগী শরূক্তা পুল্লগা Sadar North, Sadar South হায়নবু কৌরবসু ডিষ্ট্রিক্ট অনি থোক্লা

খায়দোক্লগা মৈতৈ, কুকি, তাঙ্খুল, কবুই, পাঙনচিংবা মণিপুরগী মী ময়াম পুন্না তাবা চীং-তম খায়দবা অপুনবা ওইবা মতৌ তমজনিঙাই ওইবা (Idea) District, Cosmopolitan city য়াওবা দিষ্ট্রিক্ট অমা ওইনা শেমগদবনি। লৈমাইদগী ফুট চনিদবু ব্বাংলবন্দি চীংগী তোঙানবা লমনি হায়বদুদি মচিন মনাওদা খৎননবা হাৎননবা ইনশিনবা মীনা তৌবনি।

১২. ইম্ফালদা তাশিনবা থিংজিনবগী খুজিল থৌরাং (IPP)

ময়াম্না হৌজিক য়াম্না কিনরিবনা হন্দক্কী চিফ মিনিষ্টর রিশাং কৈশিংগী মৈতৈনা তাবা মৈতৈ লাঙ্গোলগী লমদগী মৈতৈ মখৈ তাহ্মোক্লগা গেসম ভিলেজ শারগা তুংদা ভিলেজ অদুদা নাগানচিংবা ট্রাবেল ময়াম পুশিন্নবা খুজিন থৌরাং তৌরিবা অসি (Imphal Jail দা ফংখিবা IPP গা মরি লৈনবা Plan গী Document) য়াম্না কিবা Imphal Penetration Plan হায়বদো হৌরবরা খল্লি। ভিলেজ অসি মৈতৈবু তাহ্মোকখিবা মফমনিনা মৈতৈ ঙাক্তদা পীবা মৈতৈ লৈকাই অমুক ওইহনগনিদি হায়দ্রি। মণিপুর মচা ঙাক্তগী ব্বানি নাগা খঙদে কুকি খঙদে অমনা হেক্তা লৈবা য়াগনি হায়রি। অদুগা সি.এম. মশামক্লা চীংগী লমদা ইঞ্চি অমা ফাওবা মৈতৈনা তাবা য়াদনবা ঙাকথোকপা পোৎলোয়বা ফাওবা য়াহন্দবা পুন্নমক অসিগী লুচিং-পুরেন ওইনা লৈরগা নুশিননা তিন্নবগী ব্বাদি ঙাংই। অদুগা মানা লুচিংবা সরকার অসিনা (evict) তাহ্মোক্লবসু মৈতৈনা তাবা মৈতৈ লাঙ্গোল থওইনা খল্লিবসিনি। মৈতৈদি ইভিক্সন ওর্ডর ফংখ্রে অতৈ ট্রাইবশিংদি ওর্ডর পীদবনিনা ফংদে। মণিপুর অসি মাইকৈ মরিদগী বোর্ডরগী মফমশিংদগী কুকি, নাগানচিংবা চীংদা শুম লাক্লগা মথং মথং তমদা, তমনকপা চীংদা খুন্দাশন্দুনা লৈররি। সি.এম. না মদু মুন্না খঙই। অদুনা নাগা হায়না কৌরিবা কাংবু অসিগী। IPP (Imphal Penetration Plan) হায়বা মণিপুর পুন্নমকসিবু য়োৎশিন্নবগী খুজিল থৌরাং অমা লৈবদো অচুম্বা ওইগনি হায়না চিংনবগা লোইননা লৈরি।

১৩. করপসন হায়বা অসিনা মণিপুরগী মুৎনবগী মরমনি।

করপসন হায়বসিনা মণিপুরগী খ্বাইদগী মরূ ওইনা থোকলিবা ব্বারমনি। মিনিষ্টরশিং অসিনা পাব্বর হেন্না পাম্বা, পৈশাগী পেনবা নাইদ্রবা লাইনানা নাখিবদগী লৈবাক্কী ফনবগী ব্বাখন্দি লৈত্রে। কনাগুম্বা অদুবু রজিভ গান্ধীনা করপসন হেনমনবদগী লৌথেকখি হায়বসিসু প্রজা মীয়াম্না খঙই। প্রেস

রিপোর্টশিংনা হায়রকপদগী ময়াম্না খণ্ডনরবা অরোনবা অমসু লৈরি মদুদি কনাগুম্বা নুপাসিনা unaccounted ওইরবা চাওরবা শেন, লনথুম কয়া foreign countries দা থৈদোক্তুনা থমখ্রেসু হায়নরি। মণিপুর রাইফলসকী ইউনিফোর্ম কয়া অমা এনএসসিএন দা কনানা পীথোকখিবা হায়বসু অরোনবা পুন্নমজো খণ্ডই হায়, অদুগা কন্নিসু তৌবা ঙমদে।

১৪. লৈবাক মীয়াম্না পামজবা নুঙাইজগদবদি অচুম্বা তৌবা অচুম্বা অশেংবা সরকার অমনা গনতন্ত্রগী লম্বীদা ধর্ম্মা, জাৎ অমদি কাংলুপ হায়বা খাইবা লৈতনা অচুম্বদা তৌবা অদুনি। ঐখোইনা হন্ন-হন্না অমুকসু মণিপুর সরকারনা প্রজাবু মীনমবিগনু, মরূ ওইনা শক্তি পাইবশিংনা লৈবাকপু নমথাক তৌগনু অঁসিনি। মখোইনা মীয়াম্বু অমগা অমগা তিন্নবা য়াদনা থৎনহন্দুনা কাংলুপ কয়া ইমু-নাইমু তানহল্লগা পারা অমা তমগে খল্লবদি মদুদি মমলদি য়াম্না য়াম্বা কান্নররোইদবা, নিংবা কাইবনা থল্লবা পারা ওইগনি। য়েংথীনবা অনিনা মুক্লবদা অন্নাবা অরোইবা থেংনৈ অদুগা চান্ন-চিন্ননা নুংশিনবা থবক্লা অরোইবদা নুঙাইবা পুরকই। সিক্স সেদ্যুল না ট্রাইব-সব-ট্রাইব লোন তিন্নদবা ময়ামদু ট্রাইব ২৯ দগী হেনবদু তোঙান-তোঙান্না ওটোনোমি পীবা ঙম্লোই। মদুনা থোইনদুম ওটোনোমস ট্রাইব ময়াম য়েখাইন্দুনা মচেৎ মচেৎ তাগনি। মদুগী মহুক্তা পুন্না হিংমিন্নরকপা শক মান্নবা অপুনবা লোন অমা লৈজরিবা ঐখোইনা চারোন মৌরোন্দুনা শক-গুন মান্নবা ঐখোই ময়াম পুম্বগী হেন্না চাওবা ওটোনোমি অমা তাল্লগা কমন/ইউনিফোর্ম লো অমসুং এডমিনিস্ট্রেসন অমগী মখাদা থম্বনা অপুনবা (Integrity) কাইদবা ওইগনি।

আর:কেথ রাজেন্দ্রা

# "মনিপুরদা Sixth Schedule" গী খুদোংথিবা

**Nov. 6th Monday 1995** কি **Freedom** দা হাপখিবা অদুগী খবা হাপচিন্দুনা হনন্দোকপা

NOTE : (মতম অদুদা ইমফাল দিষ্টিক অনি থোকনা খাইদোক্রি)

1. মৈতৈশিং ঐখোই পুন্নমক শক্তম মাংখ্রগনি।

মবমদি State অসে ইমফাল, থৌবাল অমশুং বিসনুপুর অহুমতনা শাবা Union Territory ওইগদৌরে। মনিপুর অসি জম্মু-কাশ্মির অমশুং হিমাচলগুম্বা চিংলৈবাক State নি। মবমদি চীংগী শরুক্না শরুক ৯২% ওইবনিনা চীংলৈবাক চিংলে। Sixth Schedule চৎনফম থোক্তনা চৎনহল্লবদি ৯২% Autonomous পিখ্রগনি। লেমহৌরিবা ৮%তমপাক্কি শরক্তি কনবিন্নবা য়াওদনা মুৎখ্রগনি। অদুনা Sixth Schedule অসিদি South Nagaland তানবদগী য়ামনা হেন্না তমথিবনি।

**2.** কনাগুমবা অমত্তনা মসি করি মরমগীনো ইথন্তা হঙজবব্রা? হঙজদ্রবদি মখাগী তশেং-তশেংলবা অচুমবা রাহে মচংশিং অদু য়েংবিয়ু।

নিংথিনা খংননবগীদমক্তা মনিপুরগী Map সিগা দিষ্ট্রিক্ট ৮ সিদা য়েংবিরো।




NOT TO SCALE

তমপাক্কি ইমফাল,থৌবাল অমসুং বিষ্ণুপুরগী দিষ্ট্রিক্ট শিংসিনা পুল্লগা চীংগী খাইদগী পিকপা দিষ্ট্রিক্ট অমগা Areaদগী হেন্না পিকই। অদুদগী অমুকশু লৌশিং তৌনা মরৌ লৈনা শেমগদৌরিবা "Sadar Hill" গা খাইদোকখ্রবদি তম্পাক্কিদমক্তা করি লৈহৌরগনি। অদুগী মথক্তা চীংমি ইচিল-ইনাওশিংনা অথিংবা লৈতনা তমগী লমদা তাশিল্লকলিবা মফমশিং খংবিদিব্রা?অথিংবা লৈতনা তাশিল্লকলিবাশিংসি মৈতৈ ঐখোইনা তারররবদি সা-ষন তানবগুমনা তানথোরকপগু যাওরি। অদুনা মীয়াম পুন্নমকনা য়াবিরগনি মদুদি ১০০%গী মনুংদা মৈতৈ ঐখোইনা তারিবা লমসে(লোক্তাক্কী এরিয়াগু) য়াওনা ৪.৮% নি মৈতৈনা মনিপুরগী ৯২% এরিযাদা লম লৈবা অমসুং খুনদাবা য়াদে। ৮% সিদগু চীংমী,ময়াংশিং পুন্নমক্কা থনখ্রে অদুনা মনিপুর অসে মৈতৈগী নংত্তে হাইবা তশেংনা খংবিরবা নৎক্রা?

মৈতৈ ঐখোইদি লমলানবা ওইরবনি
ইমা লৈবাক ইরমদমসিমক্তদা লমলানবনি
অচৌবা অঙম্মা কনানা শেমল্লবা ব্রায়েন্নো?
বৃটিষ্টশনরা ইন্দিয়ানরা নত্ত্রগা নাগাশিংনরা ?
ঐখোইদি তুমদুনা লৈবা ওইরমদ্রে;
ঐখোই অসে ব্রানথদুনা লৈবা ওইরমলে;
ইরমদম লৈজদ্রবা লমলানবা ওইনা শিখ্রগনি।

4. হৌজিক্তি খন্নগদবা ভারতকি সংবিধানগী Art244 (2)গী মতুংইন্না Sixth Schedule অসে আসাম,মেঘলায়া,মিজোরাম ত্রিপুরাদতা চৎনগদবনি মরি অসি নৎতবা মফমদা Art.244(1)গী Fifth Schedule অদো চৎনগদবনি অদুবু মরৌ লৈবা লৌশিংগা লোইন্না Sixth Scheduleঅসে মনিপুরদা চৎনফম নৎতবা মফমদা চৎন্নবা হোৎনরকলি অদু ওইরবদি মখোইনা তৌগে নিংঙকলিবসিদি মখাগী অসিনি:-

Tribal Area অমদি শোৎথহৌরবা কাংবুবু চাওখৎলবা মবুক শেপ্পা কাংবুনা নৈহৎপা মাংহনবদগী কন্নবগীদমক Sixth Schedule অসি শেমবনি। Sixth Schedule গী মরুওইবা মচনশিং অসি খন্নরগা O.B.C.ওইরবা মৈতৈ ঐখোইসে ইরমদমসিগী ৫% Area দা নোংম নোংমগী মাংশিল্লকইবা লমদা

লৈরি। চাওরবা ৯২% area গী লমদমদা নংহুনা তমগী ৮% সিগী ৩% অমগুং চীংমী অমগুং অতোপ্পশিংনা লৌগ্রবনি। অদুনদি লমজাওগী মপু ইগ্রাজিদা Land-Lord ওইরিবা I.A.S., I.P.S, Bureaucrats য়ান্না লৈবা চীংগী লমশিঙ অসিদা Autonomy হাইবদি মনিংমখা তৌনা লৈবাক ৱায়েন থৌদাজবা অহেনবা শক্তি হেন্না লিশিনগদ্রা অমদি কুরাংবান্দা ঙাইহৌগদৌরবা মনিপুর সরকারগী মনুংদা অতোপ্পা নিং-তমবা পাঙল্লবা Autonomy সরকার অমা শেমগদৌরিব্রা? নত্রগা ৫% ফাওবা ফাদবা লমদা চপশিল্লকলবা মৈতৈশিংবু ঙাকপিবগী দরকার লৈত্রবরা?

5. Indian Constitution গী Art.244(2) গী মতুংইন্না মখাগীশিং অসে Autonomous District নি হায়না লাওথোকখি।

**Part-1**

1.Assam দা অৱাং থংবা North Cachar Hill District.

2. The karbi Anglong District

**Part-2**

Maghalayaদা

1.Khasi Hill District.

2.Jaintia Hill District.

3. Garo Hill District.

**Part-2(a)**

Tripura Tribal Areas District

**Part-3**

Mizoramদা

1. The Chakma Distric

2. The Mara Distric

3. The Lai Distric

**6. মনিপুরদা ঙাকথোক্কদৌরিবা Tribal গী Area সি করম্বনো? ৯৫% Area গী লমদমদা লৈরিবা মৈতৈ নত্তবা 50 Tribes অসিরা?**

ভারত সরকাবনা, ঐখোই ইশামকনা O B C ওইরবা হাইবদি Backward ওইরবা মৈতৈশিং অসে য়াম্না চাওখ্থল্লে অমদি লৌশিং লৈনা মবুক শেপ্লে মরম অদুনা I A S , I P S, Bureaucrats ময়ামনা থল্লবা Kuki অমগুং Naga কাংবুবু মৈতৈশিং অসিনা মাং-তাকনবা তৌবক্কনি হায়বসি য়ানিংলব্রা?

7. Jammu &Kashmir গী Area Sq Km 222 236 অদুগা মনিপুরী area গী শরূক মঙাদগী হেন্না চাওই অদুগা মীশিঙনা 70,00 000 (লাখ হুমফুতরানি)। Kashmir গী তমগী শক্তকনা মনিপুবগী তমগী শক্তগীগু শরূক য়ামনা হেন্না চাওই। তৌইগুম্বগুং Kashmir গী তমগী মীশিংসিনা চীংগী লমদা লম লৈবা যাদে খুন্দাবা য়াদে হাইবা মিচং মিখাই নাইবা আইন লৈতে। অদুম ওইনমক লাপলবা খুদোং চাদবা ব্রাংলবা চিঙজাওগী মবভুমিনি হায়বা খংনববা Leh Ladakh area গী মিশিং লাখ-200000 লাক অনি মুক্তা ঙাইজবা চন্নবা লদাকিশিংবু কনবিনবগীদমক্তা হন্দক্তা নৌনা Autonomous District ওইনা পিখ্রে। মবম অদুনা কবিগুমবা লমদম অমবু চীং ওইয়ু তমপাক ওইয়ু লমদম অদুগী মীশিংদুবু ঙাকপিবা কনবিবা হাযবসে ফিভম অমগুং মওংদুগী মতুংইনবনি। ইনক নকনা Nagaland মক্তদাDimapur অমগুং মনাক নকপা তমদা তাবা মীশিংবু Kohima গুম্বা চীংদা তাবা য়াদে হাযবা মিচং মীখাই নাইবা আইন লৈতে। মনিপুবগী দমকক্তদি ইমফাল, থৌবাল অমগুং বিসনুপুব তমগী লম অসিদা মক্তওইবা চিঙ্গাক শিং থোকই লমশিং অসে চাওনা ফৌচেং অমগুং মহৈ-মরোং থাবা য়ানবা থমলগা হেনগৎলকপা মীশিংনা ফজরবা চীংমানদা ফজবা সহর অমগুং Hill station লিংখৎতুনা মৈতৈ Naga Kuki পুমনমক চারোল মৌরন্নদুনা অমত্তা ওইবা কাংলুপ অমা শেমগদবনি।

মসিগীদমক্তা M L R and L R Act মনিপুবগী মফম খুদিংদা চৎনগদবনি। অগুন্না অমত্তা ওইবগী লিচিংদা পুবক্লবদি Civil War অমগুং ইহিং-নাহিং তানবা শোইদনা থোক্কনি।

শাওখ্রগা থেমবা য়াদনা মৈতৈশিংবু লাকশিনবা য়ামনা ৱাগনি পুন্নমক অসি খল্লুবগা Sixth Schedule অসি অয়াবা পিব্ববগা মসিনা ওইবক্কদবা অকিবা অসি খন্নরসি।

**8. a. District Council:-**

Autonomous District খুদিংমক্তা District Council অমা লৈগনি মদুগী Member না 30দগী কুনথ্রাদগী হেল্লোই। Governor না মরিদগী হেন্না খল্লোই। Governor না খনদবা Member শিং অদো Adult Suffrage তৌদুনা Election তৌবগা খনগনি।

**b. Regional Council :-**

অসিগীশু মথক্তা তোঙানবা Regional Council হাযদুনা Autonomous Region খুদিংগী লৈগনি।

**9. Administration :-**

Autonomous District শিংগী অমশুং Autonomous Region শিংগী Administration অসে District Council অমদি Regional Council শিংদা শিন্নে অমশুং মখাগী Law শিং শেম্বগী Power পিথোকই :-

**a.**লম পিথোকপা য়েনথোকপা লমদুদা লৈহনবা অমশুং লমদু শিজিন্নহনবা

**(Reserve Forest নত্তনা) Manipur** গীদি **Reserve forest**না ৮% ত্তনি।

**b.Forest** লোইনমক্কি শিজিন্নবা অমদি সিন লাঙবা।

**c.** ইচেন নাইবা ঈশিংগী মরূ ঈশিংখোং,লৌউ-শিংউবগী ঈশিংগী মরূ খুদিঙ মখোইগী মখাদা লৈগনি। ঈশিং থিংদোক থিংজিন মখোইগী **law** দা লৈগনি।

**d.** যেনথোকথ্রবা শিজিন্নথ্রবা লমশিংদুগী মপা-মপুগী লন-থুম ফংহৌবগী ৱায়েন পথাপ।

**e.**লুহোং খোংদোংবগী আইন।

**f.** খাইনবগী আইন।

g. Schedule Tribes কি বিচারগীদমক্তা Village Council নত্রগা Court শেম্বা য়াই অমশুং শেমগনি।

h. Governor না Regional Council অমদি District Council দা Civil Procedure Code অমদি Criminal Code গী Power পিবা য়াই । Primary School শাবা অমদি লিংখৎপা য়াই।

i. Dispensary লিংখৎপা য়াই।

j. Market লিংখৎপা য়াই।

k. শা-ষন য়োক্লবা মফম লিংখৎপায়াই। Autonomy District কী নত্তবা হাইবদি তমগী শা-ষন শজিক চাবগী tax লৌবা।

l. হিথাংফমগী লমবী-থোং শাবা Tole tax লৌবা। তমগীগাড়ীদা লম্বীগী tax-entry।

m. ঈশিংগী লমবি শেমবা য়াই অদুগী লমবী tax লৌবা য়াই।

n. District তা লৈবিবা Primary school খুদিংমক্তা কবমনা লোন তমগদগে লেপনবা য়াই।

o. District কী মনুংদা লোকপা নত্রগা য়োল্লবা grain নত্রগা পোৎ অমতগী তমগী মীনা Wholesale dealer ওইবা যারোই।

District Fund and Regional fund:-

10. District নত্রগা Regional Council না ফংবা সেলশিংদ Ditrict Fund নত্রগা Regional Fund হাপচিল্লি। Council অনিমক্তা মখাগী শিং অসিগী Revenue কয়া য়াম্না লৌবা Tax না কয়া য়াম্না লৌবা হায়বসিগী Power পিথোকই।

a. Profession থবক তৌবা হায়বদি উ-শুবা, ফুরিৎতুবা, ওজা ওইবা Doctor ওইবা Any Profession তৌবা মীগী tax লৌবা আইন্না শেমগনি।

b.Traders:-

লল্লোন-ইতিক তৌবশিংগী Tax লৌবা অদুগা তমগী মীনা Whole Sale Dealer ওইবা য়াহন্দবা। Autonomous District কী মী নত্তনা।

**c. Vehicles:- Autonomous District** খুদিং ফাওরকপা গাড়ীদগী **Tax** লৌবা আইন্না শেমগনি।

**d. Industries c/c :-** লিংখৎলুবা মী খুদিংদগী **Tax** লৌগনি।

11. Tribal নওবশিংনা পৈশা পুথোক পুশিন অমদি ললোনবগী থবক অসে District Council অমদি Regional Council না Control তৌবিগনি শেন্দোই কয়া পিবা, কয়া লৌবা অমদি শেলেপ অমদি শেন্দোংগী মরমদা District Council না লেপকনি। Govenor না মরক-মরক্তা District অমশুং Regional Council গী Administration অদো Commission অমনা examine তৌবা য়াই। চাদা চহিদা Rs 1 interest নি হায়বদা Money lander না য়েৎপা য়ারোই।

12. অদুনদি তম্মী ওইরিবা মৈতৈ অমশুং মৈতৈ পাঙনশিংগীদমক্তা করি লৈহৌরি ? মখোইদি লমগী মপুওইবা চীংগী অচৌ অশাংশিংনা নাকল অমদা করবার তৌবা ইন্দয়াগী সেঞ্জাও পায়বা শিংনা নাকল অমদা অনিগী মরক্তা চপতুনা শিহৌরগনি।

কয়া কুইনা ওৎ নৈবসিদা ঐখোইনা হিঙবা ঙমগনি। ঐখোইগী লমসিনা Union Territory নথত্রগা Cosmopolitan City ওইনা লৈহৌরবদি Manipuri Language না State Language ওইখিগদ্রা?৯২% Autonomous Stateশিংদা Manipuri ঙাংনগদ্র?

১৩. অসিগুম্বা Sixth Schedule গী আইনসিগী মতুংইন্না ঐখোইগী Eighth Schedule কদায়দা লৈহৌগনি, ঐখোইগী কলচর অমদি Sports না কদোমদা চৎখিগনি? অদুনা ঐখোইনা খন্নবদা কন্নবা হোৎনবদা খ্বাইদগী মরূ ওইরিবসি Sixth Scheduleনি। Anti Merger অমদি কংলা কন্নবা Issue দগী য়াম্না হেন্না লুই হায়বা খংবিরব্রা? কংলাগী ৱাদি A.R.চৎখ্রগনা কনাদা শিন্নগদৌরিবনো? কংলাগা Merger Issue গদি চহি ১০ চংলবশু নোংমা ঐখোয়গী ওইরক্কনি। Sixth Schedule পীখ্রবদিঐখোয়গিদি তমগিদা ওইহৌরে। শিখ্রগা হিংলকপা য়াররোই।

কংলাদনা মৈত্রেবাক হায়বদি **Imphal** গী কংলা ওইহৌরে।

14. Meghalaya State হায়বা অমা চোংথোকখ্রিবসি Khasi Jaitia অমশুং

Garo Hills Autonomous Hill District তগীনি।

মরমদি আসামদগী মসি চোংথোককিবদা India Govt গী অমাং অতা অমদি রায়েল থৌদাদা অকায়বা লৈতে। Assam গু চাওখ্রবা British না 'NO MENS LAND' কৌরম্বা লৈবাক নিনা অদুম চাওনা লৈহৌই। পুন্নমক India গী মনুংদা অদুম লৈজবনি। অদুগুম্না Mizoram, Nagaland চোংথোরকপদা Assam গু অদুম লৈহৌই। India দগীগু চাওনা চৎখিদে। লম খুদিংমক পুনদুনা Greater Nagaland শেমখিবদা Autonomous Hills District কয়া হায়বদি Ukhrul, Senapati, Chandel, Tamenglong অমগুং Sadar hills কী শরূক Sixth Schedule গী থুনা পুনবা য়াবা Plan মতুংইন্না য়াওখিবদা, ভারতগী চৎখিগদবা মাংখিগদবা খুদোং থিগদবা লৈতে।

থোইনদুম ভারত সরকারনা থাজে মদুদি অসিগুম্বা Plan সিনা থৌনা ফরবা Naga লালহৌবশিংগা চান্নগনি। Naga শিং অসে অশেংবা ভারতবাসি ওইদুনা Independent Nagaland তাল্লকলবোই অমরোমদনা চাওখৎলবা মবুকচেল শেপ্পা Valley গী মৈতৈশিং অসিনা অচম্বা চীংমীবু মাংহনবা ওমলরোই। মৈতৈবু অমদি মৈতৈ লালহৌবা শিংবু লাইনা লাকশিনবা ওমলগনি।

Sports পু নুংশিজরবা Culture য়াম্না রাংলবা নুংঙাই য়াইফবা, জগোয়-ইশৈ, হরাও-কুম্মৈ, লাই হরাওবা থাবল চোংবনা চিংবা য়াম্না পামজবা মৈতৈশিংদা মখোইনা পামজরবা রাহং খরা হংল্লকনি।India Government না হংল্লকদবনি:-

অহানবদা Nagaland দা পুনশিনগেরা নত্রগা কুকি হোমলেন্দা য়াওগেরা নত্রগা Mizoram দা তিনগেরা নত্রগনা Union Territory মচা অমা ওইনা অকোইবদা লৈরিবা State ময়ামসিগী নুংঙাইফম হরাওফম সহর ওইহৌরগেরা? ঐনা খনজবদা মৈতৈশিংনা য়াম্না হরাওনা তুমিন্না চিংনবা লৈতনা লৈরসিনদি য়াম্না থুনা লাক্কদৌরিবা মখোইগী পামজবা অদো খৌরাংনা ঙাইবা মাল্লি।

15 মরম অসিনা ঐনা থবক্তগী পোৎথরবা Servicemen শিং লৈবাকনিংবা ভারতবাসিশিং, মৈতৈশিং, মৈতৈ পাঙনশিং, মৈতৈবু নুংশিবা চীংমী ইচিল-ইনাওশিংনা য়ানিংবা অমগুং য়ানিংদবা মত পীবিরকউ।

Sixth Schedule নত্রগা M.L.R. and L.R. Act চৎনহনবদা করম্বনা ফগদগে, করম্বনা হাৎন-শুনবদগী কনগদগে হায়বগী ব্রাখললোন ফোংদোপীরকউ।

16. অরোয়বদা ঐনা হায়জনিংবদি Sixth Schedule না Manipur দা চৎনহনবদা করি থোক্কনি খণ্ড্রবদি রাজনিতি য়াওবা নৎতে পৈশা তান্নবা ফম কনবা লৈবাক য়োনবা য়াওবনি, মৈতৈনা Identity মাংবদা হৌজিক্কি Minister, M.L.A. শিংগী মারালনি। অদুবু মরাল লৈবা মখোইনা মচা-মশু মাগী জাৎপু মিনাই ওইহল্লগা মখৌ পোংনা য়াম্না পংনা শিখিগনি হায়বদি থাজবা ঙমদে। তান্নরগা খঙগনি।

17. Sixth Schedule গীদক্তা Ecomonic Blocade তৌই। হৌজিক্তি চীংগী ইচিন ইনাও শিং অমদি তমগী ইচিলইনাও M.L.R. and L.R. Act Extend তৌনবা Greater Autonomy তান্নবা দিল্লীদা রেল্লি চৎনবা হৌনবা মতম ওইরে। পুন্না তান্নমিন্নরূনবা ময়ামদা হায়জরি।

# সিক্স সেদ্যুল নুং ২গী মরক্তা হা

**R. Langkham**

তশেংনা হায়রবদা মী খরনা সিক্স সেদ্যুল দা য়াম্না কিবা মিপাইবা অসি পুম্নমক লানবদি নত্তে। অসুম্না মী খরনা হান্নদি আইট সেদ্যুল শেরান্ননা উদুনা কিরম্মী। অদুবু মতমনা হৌখ্রগা নতবা ৱাখল অদু অদুম শিথখ্রে মপুক্লিংদা লৈহৌদ্রে। মণিপুরদগু চিংদবু ওইরে, তমদবু ওইরে, কনাগুম্বা অমনা খুদোংচাদবা কয়া ফোংদোক্নুনা চাওখৎ থৌরাংগী ৱা খর ফোংদোক্লুবদা মীদুবু মাগী কাংলুপকী জাৎকী ওইজবতা থিবা মীশক ওইনা হেক্তা লৌই। হৌজিক্কী সিক্স সেদ্যুল গী মতাংসিদসু মী খরনা মসিবু মাগী কাংলুপকিদমক্তা মচু শংবা অমকপা মীনা তৌরকপা ওইহন্দুনা সোসিও-ইকোনোমিক অমসুং কলচর চাওখৎহন্দুনা সংবিধানগী পিরিবা অদু ঙাকহনদে। য়াম্না চাওনা খন্ন-চয়েৎনগদবা সিক্স সেদ্যুলগী মরমদা খর মথাগীশিংসিনি:-

১. সিক্স সেদ্যুল অসি চীংগী লম ওইরিবা ৯০% দা চৎনরবদি ষ্টেটকী ১০% দা ঙাইহৌরবা তমদা করি ওইহৌগনি।(এন:বি:- মৈতৈদা হায়বনি খঙই)

২. সিক্স সেদ্যুল অসি সিঙ্গল কাওন্সিলগা লোইননা শেন্নবদি সাওথ্রন নাগালেন্দ শেম্বগা মান্নরে।(কুকিদা হায়বদি খঙই)

৩. সিক্স সেদ্যুল অসি চীংদা ডিষ্ট্রিক্ট মশীং কয়া কয়া লৈগদগে হায়বা শেংদোক্লিবা ফাওবা চৎনরোইদবনি।(কুকিদা হায়বনি খঙই)

৪. সিক্স সেদ্যুল ওইবদি চীংদা টেক্স লৌবনি।(কুকিদা হায়বনি খঙই)

৫. তমগী লমনা ষ্টেটকী ১০% দা ওইবনিনা সিক্স সেদ্যুল চৎলবদি চীংগী মীনা তমগী মীবু নমহৎখ্রগনি মাংহল্লগনি।(মৈতৈদা হায়বনি)

মথক্কী ৱা মচংশিং অসি অসুম্না ৱাশেংদোক্লসি।

(ক) মণিপুর ষ্টেটকী ময়ায় থংবা শরূক অসি তম হায়না খঙনবা ষ্টেটকী ১০% তগী লমনি, অদুম ওইনমক লমদম অসি হিরম খুদিংদা চাওখৎলবা পুমলং লংলবা মফমনি। অদুনা হৌজিক্তি চীংগী লম কৌরবা শরূক ৯০% লংখৎহন্নবা হোৎনরসি।

(খ) ষ্টেট অমা শেম্বা লৈরিবা ষ্টেটতুগী এরিয়া নত্ত্রগা বাউন্দরি হোংদোক্তুনা অতোপ্পা অমা শেম্বা হায়বসিArt No. 3 (Part-I) ভারতকী সংবিধানদা য়াওবনি, সিক্স সেদ্যুলদা য়াওবা নত্তে। সিক্স সেদ্যুলগী মওংদা সিঙ্গল কাওন্সিল অমগী মখাদা চীংমী মখল পুন্নমকসি অমত্তা ওইনা পুনসিনগনি অদুনা সাওথ্রেন নাগালেন্দ ওইখিগনি হায়না খনবদি য়াম্না নোকনিংবা সিক্স সেদ্যুল গী প্রিন্সিপাল অদুগা ৱাখনলোনগা ওন্ন-তৈনবা ৱাখন্নি।

(গ) ডিষ্ট্রিক্ট মশিং কয়াগী হায়রগনা সিক্স সেদ্যুলগী পীরিবদুদগী লৌথোরকপা কাওন্সিল ডিষ্ট্রিক্টশিংগী মরম অদু মখাদা পীরি।

Para 1(3) Governor না ময়ামদা খংহল্লগা...

(অ) লম খর হেক্তা য়াওহন্বা

(আ) লম খর হেক্তা লৌথোকপা

(ই) অনৌবা ওটোনোমস ডিষ্ট্রিক্ট অমা শেম্বা

(ঈ) ওটোনোমস ডিষ্ট্রিক্ট অনি নত্ত্রগা হেন্না নত্ত্রগা শরূক খর পুল্লগা ওটোনোমস ডিষ্ট্রিক্ট অমা শেম্বা।

(উ) ওটোনোমস ডিষ্ট্রিক্ট অমবু মমিং হোংবা

(ঊ) ওটোনোমস ডিষ্ট্রিক্টশিংগী ঙমখৈ তাকপা।

অদুনদি মশি য়াম্না তশেং তশেংলে মদুদি ওটোনোমস ডিষ্ট্রিক্ট হায়রিবা অমসুং রিভেন্যু ডিষ্ট্রিক্ট হায়রিবসি মখোইগী তোপ-তোপ্পা, তোঙানবা অর্থ লৈজে। মখোই অসি মান্নদে। অদুনদি ডিষ্ট্রিক্ট মশীং কয়া ওইগদগে হায়বসে সিক্স সেদ্যুল চৎনদ্রিঙৈদো শেংদোক্লবদা মপুং ফাবা ঙম্লোই।

(ঘ) চীং অমশুং তমদগী এম পি অমসুং এম এল এ শিং অসি চীং তমগী ওইবা অপুনবনি হায়না লৌবনিনা ঐখোইগী হৌজিক্তি অহেম্বা খর তমদা লৈরে খুদম ওইনা গ্রাম পঞ্চায়েট রাজ, নগর পঞ্চায়েট অমদি ম্যুনিসিপালিটি বোর্ড না টেক্স লৌখৎকনি অমসুং লৌখৎলক্কনি। মরম অসুন্না ওইপ্রবদি চীংদা সিক্স সেদ্যুল অসি চৎনহল্লগা ষ্টেটকী অকক্লবা ফিভমগী মখাদা পিকলবা করিসু লৈতবা টেক্স খর লৌখৎপদা করি লানবা লৈবগে?

(Para No. 8 (1-4) of the Sixth Schedule)

Common Wealth Nations হায়রিবা চাওরবা কল্লবা U.S.A. Japan নচিংবগুম্বা য়াওরিবা অসি মতম অমদা বৃটিশ নিংথৌরেলশিংগী লৈবাক্কী মখাদা লৈরম্মী। মসি এশিয়া মহাদেশকী অয়াম্বা শরুকসু য়াওরম্মী। দেশ পুম্নমকসি পুন্না লৌরবদি বৃটেন্দি চাংদম্নবদা বিন্দু মচা অমত্তনি। অদুনদি মতমদুদা খ্বাইদগী শক্তি লৈবা বৃটিশতুবু কমন রেলঠ ময়াম চংদুনা নমথদুনা মাংহনসি হায়দুনা কনানা হায়গদগে? ইন্দিয়া মথন্তনা ইংলেণ্ডদগী য়াম্না হেন্না চাওই মী মশিংদি য়েংনবগসু অদু মঙাই। অদুনদি ভাবনা শাবা ৱাখলদা মিৎ ৱাখল চোইদুনা উবা অঙাওবা ৱাখলদৌনা চীংমীনা তমগী মীবু নমথখ্রবনি মাংহনখ্রগনি মরমদি চীংনা ৯০% ওইবনিনা হায়বতগী ৱাসি য়াম্না পংবগী ৱানি। অদুনা ঐখোই অচুম্বসিদা য়ানরসি মদুদি চীংগী তমগসি মণিপুর কৌবা শেন ময়েক অমত্তগী মমায় অনিনি।

# সিক্স সেদ্যুল গী চৈফুদি অপুনবা মণিপুরবু পুমতোই তোইনা থুগাইনবনি

Thursday 23 Nov 1995
**Rejoinder to R. Langkham**

ওটোনোমী(নিংখা তৌবা) থবক পাংথোকপা য়াবা অসি মণিপুর শিনবা থুংনা MLR Act & LR Act 1960 অসি চৎনরবা মতুংদা ওইরবদি মসি লাইনা পীবা মণিপুরগী মীশিংগী অমত্তা ওইবা পুন্নবগী মঙ্গল পীবনি অদু নত্তদুনা ৯২% চীংগী লম অদুগী মথক্তা তমগী ৩% ট্রাইবেল তাবা মফম মখৈ খাইদোক্তুনা পীগ্রবদি মৈতৈ অমসুং মৈতৈ পাঙন গী ৫% দা ঙাইহৌরবদি, সিক্স সেদ্যুল অসি মণিপুরবু পুমথু থুগাইরগা মৈতৈবু শক্তম মাংহন্নবগী হোৎনবা খ্বাইদগী কনবা চৈফুনি। য়ান্না চুন্না থিজিন্দুনা অশেংবা ব্রাফমশিং (Authentic Data) গা লোইননা সংবিধানগী ইরিবদুনা ওন্ন-লমজৈ পান্দম ওইদুনা পুথোরকপা ব্রাখল্লোন অদুবু ভাবনা শাবা মঙদ্রং ওইবা ব্রাখল চোইদুনা ইবকপনি হায়না লৌবোইদবনি। খন্না ব্রাহৈ য়েৎনা ব্রাহৈ খুদিংমক মণিপুর পুন্নবগী লিংজেলগা লোয়নাগদবনি নকল অমখক্তগী কাংলুপকী মচু শংদুনা মখোইগী ফনবগী ব্রাখন্দা ইরোইদবনি। অদুম ওইনমক অদোম্না ইরকলিবা ব্রাখল্লোন অদু তরান্না ঙাকনি. মরমদি মসিনা অচম্বা প্রজাশিংদা কান্নরবা নৈনবগী মহৈ মশিং পীবা ওইগনি। অদুনা মখাগীশিং অসি খল্লগা খুমবিরকলো।

(অ) মণিপুবগী ইতিহাসনা হেক হৌরকপদগী মণিপুর অসিবু ঙাক শেল্লকলিবা হৌজ কয়াদা কল্লকলিবা অসি মৈতৈ (মণিপুরী)শিং অসি নত্তব্রা?

(আ) মণিপুরগী চীংলোনশিং অসিবু চীংমীশিংনা অথিংবা পীখিবা লৈতনা লানশিলক্তুনা মণিপুরবু লৌরম্বা বর্ম্মিজশিংদগী অমুক মুন্দুনা লৌহৌরগা মণিপুর কনখিবদো কনাননো?

(ই) হৌজিক লৈরিবা (চীং অমসুং তমনা পুনবা) চীং-তম মণিপুর অসিমকপু কন্নবা বর্ম্মিজবু লাম্থেংনবদা য়াওখিবা মৈতৈ নত্তবা কাংলুপকী মশিং নথব্রগা চাংসিবু কয়া য়ান্না য়াওখিবগে?

(ঈ) মৈতৈ হায়বা কাংলুপ/জাতি মচা অসিতনা মৈতৈ লৈবাক মণিপুরগী

লাইবক নোংদম অসি মতম পুন্নমক্তা লেপচরকপনি। হৌজিকসু স্পোর্টস অমদি কলচরনচিংবদা মিংচৎ উরোং পুন্নকলিবসি মৈতৈ হায়বা জাতিশিংননি। মরম অসিনা মৈতৈশিংনা মচিন-মনাও ওইরিবা চীংমীশিংগা লোইননা চীংদসু লৈমিন্ননবা খুন্দামিন্নবা য়াদে হায়বসি য়াম্না ইকাইনিঙাই ওইনা নোকনিংবা অদুগা খল্লুবদা থম্মোই কাইনিঙাই নত্তববা?

(উ) মৈতৈগী ৫% ফাদ্রবা তমশিদা ৭০% মণিপুরগী মীশিং অসি নমশিন্নদুনা লৈরবা ফাওবদা মৈতৈশিংনা ময়াম্বা চীংমীশিংবু পাম্মোম তিংথোক্তুনা তমদা লৈমিন্নবা ওকলি। পুকচেল চাওৎবা অদুগীদমক্তরা মৈতৈশিংবু চপখাইদুনা অহকপা দন্দি পীগদৌরিবসি?

(ঊ) ইতিহাসনা ৱাঙাংদনা তুমিন্না য়েংলিবা শাক্ষিনি মদুদি মতম অমদা চীংমী ইচিল-ইনাওশিংনা মৈতৈ মচিন-মনাওশিংনা অৱা-লান ঙমদুনা হল্লকপদো খৌরাংনা ঙাইখি। মরমদি বর্মিজশিংনা হৌজিক ফাওবা মণিপুব অসি খুদুম চন্দুনা থম্নম্লবদি মৈতৈদা নত্তনা চীংগী ইচিল-ইনাওশিংগী লাইবক অসি কদোমদা ওইরমগনি। অদুনা মৈতৈশিংনা ৮% তমগী মনুংদা হৌজিক্তি ৫% ফাদবা মফমদগী শন্দোকপা য়াদনা থমজিল্লকপসিবু ১০০% চীং তমবু মণিপুরগী ইতিহাসনা হৌরকপদগী কন্দুনা ঙাকশেন্দুনা লৈবকপগী খুদোলনি হায়বসিসু ফজবা লাইগী ৱায়েনলা?

() অদু ওইরবদি মণিপুরগী মনুংদা লৈরিবা মৈতৈশিং মণিপুরগী মপান্দা লৈরিবা মৈতৈশিংনা করি তৌবা পাল্লমগনি হায়বসি মৈতৈ অমসুং মৈতৈ নত্তবা কাংলুপ খুদিংনা খন্থনবা ওইনা থম্মনা ফরগদ্রা?

অদোমগী সিক্স সেদ্যুলগী প্রোভিজনগী Para (2) গী quotation অদুদি চুম্মী অদুবু অদোম্না মনুংগী ৱাখলগী অর্থনি হায়না ফোঙদোক্লিবা অদুদি লান্না লমজিংনবনি। অদুম ওইনমক অদোমগী ইথন্তগী ৱাখন্না শাগৎপা (Self-Style) অচুম্বা Sixth Schedule গসু মান্নদবা মওংদুদি মৈতৈ পুম্মনা খঙলে অদুনা ৯৫% ট্রাইবেল তাবা এরিয়া গী ওটোনোমী হায়বদুগী অথিবা মশক অদু অমুক হায়গৎলকপগী অয়াবা পিরুরোই। মথক্কী অচুম্বশিং অসি লৈখ্রবসু অদোম্বু ঐনা থাগৎচরি মরমদি অদোমমক্লা পীরিবা Sixth Schedule গী Reference কী Para 1(3) (a)(b) (c) (d) অমসুং (g) অদুমক্তদগী ঐনা সিক্স সেদ্যুল অসিগী খুদোংথিবশিং অদুমক ময়ামদা লাম্থোকপগী

খুদোংচাবা অমা অদোমমক্কা পীবিরে।

(এ) নাগা কৌখ্রবা নাগা নত্তবা শাজৎ, লোন তিন্নদবা কাংলুপ পুন্নমক্কী অমত্তা ঙাইবা অপুনবা সিঙ্গল ওটোনোমি কাউন্সিল হায়বসি সিক্স সেদ্যুলদা শুকপী পিদে শেমখিদে। মসি সংবিধান অসিগী য়ুক্ষম ওইরবদুগা পুমওন ওন্নবা অমদি বাখল্লোন অদুদগী পুমখেন খেন্নবা নৎত্রা?

অদুনা চিনবান অচৌবশিংদগী চাওরবা ৱাহংশিংদি:-

অদোম্না ইশানা শেমজিন শাজিনজবা তোপ-তোপ্পা মওং অমগী সিক্স সেদ্যুল (Single Autonomous Council হায়বা constitution গী মায়োক ওইবা) মরমদা অদুক য়ৌনা পুখত্তুনা ঙাংবিরকলিবা করিগীনো? শেম্নকলিবা থৌশিলসিদা অখণ্ডবা মী লৈত্রে হায়ণা লৌবিব্রা?

তোঙান তোঙানবা কাংলুপ মচা-মচাশিংবু তোঙান-তোঙানবা মখলগী মীশিংবু 20th Century দা থোনখিবা নাগা হায়বা কাংলুপ অমদা শকফম তাকহন-হোংহন্দুনা খোমজিনবগী থৌশিল করিনো?

মৈহৌরোন্দগী লৈরক্তবা কোন্না শেমখিবা মিং কাংলুপ জাতি অমনা মৈতৈগী শক্তম মাংনবা তৌরক্লিবা মখে অনৌবা শক্তম অদু নুঙাই য়াইফৌ। মদুনা মৈতৈগী শক্তম মাংহন্নবা হোৎনরকলবদি মৈতৈ ঐখোইনা খাংদুনা লৈগদ্রা? মদু জাতি নত্তে ওর্গেনাইজেসননি হায়না লৌবা তাবনি। হান্না মসি কুকি ইচিল ইনাওশিংনসু হায়খ্রবনি।

ঐনা মতাংসিদা শেংদোকচনিংই মদুদি চীংগী কাংলুপ মশিং য়াম্না মৈতৈগা নক্কবা তিন্নরকপা অমসুং ঈ মরিনি। মৈতৈগী য়ুম্নাক অয়াম্বনা চীংমীগা ঈ মরি ওইবা য়ুম্নাক শাগে ঙাক্তনি। মসিসু চংলি-হিংলিবা তরাইনা লৌবা য়াদ্রবা মরূ ওইবা তাংকক্লি। ইয়াম্বদা ঐনা ঐসে ননাওনি তাকপনি। মানা নত্তে হায়দুনা মনাওদো হাৎলবদি মাদি ইয়াম্বা নৎত্রে। অঙাওবা য়েক্লবনি।

ইরমদমগী ৫% লমগী এরিয়াদদা পৈশিন্দুনা লৈহৌরবা ও বি সি মৈতৈবু তোঙান্না খাইদোক্লম্নবা শিল্লকলিবা থৌরাং অমসুং তৌগে নিংলিবা অসি করিনো? মরমদি ৮% তমগী এরিয়াসিপুংলং লংলে হায়রিবা চাওখৎলবা মফমশিদা চীংমী ইচিল ইনাওশিংনা ৩% লম ফংখ্রবনি। চীংগী লমদা ইঙ্খিঙ অমা ফাওবা মৈতৈদা পীবা য়াদবা চীংমী ইচিল ইনাওশিংনা মণিপুরগী মৈত্রবাক্কী

ময়োল মক্তদা মৈতৈ-মচিন মনাওশিংগা তামিন্নরি। ইম্ফাল ম্যুনিসিপালিটি অমসুং ভেল্লিশিংগী মেপতা উবিগনি।

কান্নবা রা খন্নরিঙৈদা নুংঙাইতবা থৌদোক থোকহনগনুসি। থোক্লবদি হন্দক্তি ইশনলকপা কাংবু খঙগদবনিনা তমদা লৈবা চীংমী ইচিন ইনাওদা য়ান্না মাংতাক্কনি।

পব্লিক ওপিনিয়ন অমসুং প্রজাগী ইহুননা সিক্স সেদ্যুলগী মায়োক্তা হোংদোকল্লিবা মওং অসি খঙলবা মরৈবাক নিংবা মণিপুরগী কাংলুপ খুদিং মণিপুরগী অমসুং মপালগী মৈতৈ য়াওনা ফজনা খন্নরিঙে মতমসিদা কাংলুপকী ইরাং হৌরকপা হাৎন-শুনবা থোকপা য়াবা অমত্তা তৌরোইদবনি হায়না ঐনা আসা তৌই।

সিক্স সেদ্যুলগী মরমদা চংখোন্না প্রজা পুন্নমক্তা উৎলগা মখোইগী রাখল লেপচনবা মখাগী অখন্নবা রাহংশিং অসি হংলি। অদোম ইশামকনসু (Pitty Power) করিসু লৈতবা শক্তি (Pitty Tax) করিসু লৈতবা টেক্স, অদোম্না ইরিবা Revenue District অসি Autonomous Single Council গী (Geographical) area অমদি রায়েণ থৌদাবগী লমগী মপান্দা লৈখিবা ওইনা উৎলি। তোঙান তোঙাম্না অর্থ লৈ হায়রিবা অসি শেংদোকপিরকউ।

Para 3(1) দগী Para II ফাওবা অসিগী, সিক্স সেদ্যুলগী প্রোভিজন অসিদং, মখা চৎথদ্রিঙৈদা হান্না খন্নগীসি:-

Para 3(1) a লম পীবা, য়ুমতা লৌতাহনবা, শীজিন্নবা নৎত্রগা তৌঙান্না লম খাইদোকপিবা

১) মী অমনা লম কয়া য়ান্না দরকার লৈবগে অদুনা চীংগী ইচিল ইনাওশিংনা লম কয়া দরকার লৈবগে? Land Ceiling Act (লম কয়া থম্বা য়াবা) লৈব্রা? চীংমীশিংগী মরক্তসু লুচিংবা খরতনা হেক লৈরিবা মখৈগী মপু ওইগে অদুগা তমগী মীশিংবু মরৈবাকমক্তদা নমলানবা ওইহনগদৌরবরা?

২) মী অমনা কয়া য়াম্বা লমগী মপু ওইবা য়াবগে হায়বসিগী অককনবা ঙমখৈ থমদনা চীংগী ইচিল ইনাওশিংনা তমগী মীনা পাইজবা লমগী মরূওইবা শরূক নিযুন্দগী হেন্না পায় হায়বসি খংবিব্রা? চীংগী ৯২% লমগী মহৌশাগী ওইবা পোৎথোক (উ-রা, উহৈ-রাহৈ) তমগী ৪% লৌবুক খক্তগী ওইবা পোৎথোক্তা চাংদম্নব্রা?

৩) মতাং অসিন্নাইদা দেশ অমগী সমুদ্রদা শন্দোকখিব্রা সিমনা অসি ২০ কিমি দগী ২০০ কিমি ফাওবা শন্দোকখ্রে দেশ অনি য়াম্না নক্করগনা তংখাইদা লৌবা নত্তনা। মরমদি হৌজিক্তি সমুদ্রদসু প্রেট্রোল অমসুং অতৈ মিনরেল থোকই। খুদম ওইনা "বোম্বে হায়" অদুম্না সাইচিন গ্লেসিয়ার মুন্নদুনা লান শোক্লরিবনি। ঐনা মসিগী পাওসি মৈতৈ অমদি মৈতৈ নত্তবা ইচিন ইনাওশিংদা মিচং মীখাই অমত্তা লৈতনা চীংগী লমদা ইকোনোমীদা লাইন্নৈ হায়র্বসি কিদনবগীদমক্তা হায়বনি। হিমলয়গা চাংদম্নবদা মণিপুরগী চীংশিংদি লৈতোংগুম্বনি। মহৈ-মরোং থাবদা খোইবদা ন্নাবা নত্তে। অরংবা সহরনা হেন্না ফবা নত্তে। অরংবা সহরদসু চীংমী য়াম্না লৈ। চীংগী লমতু খোইদাজবা মফমদা মৈতৈসু য়াওহনসি। লেন্দ সেলিং থম্বদা কনামত্তসু হেন্না লৌবা য়ারোই। চীংবু নুংশিদা হায়বা নোংমতসু চীং য়ৌরুদবা ন্নারুদবা মৈতৈসু অন্নাবা খঙসনু। (চীংদা পোষ্টিং চৎলু য়াদবা মীশিং Disobdience of order দা থবক লৌথোকপা নৎত্রগা Posting Transfer শেমদোকপগী Promotion পিংবগী লো থমগদবনি।

৪) চীংমী ইচিন-ইনাওশিংগী তমগী লমদা লৌউশিংউনবা মফম চাওনা লৈনরে। অদুগী মথক্তসু চীংথক অমদি চীংলক্তা লৈবা তমশিংদা শাংলবা চাওরবা লৌউনবা তম-থেল য়াম্না লৈ। তমগী মীশিংগীদি লৈফম চল্লক্তবদগী লৌবুক্তা য়ুম শান্নরক্লে। তমগী অসিগুম্বা ফিভম অসি অদোম্নসু খনবীয়ু। থবক শু য়াদবা চীংবু কিবা কাংবুসু ন্নাজসনু ৯০%না চীংদা লৈয়ু য়ারোই। MLRand L.R. Act চৎনরগা চীংমীনা হেন্না কান্নগনি।

৫) চীংদদি শীজিন্নবা ঙমদবা য়ৌশিল্লুবা ঙমদবা লম অবেম্বদা লৈহৌরে খঙলবদি মীশিং ন্নাৎপদগীনি। অদুনা তমগী ইচিন-ইনাওশিংবু কৌরগা চাওখৎনবা শুমিন্নবা লৈমিন্ননবা চারোল মৌরোনদুনা অমত্তা ওইবা কাংলুপ অমা শেম্বগী ন্নাখল লৈতবরা? মৈতৈসু মসিগী ন্নাখল লৈত্রবদি লৈতবা খরদো ন্নাজসনু।

৬) চীংমী ইচিন ইনাওশিংদি অরংবা তমগী-লমদা সহরগী ময়োন (কংলা) মক্তদা শরূক য়াদুনা লৈরবা নত্রা? চীংদসু হিল ষ্টেসন, টাউন শেম্বদা মৈতৈসু য়াওগনগদবনি।

৭) হৌজিক খ্বাইদগী চাওবা ন্নাহংদি থৌন্নাংগী পক্লুং অমগীদমক্তা নাগা

কৌশিনখ্রবা অমশুং অতোপ-অতোপ্পা মৈতৈগা হেন্না নক্লবা ফুরূপ কয়াবুসু নাগা হায়বা মিংথোন পীশিনবা নৎত্রা। ঐখোই হৌজিক হাংদোক্লদ্রবা ইতিহাসকী লমাই কয়া হাংদোকপা তারি। হৌজিক চীংমী কাংলুপ পুন্নমকসিবু অমত্তা ওইনা পুনশিন্নরম্লগা নাগা হায়বা মিংথোন হাপ্লগা ৫% তম্পাক্তা তাজরবা ও বি সি মৈতৈবু অমশুং মৈতৈ পাঙনবু করিগী খাইদোক্লম্লিবনো? ধর্ম্ম তোঙান্নরবসু মৈতৈসু চীংমীগী মরিনি করিগী কাওরিবনো?

(এ) ইউ এন না মতম পুন্নমক্তা জাৎ, কাংলুপ মচা মচাশিংদা (Self Determination) মথন্তা ব্বারেপ তাজবা হায়বসিদা মতেং পাংই। মসি খংবদগী মণিপুরগী ৯২% ওইরিবা চীংদা তাবা হৌরকফম লোন, শাজৎ তিন্নদবা কাংলুপ পুন্নমকসি নাগা কাংলুপ অমত্তনি। মফমশিং অসিগী মখোইতনা অশেংবা মচানি হায়দুনা প্রমান পীবা পামই। মসিদা পি.ঐচ.দি ফংবা মী কয়ানা য়েৎথ্রিবা করিগীনো? অদু ওইরবদি মমা লৈবাক চীংতম অনিসিবু ঙাক্লুনা কন্দুনতা লাক্লবা মৈতৈশিংগী তৌবিমল মমল খঙদবা নত্রা? মৈতৈসু চীংতম অনিমক্তা য়েলহৌঙেদগী লৈরকপগী ব্বারী অশেংবা ঙাক্তনি। মৈতৈনসু

MLR Act LR Act 1960 অদু শন্দোক্লবা মতুংদা ওটোনোমি তানবা পাম্মী। অদুগা মৈতৈনা হৌখিবা রেকোর্ড থোকখিবা পুন্নমক য়েংলগা চীং ঙাক্তদা ওটোনোমী পীরগা করিসু তৌরকলোই ঐদি ঙা চাদবা মনা মশিং চাবা কৈনি হায়বা অসিদা থাজবা ঙম্লোই।

হৌজিক ঐগী ব্বাহং অসিবুসু খুমবিয়ু:- ওটোনোমস ডিষ্ট্রিক্ট চীংগী লম পুন্নমকসি শীজিন্ননবা, লৈনবা, লংহন্নবা হোৎনবদা য়েম্থোক্লগদৌরিবা অসিদা মৈতৈগী শরূক তমগদ্রা? মৈতৈদি তমদা চীংমীগী শরূক চাওনা তম্মী। অদুনদি MLR and LR Act হান্না শন্দোকপা য়াব্রা?

(এ) হৌজিক্কী মেঘলয় ষ্টেট অসি মতম অমগী ওটোনোমস হিল ডিষ্ট্রিক্ট ওইনা খাসি হিল ডিষ্ট্রিক্ট, গারো হিল ডিষ্ট্রিক্ট, জেন্টিয়া হিল ডিষ্ট্রিক্টনি। মরম অদুনা ইশানা শেমজবা ইশা ইথঙ্গী অপাম্বা মওং (Style) দা সংবিধান্দা পীদবা সিঙ্গল ওটোনোমী হায়বসি পীরবদি আসামদগী খাইদোকখিবা ওটোনোমস হিল ডিষ্ট্রিক্টশিংনা ষ্টেট ওইরকপদা চংখিবা মতম অদুগী শরূক মরি থোকপগী শরূক অমদা হায়বদি ১/৪গী মতমদা ষ্টেট ওইখগনি। Art 3 (Part-I) অদুগা Art 244. A য়েংবীয়ু। মসি অকনবা তেনশিনবা Sixth

Schedule 5 years plan তৌবা য়াই। মথংগী ইলেকশন য়োড্রিঙৈদা নথক্রগা মখোইনা থুনা ওইগদবা মতমদা implement তৌথিনু । ...ইউনিয়ন টেরিটোরি নথক্রগা cosmopolitan town city ওইহৌরবাদ মিনিষ্টর সি.এম. ওইনবা তান্নরিবা এম এল এ মিনিষ্টরশিং ম্যুনিসিপালিটিগী চিয়ারমেন, মেম্বরগী ইলেকশনগীদমক্তা লৈহৌগনি। ডিপার্টমেন্ট খুদিংগী অচৌ-অশাং পোষ্ট হস্তরক্কনি। আই.এ.এস, আই.পি.এস কী লিমিটেদ পোষ্ট ওইরক্কনি হায়রবসি অচুম্বরা নথক্রগা ভাবনা শাবা মংগী বারাং

(বি) ওল ইন্দিয়াদা Competative Exam. দা য়াওবা ঙমদবা কাংবুদি 3rd Grade-4 Grade তা থবক তৌগনি। অচৌ অশাং মাশাং হস্তরক্কনি মীশিংনা হেনগৎলক্কনি। অদুনা চীংগী থংনবা স্টেটতগী চা য়াগান্দা চা হেকপা শীং চনবা চৎপদা য়ুমদাংবা ওইনা লৈরক্কনি।

5. Ref. 3(1) (b) - Forest Management তৌবা

(এ) চীংগী ফোরেষ্টতগী থোকপসি করা য়াম্মী? তমগী লৌবুক মশিং হস্তরক্কনা চানা কাওবা কোন্নদ্রবা চেং মনামসিদি চীংগী ট্রেম্বর ... উনতিংলগী মমলগী ৫% খৌরোই/চীংদা থোকপা ফৌ চীং মরক্তা লেবা (ভেল্লী)দা লোকপা চেংনা চীংগী ইচিন ইনাওশিংগী চাবা কোন্নরগনি। তমদা থোকপদি তম্মীগী চাবা কোন্নদে। অদুবুদি মণিপুর পুম্বা চাবা কোন্নদদুনা মপানদগী লৈদুনা চারি।

(বি) মৈতৈশিংনা লামলবা মরক্তো থনজনবা চাক-ঈশিং থোংনবা চীংদা শীং চনবা চৎচবদা তানথোকপিরকপা, য়াংলোইদা থোকখিবা, শৈজাং, ঙাইরফুং, সাইবেননচিংবা উখ্রুল লাইন্দা থোকলিবা case ময়ামসি য়ান্না য়ামখ্রে। মফমশিং অসি মহৌশা বৃটিশকী মমাংদগী অমসুং মতমদগী মৈতৈনা শীং চল্লম্বা ঙাক্তনি। হৌজিক অটোনোমী পিদুনা চীংগী কন্ট্রোলদা থমখিবদা কোমথোরক্তুনা শীং চনবা য়াগনি থাজবিব্রা নথক্রগা চীংগী মফমদুদা চংবা য়াগনি থাজবিব্রা? দ্রাইভরশিংনা চীংদা চৎপদা অকিবা য়ারী করাসু তাবিরে। অদুনা য়াহং অমনা কাউন্সিলশিং অসিনা ফোরেষ্টপু মনিং মথা তন্না শীজিন্নবা য়ারবা মতমদা করম্বা মওংদা শীনলাংগদৌরিবগে?

লৈহৌরিবা চাথোক থোক্লক্কদবা পোৎ চীংতমগী ইকোনোমীনচিংবদি

অপাম্বশিংনা নৈনবিরো? শম্না হায়রবদা Agro-Based ওইবা ষ্টেটতা Maximum available land must be utilised by employing maximum available men power হায়বদো নৈনরগা চীংগী explore তৌদবা লমদা তমগী হেনগৎলকপা মীশিংনা চংদুনা শীজিন্নবগী প্লান তৌরগা ইকোনোমী চাওখৎহনগদবনি।

৬. Ref. Para (1) (c) - Canal নথত্রগা ঈশিং ইচেনশিং শীজিন্নবা লৌউ-শিংউনবগীদমক্তা .....

(এ) মসি নোংমা নোংমগী খৎনফম ওইগদবা রাফর্মানি। হান্নদগী হৌনা ঈশিং হৌরকফম মচা, অচৌবদা থিংজিনখিদুনা বাখিবা ডম শাবা থিংবা. তমদা ঈশিং ফংদবগী রাবিদবা, চাংদা লৌবুক থুমগনিদা রাবা অসিনচিংবসিনি। অদুনা ঈশিং হৌবকফম নাকল অদুবু নিংখা তম্বা পীখ্রবদি পুন্নমক অসি ফগৎলক্দ্রা?

(বি) ঈশিংগী কেস অসিনা ইন্টর্নেসনেল রাটর নথত্রগা তুরেল শীজিনমীন্নবগী হায়বদি Ganges, Indus গুম্বা Country অনি অহুম ফাওদুনা চেনবা অদুগা নেসনেল রাটরগুম্বা, কাবেবি ঐখোইগী বাবাককুম্বা ষ্টেট ২.৩ ফাওদুনা চেনবা তুরেলগী কেস ওইরিবদি ইউ এনদা নথত্রগা ইন্দিয়ান গভর্নমেন্টদা কেস সেটল তৌনবা থাংগৎপা য়াই। অদুগা ষ্টেট মনুংদো চেনবা ঈশিংগী রাথোক্নীদি ষ্টেটনা নিংখা তৌত্রবা ওটোনোমী ডিষ্ট্রিক্টতা থুথিংজিনবা য়াম্না রানা থোক্কনি। অদুনা খৎন-য়েৎনবগী থৌদোক অসি মাদদুনা থোকপা নথত্রগা থওইনা থোকহল্লগা ৯৫% ট্রাইবেল এরিয়া থুনা চৎথিবগী চৎনিংবগী খুদোং চাবা লৌদুনা Art 244 (A) অদু খুদক্তা পাম্নক্কনি। Manipuri Ancestral Domain হায়না Sixth Schedule Demand Committee Manipur (SSDCM) না উৎলিবা অদুমখৈ মণিপুর ওইহৌরগা Union Territory ওইবা ফাওবা রাহৌরগনি। Tribal ancestral Domain হায়না উৎলিবা উখ্রুল, সেনাপতি, তমেংলোং, চান্দেল, চুড়াচান্দপুর মতুংদা লেম্বা সদর ফাওবনা ষ্টেট ওইখিগনি। মপাঙ্গল কল্লবা ষ্টেট ওম্নবগী লো নৈবা সেদ্যুল অসি মখোইনা তান্নকপনি। নথত্রবদি constitution না Art 244(1) দা অসাম, মেঘলয়, মিজোরাম, ত্রিপুরা নত্তবা লমদা Fifth Schedule চৎকদবনি হায়বদুদা তানগদবনি।

Ref Para 3 (1) (h) - Inheritance of Property মপা, মপুগী লন-থুমগী ফংহৌবা ... Autonomous District না মপা মপু-লম, লন-থুম ফংহৌবা লো শেম্নগী পৌরাব লৈ।

Para 5(1) গী মভুংইন্না মখাগী পৌরাব অসি পী:-

Code of Civil Procedure 1908 অমসুং Code of criminal procedure 1898 কী মখাদা শিংনী দণ্ড পীনা য়াবা পুন্সিগা লোইথাবা, অদুগা চহি ৫ দগী তাদনা জেলদা থম্না অসিনচিংবগী Trial (বিচার) Indian Penal Code নত্রগা অতোপ্প লো অমনা পীবা য়াবাদা District Council নত্রগা Regional Council দা পী।

মতংগী পিরিবা পৌরবশিং অসি কর্বিসু লৈতবা পৌবাববা।

Autonomous District কী কাউন্সিলনা প্রাইমারি স্কুল লিংখৎপা শাবা নত্রগা শিন লাংবা য়াই। করম্না লোন তমগদগে হায়বদ লেপ্পা যাই। অদুনা Manipuri Language অসি Foreign language ওমনদা হেক হৌবদগী হৌনা A for-Apple, B for-Ball হায়না পির্কালবা অভাংশিংদা থবায় য়াওন য়াওন তমবিবগুম ওটোনোমস ডিষ্ট্রিক্ট তুগী স্কুলদা ওবীথিগদ্রা? অদুনদি সিক্স সেদ্যুল অসে আইট সেদ্যুলগী মণিপুরী লেঙ্গোইজবু কন্নবা মহৌশা আইট সেদ্যুলবু য়ারমদবা মীনা মশক খংলবা মিনিষ্টর ১-২ খক্নুনা লাল্লে ঐখোই নত্তবা রাখল খল্লুরে হায়দুনা আইট সেদ্যুলবু মতেং পাংনবা সিক্স সেদ্যুল পুশিল্লকপ্রা? প্রাইমারি স্কুলদা মণিপুরী তমগদ্রা?

Para 7(1)

District অমসুং Regional Fund অসে তুংখৎপা য়াই।

Para 8(1) to 8 (2)

কাউন্সিল অসিনা লমগী অমসুং বিল্ডিংগী লেভি অমসুং টেক্স কলেক্ট তৌবা য়াই, অদুগা লমদুদা লৈরকবা মীদসু টোল টেক্স লৌবা য়াই।

a. Para 8(3)

মখাগী লেভি অমসুং টেক্সশিং অসি কলেক্ট তৌবা যাই।

1. Profession, Employment লন্‌লোনগী থবক তৌবগীশিংগী মথক্তা লৌবা টেক্স

2 শা-ষনগী মথক্তা টেক্স গাড়ী অমসুং হি ল্যান্ডহোল্ডার লার্নিংগী টেক্স

3. কৈথেলদা যোনগদৌরিবা মাল-চাং অদুগী টেক্স. পেসেঞ্জরশিংগী চংঙকইবা পোৎ-চৌশিংদগী টোল টেক্স

4 Road Tax অমসুং School অমসুং Dispensary Maintain তৌবগী টেক্স ময়াম অমা।

১১. টেক্স লৌখৎপগী পবান

সিক্স সেদ্যুলগী মখাদা লাক্লিবা লমশিংদুগী টেক্স অমসুং বেভিন্যু লৌখৎপগী পাবর ডিষ্ট্রিক্ট অমসুং রিজনেল কাউন্সিলদা পুল্লপ পিথোকই। অসিগী মতংদগীদি লেভি টেক্স লৌবদা অমসুং ফী লৌবদা কনামত্তগী মথৌ লেত্রে। ষ্টেটকী তা কোন্নুংজাও, মাযচৌ অমগী খুৎ থিংজনবা য়াদ্রে।

মথক্কী বেভিন্যু অমদি টেক্সনচিংবাশিং অসে কাবিসু লৈতবা মমিংদা ওইবা টেক্স লা? ৫% গী লমদা রানা লৈজবা ও দি সি মৈতৈ শিংনি। মখোইগী হায়ববু চীংগী মহৌশাগী পোৎথোকশিংদা ইকোনোমীদা ডাজেবগদবা মখোইবু শুমদৎকদৌখিব্রা? মৈতৈশিং অসি থবক থিবগীদমক্তা সুনবা, ললোন্নবা থবক ফংনবা ভেল্লিগী মনুং অমঙং মপান্দা হংগৎ হন্দা চৎপা তাবনি। মী লাখ তবামক্তা হেন্না লৈবা পিক্লবা চীংনা কোইশিল্লবা লমসিদা পোলটরি ফার্মগী অয়োকপা শা যেনগুন্না লৈবদি যাবোই। এখোই অসে চীংলোন মাপলগী মনুংদা অয়োকপা উচেক্কুন্না নৎত্রগা যেকনবগুন্না জেলদা থমবগুন্না লৈগদ্রা?

১৩. Para 9 (1) Autonomous district অমসুং Regional শিং অসি Royality ফংগনি অমসুং Mineral দগী share ফংগনি।

Para 10 (1)

District Council না পৈশা পুথোক পুশিন অমসুং ললোন ইতিক্কী কন্ট্রোল তৌগনি।

Para 10 (1)

District Council না পৈশা পুথোক পুশিন অমসুং ললোন ইতিক্কী কন্ট্রোল তৌগনি।

Para 10 (2) D

ডিষ্ট্রিক্টতুগী মনুংদা লৈবা সেদ্যুল ট্রাইব নত্তবা কনামত্তুনা কারিগুম্বা পোৎ অমত্তগী whole sale নত্রগা Retail business তৌবা য়ারোই।

Para II

Council শিংসিনা শেম্বা লো, রূল অমসুং রিগুলেসনস অদো ষ্টেটকী ওফিসিয়েল Gazette তা খুদক্তা পব্লিশ তৌগনি অমসুং লো অদু খুদক্তগী ফোর্স লৈগনি। অদুনদি মশাগী লেন্দ লো, রেভিন্যু, লেন্দ সেলিং, লেন্দ হোল্ডিং লোইনা শেমলোইদ্রা?

অদোমগী ইশানা হায়খিবদুমক্কী অমুক পঞ্জবগা ঐখোইগী এম. পি. অমসুং এম. এল. এশিংদো কল্পনা শক্তি লৈরবা হাপচিল্লকইনা ওটোনোমস কাওন্সিলগী মেম্বরশিংগী কান্নরবা ফরবা advisor শিং ওইরগনি। মথক্তা শেমখিবা লো, রূল, রিগুলেসনশিং অদু ষ্টেট না খুদক্তা ফোংদ্রবদি Watch dog ওইনা লৈরবনিনা লাওশিন-খোংজিন্দুনা থুনা ফোংদবা য়াররোই।

এম.পি. শিং অমসুং এম.এল.এ. শিংশিনা Parliament অমশুং Assembly দা মণিপুর চীং তম অপুনবা এম. পি., এম.এল.এ. ওইরীসিমক্তা তেল্লবা কনশিনবা সিক্স সেদ্যুলগী প্লানসিগী মনুংদা চীংগী লমগী শরুক য়েনথোক্লবা লৌশিন্নবা, শীজিন্নবা পীবা, মশাগী ওইবা মচা-মশুগী ওইহৌবা য়ানবা লেন্দ সেলিং, হোল্ডিং পুন্নমক পুমলোয় লোইথোক্কনি। অসুন্না মণিপুরগী অপুনবা থুগাইবা মৈতৈগী শক্তমবু থুগাইদুনা অনৌবা অপুনবা পামজবা ষ্টেট অমা শেম্বা ঙমহৌরগনি। মমিংনা করি থোনগদগেদি খনবীরো?

মথক্কীশিং অসি ভাবনা শাদুনা অঙাওবগুম্না পংউ উবা ওইরগদি পুন্নমক্কীদমক্তা ইংথগদবা মণিপুরবু শিহল্লোইদবা হিদাক্তি MLR & LR Act 1960 অসি মণিপুরগী মফম খুদিংদা শন্দোক্লবা মতুংদা কাশ্মীরদা ওটোনোমীগী ময়োম অমা পি.এম.না (ইন্দিয়ান গভর্নমেন্টনা) পীগনি হায়দুনা তৌরম্বদো অদুদগী হেন্না চাওবা অমা তানবা য়াই।

১৬। এক্সেকুটিভ পুক্সেং লোনবা য়া কন্না অসি থন্নরবর্মনবা মথাগীশিং অসি মরাম পুক্সমক্তা কোংলোকপদা অকাইবা লৈত্রে:-

(এ) থাইদগী অনম কনবা অমদি মাগী জাং কাংলুপকী মমথেংনা খনবা অমত্তুবা মাগা মিত্রশিংসিনা তান্নবা চীং পুক্সমক্কী কাংলুপ পুক্সমক্কীদমক্তা সিঙ্গল ওটোনোমী হায়রবসি পীত্ত্রবদি মথোইগী সিঙ্গল ওটোনোমস কাউন্সিল হায়রবা খুৎখুদনা খুৎথিন অমদা মৈতৈগা কুকিগা পুন্না হাংপানি।

(বি) অদুগা হোস্তান তোঙান্না থাইদোকপা ডিস্ট্রিক্ট কাওন্সিল মথামগী মওংসিনা ও বি সি ওইববা ৫% লমতগী মপু ওইবিবা মেত্তেবু মকক-মকক মত্তুপ থোক্তুনা চংনফম থোক্তবা ভারতকী সংবিধানগী সিক্স সেদ্যুলগী অতেনবা অকনবা মতমসিদা হাংলমগনি।

১৭ চাংগী চম্নব ইচিন ইন্নাওশিংবু খওইনবিদ ম চাংতম পুন্নবগী খৌনা-লিংজেল হাপ্পানব হোৎনগদবনি অদুগা অসিমসু পঙ্গনিংই মদুদি মণিপুরদা নত্তনা অংগমগী অয়ান্ন মকম, অই মমকম কমাজদা লৈবা তুমদুনা লৈবা নোংশা কংবাবু হৌদোকহনলগা শাওহনলা ওইনা থোকহনবীগনু। চাংতম অনি অসি শেন মযেক অমত্তগী মমায় ওইবর্দি মসি নাকল নাকন্দা তংখাই তংখাই ওইবা ৫০% ওইবা মন্নবা মমায় অন ওইহনাসি। অদু নত্তদুনা নাকন অমদা ৯৫% নাকন অমদা ৫% ওইবা চুং-ফিবাল চাদবা ফৈবেং-ফৈবেংবা শেন মযেক ওইহনগন্নুসি।

নুংশিবগা লোইননা থনসি।

চান্ন চিন্নুনা থবক তৌসি

# সিজ ফয়ারদগী হেন্না খুদোংথিবসু ঙাকথোকহৌদবা য়াদবনি

থাগী চেকোং
April 2002 ফিদমক

এলটি: কোল:
আর:কে: রাজেন্দ্রা সিংহ (রিটায়ার্দ)

"সিজ ফয়ার" Divertionary attack শোইদনা ওইগনি। ওইথোকপা য়াদবা অমদা ইরাং হৌহল্লগা প্রজাগী রাখলবু অমরোমদা পুথোক্লগা মণিপুরগী ৯২% ওইরিবা চীংগী লম অসি Art 244(2). 244(A) গী Sixth Schedule মতুং ইন্না Autonomus State অমগী মপুং ফাবা state অমা ওইনা থাইদোকখিনবা তৌবনি। সিজ ফয়ার হন্দোক্লবা নথত্রগা মণিপুরগী অপুনবা শক্তম কায়দনবা চংলিবা ইচং অসি অচুম্বদা লমজিংবা অশেংবা লিদর য়াওদনা উরে। ইশাগী মিংচৎ পাম্বা Credit লৌনিংবা অচুম্বা অশেংবা খংদনা ঐথোয়না হায়বদা ইল্ল নথত্রবদি লেন্না থারোই রারক্কনি হায়না কিহনবা রাহৈসু শিজিন্নবা ফৎতে। মতাং অসিদদি অমত্তা ওইনা Senior ওইবা Citizen Retired IAS, IPS, Retd. Army Officer, Literary গী field অমদা মমিং লৈবা Merit basis তা Compitative Examination অমদা খল্লকপা experience লৈবা কয়াসু তান্নদবা য়াদে। মণিপুরগী মৈতৈগী শক্তম মাংগদবা মতাং য়াম্না নক্লে।

Experience য়াওদবা মীশিংনা তানজাসিদা তৌরকপশিং অরানবনি হায়না লাইনা খংবা ঙম্নবসু Freedom of Speech, Freedom of Press লৈতবগুম্না য়াম্না নুংঙাইতবা কয়াসু ফোংদোক্লরকলি। সিজ ফয়ার এক্সতেন্দ তৌবা য়াম্না খুদোংথিবনি। ওইথোকপদি য়ারোই।

অদুবু ময়ামগী ঈহৌ শাগৎপা ঙম্বা হায়বসিদক্ক নহারোলগী শক্তি নৎতনসু অতৈ পাম্বৈ লৈতে। মথোয়না অচুম্বা লম্বীদা চংলবদদা মণিপুরগী অপুনবা শক্তম কায়রোই। অদুবু অহল লমনশিংনা অচুম্বা পাউতাক পীবদা নিংহন্নবসু য়াদে। নহারোলশিংনসু অচুম্বা চুমদবা প্রজানা খন্নবা; লেপনজরকপদু থৌশান্নবসু য়াদে। মেদিয়া কাংবুনসু মতম অমদা Administration দা লৈরম্বা অখং অহৈ অহল লমনশিংনা হায়রকপা অদু অথুবা মতমদা প্রজানা খঙনবা

খণ্ডনা দাইভর্স্নরি এটেষ্ট(নাথৈবা লানজং) অমা বা-ব্রা লাওনা ইরাং চাওনা হৌদুনা তানশিন্নবগা মরূপ-মপাং খরা শোক্তনবা হোৎনবিঙৈদা মথন্তা পোকচবা ইচা অমা চহি মরি মঙা চঙনা ৱাহল্লগা হাৎনবা ফাখিবগুম্বনি। মদুদি সিক্স সেদ্যুলনি।

সিজ ফযাব অমদি সিক্স সেদ্যুল মতম অমত্তদা বৃটেন অমদি অমেরিকাগী ব্রেন যাওনা তাল্লকপনি। খৃষ্ট কিংদম অমা অমেরিকান নেস ওইনবা শন্নবগীদমক্তা তাল্লকপনি। ঐখোয়গী পুক্লিং ৱাখল নাকল অমদা সিজ যয়াবনা থৈদুনা পুবা য়াবা পুখ্রে। সিক্স সেদ্যুল মযাম্না থওইনদ্রিঙৈদা পীখিগদবগী মও, অমা শেমগৎলকপনি অসিগুম্বা সিজ ফয়ারদগী হেন্না মাং তাকনিংঙাই ওইববা পোলিসি ক্যাসিবু প্রজাশিংনা খণ্ডহনদবা অসিনা প্রজাবু লান্না চিংবিবা নী যাওব্রা হাযব' ফাওবা চিংনবক্রে। রাজনিতিদা হৈ-শিংলবা এক্স মিনিষ্টব, এম পি, এম এল এ শেঙ্গাও পাযবা কয়ানা এপ্রিল ৯, ২০০১ দগী দিল্লিদা ক্যেম্প শাদুনা পার্লিযামেন্টগী এম পি কযা উন্নদুনা সিক্স সেদ্যুল তান্নদুনা লৈখিবদা খনরা তৌখ্রবনি। সিজ ফয়ারগী চাওনা উবা শাশিন্নবা লাঙদা থল্লগা ২ দাসকপদা ৯২% ইরৈবাক মাঙদুনা লৈনমগনি অশাংবা থৌবি অমা চতি হুম মরি চংনা খব-খবা চিংশিন্দুনা কোনশিন্নবা হোৎনরক্লিবসি মীতৈ লুচিংবশিংনা খঙবা ঙমদে। তপ্লা লেংলিবা থৌরিদো লেংবা উদ্রে। হৌখিবা জেনবেল ষ্ট্রাইক থম্বা ৩-৭-২০০১ মসিমকসু ঐখোয মশেল অমগা অমগা পার্লিযামেন্ট ফম্বা হৌখিব নুমিৎ অসিদা পাউ ককথৎহঞ্জবনি।

অদুনা অহানবা তৌদবা যাদ্রবা দিল্লিদা পীগদবা পাউদি সিজ ফযারগী ইবাং মবকসিদা অচাকপা মৈদা ঘী হৈবগুম সিক্স সেদ্যুলগী ৱাফম অসি খন্নদবা, মথংগী পার্লিয়ামেন্ট সেসনদা খন্নবা তারবসু খন্ননবা য়ৈথোক্তুন থমগাদবনি।

নাগালেন্দগী মীশিংদা ঐখোয়না মখোয়বু সেনাপতিদা মিটিং তৌহনগনু হায়নসু থিংহৌদে। গোভর্ণর অমসুং দি সিদা তৌহনবিগনু হায়রমগনি থাজদে ঐখোয়গী মাওদা চৎকনি তৌরম্বা খোংচৎতি মখোয়না থিংলকই। মথক্কী অসিদ মুন্না খাঙনগদবা অসি নাগালেন্দগা মণিপুরগা চৎথোক চৎশিন্দা মহৌশাদগী অথিংবা লৈতে। অমরোমদনা সিজ ফয়ার অসে গোভর্নমেন্টনা য়াবা হৌজিব হৌজিক্তি রিভিয়ু নত্রগা ৱিথদ্রো তৌখিবসু লৈত্রি। অমরোমদা মখোয়দি গোভর্ণমেন্টবু সপোর্ট তৌবনি। ঐখোয়গীনা গোভর্নমেন্টগী মায়োক্তা য়াদে

হায়দুনা মিটিং তৌবনি। অদুবু প্রজাশিংগী অদুগুম্বা দাবী প্রজাগী মথবায় শোকচবা অদুবু উদুনা শান্তিগী খোংজঙ মখোয়না থিংবা লৈতে। মতাং অসিদা গোভর্নমেন্টনা অমসুং সেক্যুরিটি ফোর্সনা থোইদোকপা মীচং-মীখাই তৌবা উদে। অদুগা গোভর্ণমেন্টগী এদভাইজরশিংগী মখাদা থবক তৌজবা ওদর ইনজবা মৈতৈমচাশিংবু থিঙ্গেনদা তাইনবা ভমদ্রগা নাশিখোংদা তায়নবগুম কিহন্দুনা মযুম মকে মাংতাক্রবগী খোঙজংদা চঙবীবা কলক মীহৌবা মী খরনা লমজিংদুনা তৌবা থবক ওইনা উখিবসু য়াই। কর্ফিয়ুগী চাঞ্চ পীবনি।

Cease Fire and Sixth Schedule সিজ ফয়ার হায়দুনা নাগা তাবা মফম পুন্নমজা নোংমৈ কাপ্পরগুমসি হায়না য়ানবসে গ্রেটর নাগালেন্দ শক্তি পিখিবা মন্ত্রি। নাগাগী মফম অসি সিমখৈনি হায়না লৈই চিংবনি। মতুংদা সেলফ দিটর্‌মিনেসন মতাংদা ইউ এনদগী সপোর্ট ফংনবা নাগা তাবা মফম মখে রেকোর্দ ওইনা লৈহৌনবগীনি। অদুগা Art 244(2) অমসুং 244 A গী মতুং ইন্না সিক্স সেদ্যুলদি সেনাপতি তমেংলোঙ, উখ্রুল, চান্দেল, চুড়াচান্দপুর সদর হিলস পুন্না চীংগী ৯২% অসি মথং মথং ওতোনোমস হিলন দিষ্ট্রিক্ট অদুদগী ওতোনোমস ষ্টেট অদুদগী ফুল ষ্টেটহুদ ওইগদৌরিবনি। তমগী ৮% দা লোক্তাকনা ১% অদুদা ৭% গী মনুংদা মীতৈগী লমদা ৪.৮% লৈহৌরগা কম্মিস্সারনা পানবা, লৈবাক ওইগনি। এম এল এ কয়া ম্যুনিসিপালিটি ভোট লেপ্লক্কনি, চিফ মিনিষ্টর তান্নরম্বা কয়ানা ম্যুনিসিপালিটিগী বিয়রমেন তান্নগনি।

সিজ ফয়ারগা সিক্স সেদ্যুলগা চাংদম্নবা

(১) চহি অমগী আগষ্ট ১৩, ২০০১ দগী সিজ ফয়ার এক্সতেন্দ তৌবা

(২) ইউ এসগী সেলফ দিটরমিনেসনগী মতেং ফংনবা বেকোর্দ ওইনা থমহৌবা

(৩) Greater Nagaland - Divertionary Attack

(১) লম পীথোক্লগা পার্মিনেন্ট ওইনা ওতোনোমি (লোকেল সেলফ গোভর্ণমেন্ট চহি অহুম মরিগী মনুংদা ষ্টেটহুদ পীখিবা

(২) তমগী ৮% লম থরদং মদোম লেপচবা ভমদনা থনম্মগা ৯২% ষ্টেট ওইখিবা।

(৩) Sixth Schedule-Main Attac'

NOT TO SCA




**(1) Divertionary Main Attack**




**(2) Sixth Schedule Main Attack**

# সিক্স সেদ্যুলগী সেমিনার তারূবদা

*Rejoinder :* Lt. Col. R.K. Rajendra Singh (Retd.)
(শমজিন্না হাপখ্রবা Rejoinder)

1. য়াকাইরোন্দা ইবুংঙো প্রেমজিৎ হায়বা অমনা তাং ৮/৯/২০০১ দা ইবিরকপগী পাওখুমদা -The Constitution of India গী সিক্স সেদ্যুলগী মতাংদা Art 244 A অসি শ্রী খাইদেম মনিনা য়াওদে হায়খিবদো ময়াম পুম্বনা তাহৌরবা ৱানিনা চেনবদি ঙম্লরোই। অদুগা ঐনা constitution দুদা য়াওরিবা অদু য়েংবীরবা য়াগনি হায়দুনা শ্রীমনিবু কৌখৎচবদা পুন্না ৱা তান্নদুনা ফম্মিন্নরম্বা Opposition Party য়াম্না ঙাংবীরম্বা MPP গী হান্নগী কেণ্ডিদেট অনিমক লাইবক থীবদগী চৎখিরম্লে। ঐগী পাওখুমদি The Constitution of India গী Part X দা The Scheduled And Tribal areas হায়বা অদুগী হেক মখাদা Art 244 (1) Art 244 (2) অমসুং Art 244-A Formation of an autonomous state..... thereof হায়বদো য়াওবনি হায়না অদোম্না পাম্বীবা পাওখুম পিজরি। মসিগী মতুংইন্না সিক্স সেদ্যুল চৎনখ্রবদি Autonomous State ওইখিবদা লাইরে হায়বদো ফোংদোকচখিবনি।

২. মথক্কী অসি শেংদোকচরবা মতুংদা Bar Association গী Chairman অমদি সেমিনার অদুগীসু চেয়ারমেন ওইবিরিবা Ch. Nodiyachand Singh না Art 244 A অসি Constitution দসু য়াওই হায়না শেংদোকখ্রবনি। অদুগা Seminar অহুম-মরি য়াওখ্রে সেমিনার অদুগী লিদরশিংবুসু তম্বীবা ঙম্মী হায়বীখিবা শ্রীখাইদেম মনিগী advocate অমা ওইবগী Standard অদু ময়াম্না খঙবিয়ু। তুংইনবা কাংবুনা লৈবাক্কী লাইবক থীবা থোকহনবা য়াদে। মহাক্কী Integrity গী অদুগা knowledge গী limit মখাগীসি য়েংবিরগা খরমখৈ খঙগনি।

(ক) য়েৎনবিবা 244 A দো constitution দা য়া ওফম থিফম থংদদুনা। নৈনবক্রগী যান্না limited ওইবা knowledge উৎথোকপিবম্মী অদুগা খঙদবা হিবম অমবু যান্না খঙবা মালহনবা অমগী গুনদুদি থাগৎপা যাই। অদুমকপু খঙদবা অর্থ লান্না লৌবা মীগা য়েৎনবদি মতম মাংবনিনা কযা পামজদে।

(খ)MPP Government না অহানবা ওইনা 13 May 1991 অমসুং 17 Aug 1992 দা approve তৌবম্নবা সিক্স সেদ্যুল অদু কৈ হায়না য়েৎকনি হায়না শেম শাবে খঙর্জখি। অবেম্বদা মবে য়েৎনদনবা, নৈবাক কন্নবা মীযামগী ফজনা মগোক শেংনা খঙম্নবা অচুম্বা মতমদা তান্নবসি মতাং চাবে খন্দুনা আইনগী বাবেংসি অর্থ লৌনা লাইদবা মামনা খবমখেগী অর্থ হন্দোকখি। হন্দুবু ABCD তাক্পিহৌদনা তাক্পকে হায়না Article 244(A) থিবা থঙদদুনা পানকুবশিংনা শাওখি অদুম মাববক বাবা শান্নবদা য়েৎলক্কদবা মীশিংদুগী standard খঙখিবদগী লেনা অর্থ হল্লগা অচুম্বা খঙলগা মবে য়েৎনদনবা মতম-মাংদনবা তৌখিবনি। MPP নত্তবা অতাবা কাংবুনা ভাব তাবদগী হবা ওবীদুনা লাগৎপিবম্মী। মবর্মদি লাইবিক হৈবা কযানা সিক্স সেদ্যুল কয পাক্নদবদগী হান্নদি মুন্না থিজিল্লদে।

(গ)যান্না খুদোংথিবা, পান্নদবনা চমন্নবা অদুগা যান্না কন্না ইবাং থোকপা যাবা মচাক ওইবনা ইগদবা কযাসু ইদবনা লাইবিকগী লৌথোক্নগা খন্নবনিনা অইবা ঐঙোন্দসু হান্নদগী পেন্দনা পোকই। অত্তম মবিবক ইক্কবা কক্কবগা কোন্না খবদংদুদা শন্দোকপা খন্ননবা ইখিবনি।

(ঘ) অদুগাসু মৎওই Opposition Party দৌনা ঙাংবীবম্বা MPP দা Vote লেপ্পিবম্বা অমনসু য়ুমদা Constitution of India নৈ যান্না পাজবে হাযবগা Party সু তিন্নবা সেমিনাবদুদা বা তান্নদুনা ফম্মীনর্বিবা ইবুংঙো মনিদা Art 244 A দু য়া ওবনি তকিপিহৌদবা কবির্গীনো? ঙাংলম্বদুর্দাদি Constitution শাগোন্নবা LLB pass তৌবা MA Political Science তম্নকপা ওইনা হাযবিবকই। অদুবু অদোমগী হান্না Standard খঙজদবগী মবে য়েৎলত্তনবা অর্থ খব হন্দোবকপদা হান্না খল্লম্বগা মান্নদদুনা চম্মনরে হার্যবিবদো অচুম্বা ওইগনি।

(ঘ) চমন্নবিরোই হায়রগনা, ঐনা চুন্না হন্দোকচরিবা অর্থ লৌশিনবিরবদি চমন্নরোই। অমনা Art 244 A য়াওদবা Constitution পান্নগদি মদু হন্দোকশিগ্রো, The Constitution of India ওইরগ্রোই।

MLR and LR Act withdrawl তৌরম্লবদি ফত্তে হায়বা খঙবিরকপা ফাওবদি ফরে। Extend & Amend তৌনবা পাংনরসি। সিক্স সেদ্যুল থিংলগা প্রজানা য়ানরক্কনি। ভোৎতা সেকেন্দ তাবা ১০ মুক লেপনবদা পোজিসন ৭, ৮ দা তাবাদুনদি দেমোক্রেসিদা ফম পাইবা য়ারোই। প্রজানা য়ানবা চৎপিয়ু। মী হুল্লগা ভোৎ মাঙবনি। Trihal Minority MLA শিংনা Balance শান্নরবসু ভোৎতদি Minority দগী য়ান্না ফংবনা কাবা যাদে Majority দগী যান্না ফংবনা কাবনি, Democracy নি।

# সিক্স সেদ্যুল পুথোরকপা লাল্লি হায়বগী মতাংদা

*Rejoinder :* Lt. Col. R.K. Rajendra Singh (Retd.)

[নহারোলগী থৌদাংদা ১/৪/২০০১ দা হাপখিবা রিজোইন্দর অমা হাপ্পীয়ু য়ারক্তবদগী প্রজা ময়ামদা নিংশিংজবা অমা]

Rishang Keishing, R.K. Ranbir, R.B. Koijam মহাক্কী মতমদুগী কেবিনেটকী মন্ত্রিশিং, Jayentakumar অদুগা Human Rights Activists হায়রিবা MPP গী candidate ওইনা ভোৎ লেপ্পুবা খাইদেম মনিনচিংবা Sixth Schedule বু কন্না ভাল্লম্বা MLR Act LR Act চৎনহনবদা থিংবা মোৎ অমত্তা ওইখ্রবশিংগী মায়োক্তা প্রজাগী রাখল চিংশিনবীনবা ইজরি। মনিনা MLR Act & LR Act Extention Demand Committee গী কনভেনর R K. Rajendra গী মায়োক্তা নহারোল থৌদাংগী ১/৪/২০০১ দা ইরকপা সিক্স সেদ্যুলগী মরম অদু মণিপুরবু শক্তম মাংনবগী অকনবা চৈফুনি। মনিনা মুন্না খনগদবদি ইরাক্করিবা ইমাবু কন্নবা হোৎনরিঙৈদা ঙরাং নহান্দগী (28 March 2001) ইকোনোমিক ব্লোকেদ তৌদুনা হাৎনবা হোৎনরম্বা ইচা অমসুং ঈশিংদা নমশিন্দুনা থম্মে খংলবদি ইচা কনহৌশি হায়নসু তুম্বাগী শেন থৌবা নত্তে। রিশাংনা সিক্স সেদ্যুল ভান্নরকলিবা আর.কে. রনবির অদোমগী পার্টিগী মী ময়াম ও. জয়নচিংবনা মনিগা লোবিনিনা সিক্স সেদ্যুল দিমান্দ কম্মিটিদা য়াওখিব্রবা অদুগা MLR Act & LR Act থিংবা আর.কে. রনবিরগী মোৎ তিন্নবা ওইনা অদুম লৈবীরবসু অচুম্বা চিংবদা লান্না চিংবগী মরান পিদুনা লৈবাক্কী য়েক্লবা ওইবিগনু।

থৌনা ফরবা মীয়ামগী মমাং থাদুনা ইরৈবাক্কীদমক্তা থব্বায় কৎখ্রবা মৈতৈ ইমাগী মচা ১৮ না লৈখিদবদা হৈ-লৈ কৎপা হিয়াং কুম্মে নত্তে। শিবা চংবগী লানফমদা ইমা ইচা ১০০ ওইরবসু ঙম্নিবা মখৈ কন্নবা থোরকপনি। মনিন্দি ইন্দিয়া গভর্নমেন্টবু চৈবা কন্সটিট্যুসনবুসু য়ানিংদবা অদুগা ভোৎনচিংবদি য়াম্না লেপচনিংবা মীরা নত্তবরা হায়বদু মীয়াম্না খঙজে। মতম অমদগী Human Rights Activists ওইনা য়াম্না ইবি খোর্ধপিরবসু অরাম্বমগী

সোমোরেন্দ্রগুম্না অমা লৈখিদবদদি কবি ফোংদোকপিখিবগে? তুম্বাগী শেন থৌবগী থৌদোক ওইনা উর্বিখিবরা নৎত্রগা থৌনা ফম্দুনা ফোংদোকপা ভুর্মখিদবরা হায়না মীয়াম্না শোন্নখি। হৌজিক ফাওনগীদি পীখিবদা কাইদে হায়দুনা হন্না হন্না ঙাংবীবা লাওবীবা তাজবে।

নাগা হায়বসি মৈহৌবোন্দগী লৈ, মণিপুরদসু নাগা লৈ। তুংখুল নাগানি কবুই নাগানি হায়না কন্না য়েংশীবম্মগা প্রজা অখং-অহৈনা মণিপুরদা নাগা লৈতে হায়দুনা লাওনরক্লবা মতমদা নাথৈনতা নত্তনা প্রজাগী ইতৌদা তোংদুনা মণিপুরদা নাগা লৈতে হায়না মাংজৌননা খংবা ফোংদোকপা ঙম্বা অমা ওইনা ইবিরকখি। অদুগুন্না সিক্স সেদ্যুল চৎখিবদগী মণিপুর কাইখি। চংতনবা থরাই হক্চাং যাওনা থিংজরকপনি, মতম চাদনদুনা খদাং চিক্লুনা খাংখিবনি হায়বা মনিগী রা প্রজানা ভাবা ফংলক্লনি হায়না আশা পৌজবি। হৌজিক ফাওবদি পীখিবদা ফগনি। কাইনা লৈতে হায়না হন্না হন্না ঙাংবীবা লাওবীবা তাজরে।

সিজ ফায়ার এক্সটেন্সনসু থওইদনা নাথৈনবা ওইনা হায়না খংদা ইবিবকপদো ইচং থৌবগী লান অশেংবা চংব মতমদদি হাএ নহা কথা থরাই কৎকনি অহল ওইরবসু ঐগুম্বা বয়াদি মাং থাদুনা চংকনি। মণিপুর মাং থানবা মথংদা হৌজবক্কনি। ৯ এপ্রিল ৯ ২০০১ দিল্লী ন কেম্প শাদুনা Sixth Schedule Demand Committee না মথং মনা লোক সভা অমসুং রাজ্য সভাদা লোনি তৌনবা লুপা লাক্ষ কয়া খাগনদুনা ডসি ফাওনা ২/৩ মেজোরিটি ফংনবা হোৎনবদো। লাইনা নৌবা য়াদে। ম্যানসিপাল কাউন্সিল, নগর পঞ্চায়েট, জিলা পরিষদ ওটোনোমিগী হুমগী শেন্দ্রাং মচা মচাবু Eagle ওইনা উদুনা সিক্স সেদ্যুলগী মপাঙ্গল লেববা ইগলগা চাংদম্নদি ইগল উজদ্রিবা অঙাংতনা তৌগনি।

সিক্স সেদ্যুল দিমান্দ কম্মিটিনা হান্নগী হিল কাওন্সিলগী চাওববা Power অদু পেন্দদুনা Art 244 (2) 244 A গী মতুং ইন্না ষ্টেট হুদ তোঙানবা অমা ওইনা চৎখিনবা শাগৎলকলিবা অদুগী Extract ময়াম্না খঙবীনিংলবদি Xerox লৌবিরবা য়াগনি। অদুগা মনিনা হায়বিরিবদু, AMUCO ওইনরা, MPP ওইনরা, UCM গী ওইনবা Human Rights Activists ওইনবা নৎত্রগা Advocate অমা ওইনরা? নৎত্রগা তুংদা নাগালেন্দদা পুনবগী বাখলদা হায়বীবকউ?

# সিক্স সেদ্যুল চৎনহনবগী রাফম য়াম্না য়ৌশনখ্রবনি পীরুবা য়ারুবা কাংবু নাথৈদুনা চেন্নবা হোৎনরে

*Rejoinder :* Lt. Col. R.K. Rajendra Singh (Retd.)

Government of India দা Sixth Schedule Demand Committee Manipur না ইরিবা quote(g) Non-Initiation for implementation of Sixth Schedule which has been approved by Cabinet on 13th May 1991 and 17th August 1992 respectively unquote (Signed. R. Lounu Andrew) Secretary, S.SDCM (Working Committee Delhi) মসি R.K. Ranbir না CM ওইরিঙৈগী মতমদনি।

মসি আর.কে. রনবিরনা প্রজাদা লান্না ফোংদোকপিবগী মহুত্তা K. Louno Andrew (SSDCM) গা শেংদোক্লবিরো। অসুম্না Cabinet না Approved তৌখ্রে হায়না claim তৌরিবা Sixth Schedule Demand Committee Manipur (Working Committee Delhi) না অকনবা অরোইবা রাহৈ শীজিন্নদুনা মোজোরিতি জাতি মৈতৈনা ওৎপিরে হায়দুনা tribal গী অরাবা কয়া Sixth Schedule পীরবা মতমদতা কোক্কনি হায়বগী মওংদা Date 03/10/2000 দা Shri Dilip Singh Bhuria, Hon'ble Chairman National Commission for Schedule Caste & Schedule Tribes, Government of India দা Tribal Constitutional Rights পীনবা হায়দুনা Submission অমা তৌই। মদু মথং মথং মফম ৬, ৭তা Progress তৌরবা মতুংদা কন্না থন্নখ্রে।

শোমদগীসু 28th March 2001 দা মতমদুগী সি. এম. ওইবা R.B. Koijam অমসুং মহাক্কী কেবিনেটনা চীংদা Sixth Schedule পীবনা অফবা ওইগনি হায়না কেবিনেট দিসিজন লৌদুনা Sixth Schedule অসি India Government না পীনবা য়াখি। মদুগী মতুংইন্না SSDCM না শীন্দুনা Economic Blocade তৌবগা লোইননা Petrol Tank কাপখাইরম্বা 28th March 2001 ফাওবা suspend তৌরম্বদো পুল্লপ ওইনা (Call-off) লৌথোকখি।

R.Langkham

SSDCM গী General Secretary R. Langkham না 29th March 2001 দা R.B.Koijam গী Peoples Front Government পূ থাগৎতুনা appreciation note অমা থাদোকতূনা Press অয়ামবদা ফোংনবা য়েনখি। অয়ামবানা ফোংনখি হায়রিবা ঐহাক ইশামকসূ Copy অমা পাইজরি। অদুবু সিক্স সেদ্যুল হায়রিবা Art 244 (2) অসিদি মণিপুরদা constitution গী মতুংইন্না চৎনফম থোক্তে। অদুগা 5th Schedule দি চৎনবা য়াবা অমশুং মণিপুরগা য়াম্না চানবনি। চৎনগদবদু চৎনহন্দনা হেন্না Power লৈবা মমৈথংদা Greater Nagaland মংফাওনবা য়াবা Art. 244(A) বু থিংনবা ভমলোইদবনা State ওনবা য়াবদো খংবদগী Six Schedule অসি তানবনি। মতাং অসিদা Parliament কি House অনিমক্কী 2/3 Majority ফংদূনা Constitution গী amendment চংই। মরম অদূনা Naga Kuki অসিমক্কা Church তা Pray তৌনবা Local Self Govt. ওইনবা Christ Kingdom expand তৌনবা Copy লিশিং-লিশিং য়েনথোকখি। Thangkhajin Secretary Inf. & Pub. SSDCM না SSDCM গীদমক্তা থাদোকখি। মসিগী কোপিসু ঐঙোন্দা লৈজে।

**Delhi দা Lobby** :- অদুদগী SSDCM, Manipur Branch অমসুং Delhi দা Headquarter শেমদুনা 7th April 2001 দগী Ex. MP Present MP Ex. MLA, Ministers অমসুং Politicians কয়াদা লুপা লাক্ষ কয়া District Committee, Sadar Hill, Churachandpur য়াওনা District তরক্কী মীনা Delhi দা State খুদিংগী MP দা Lobby তৌনবা ভসি ফাওবা চৎলিবা Session দা Pass তৌহৌনবা হোৎনরি। চৎখিবা ,চৎলূবা মী অয়ামবাগী মমিং ঐঙোনদা লৈজে। মসিদা MP ওইরিবা Holkhomang Haokip. Ex-Congress President (MPCC) Phungjathan Tonsing নচিংবদা নত্তনা SSDCM গী Leader Pu K.Vungjalian (Chairman) Pu T.N.Haokip (Advisor). B. D. Behring (Advisor) Andrew K.Louno(Chairman)Delhi Branch SSDCM না April তাং ৮দগী হুজিক ফাওবা চৎথোক চৎশিন তৌরকলি।

**Kuki, Paite, Naga** লোইনা পুনখিবগী মরম:-

অহানবা 1995 কী Rishang না Chief Minister ওইরিঙেদা Single autonomy তানদুনা Ukhrul না Head Quarter ওইবদো Greater Nagaland গী Kuki শিং য়াওদবা খূৎশিন্নি খংবদগী KUKI শিংনা য়াখিদে। । মতাং অসিদা Kim Gangte না M.P. ওইদ্রিঙৈদা ঐনা ইবা Danger of Sixth Schedule বূ চূম্মি হাইনা থাগৎতুনা ৩/৪ রক উন্নখি। হৌজিক্তি Churchandpur দতা নত্তনা Sadar Hill শূ Kuki ,Paite শিংগী SSDCM না তান্নদূনা যানরবনা SSDCM Churchandpur অমশুং SSDCM Sadar Hill না হেন্না পৈশা খাইদুনা Delhi দা Lobby তৌবা কাংবুগী ব্রাৎতনবা April 7/2000 দগী camp শাদুনা চৎথোক চৎশিন তৌদুনা হোনরি।

**K.S. Paulleo -** মসিগী য়ানবা চান্নবা মতাংদা Paulleo বু Kuki না ফাখিবশু থাদোকখি। মতাং অসিদা মৈতৈশিংগী মরক্তগী M.L.R. Act LR Act extension গী Demand Committee না Sixth Schedule পীদনবা Awareness Campaign তৌদুনা অকনবা শাফুগা লোয়ননা মখোইগীশু Delhi দাLobby থানবা হোৎনখি। মতাংসিদা মফম মতম থৌদোক্কা মরি লৈনবা খিদনা Rishang Keishing নশু Meeting মফম খুদিংগী Sixth Schedule থুনা পিথোক্লবা তকশিনখি অদুবু মনিপুর প্রজাগী অকনবা Awareness অদু SSDCM গী মথক্তা মায়োক্তা লাকপা হৌখি। তানজা অসিগা চাননা কদোমদগীনো খঙদনা Th. Muivah চহিগী Cease Fire Extension তৌরমদাইদা Without Territorial Limit হায়বা অমা হাপন্দুনা হুই অঙাওবা অফং অফং চিকপগী মওংদা Assam, Arunachal, Manipur অদুগা Myanmar ফাওবগী লম য়েকশন্দুনা মফমশিং অদুদা naga তাবা মফমনি Cease fire য়ৌহনগদবনি হায়বগী ইরাংদা মাইকৈ পুন্নমক্তগী হুই অঙাওবা হাৎলো হায়বগী মওংদা মহারাস্ত্রা য়ৌনা লাওনরকপা, মৈতৈ শিব কিদবা কাংবুনি খংলকপদগী Without Territorial Limit হায়বদো হন্দোকখ্রে। Muivah গী মওংশিদি Success ওইরোই হায়বা হৌবদগী খঙবা ঙম্মি। হৌজিক কিরকলিবনা Indian Government গী মওংনি।

**R.K.Jaichandra Vs R.K.Ranbir:-** R.K.Ranbir না চীংগী MLA বু নম্বর games তা শান্নবনি হায়না খনজৈ। চীংগী MLA শিংনা মখোইনা

শীজিন্নবা য়াবা CM অমা ফংবদা হরাওজে, মদুগী মহৈদি চীংদা লো অমা তমদা law অমা geographically & Politically তোঙান্না অমুক্কা হেন্না খাইদোক্লবগী মরূ হুনলম্মী। খুদম ওইনা মখাগী ৱারি অসি অচুম্বা চুমদবরা মীয়ামম্না খনবীয়ু। Late R.k. Jaichandra অমশুং Late I. Tompok অনিগী মঙদি মনিপুরদা MLR Act LR ACT Amend তৌদুনা শীনবা থুংনা চৎনহন্দুনা চীং-তমগী অমত্তা ওইবগী ৱাখলগা লোইন্না লৈরম্মী। Jaichandra না MLR Act LR Act extend তৌনবা 15/9/89 দা ৱারেপ লৌখিবা অচুম্বনি। অদুবু অরোয়বা সহি তৌনগদবা মতাংদা Tea Break তা চীংগী ইচিল ইনাওগী খরদং য়ানদবদুদা তোংশিন্দুনা চৌক্রিশু ফংবগী ফজবা Chance য়েংদুনা tea break তগী অমুক হনজিন্নরক্কবা ওইখি হায়না তাই। অদুবু অশেংবদি R.K. Ranbir না 28th March 1990দা MLR Act LR Act চৎনদনবা Progress তৌরগা 30/6/90দা withdraw তৌখি। মাগী CM ওইবদা balance শান্নহনখিবা Tribal বু তৌবিমল খঙবা উৎতুনা হৌজিক ফাওবদা ঐনা পীথোক্লম্বনি হায়না চাওথোকচরিবা Sixth Schedule অদু 13th May 1991 দা approve তৌরম্মী। 17th August 1992 দা অমুক Approve তৌরিবসি কনানো পাখৎপিরো। cease fire গী মৈখু মরক্তগী পোখাইগদৌরবাSixth Schedule গী Time Bomb অদু প্রজাদা কোনহল্লগা MPP গী leader Kh.Mani গুম্বা ময়ামগা লাওমিন্নদুনা মদু লৌথোক্লবা হোৎনবদি মতাং চাদে চীং তমদা শিংচেপ থাবনি Sixth Schedule গী বোমদো কোন্নদুনা মদু লৌথোকপা মতম চাদ্রি হায়না লাও রি। R.B. Koijam না 28th March 2001 দা Cabinet Decision লৌদুনা Sixth Schedule চৎখিবদা অয়াবা পিখিবা SSDCM গী member কয়ানা Delhi দা 7th April 2001 দগী lobby তৌদুনা 2/3 Majority ফংনবা হোৎনরিবসি অঙাংমচা ফাওবনা খংগ্রবা তাগ্রবা Constitution Amendment চংই হায়না হন্না হন্না Meeting কয়াদা খবরদা পীখিবদো পাদবা শাশিন্নদুনা নাথৈদুনা চেন্নবা হোৎনরি। হৌজিক ফ াওবা ময়াম্না খংনরবা Amendment চংই হায়বদা কোন্না খঙবা Ranbir না লাওবিবা থাগৎচরি।

Governor গী Banquet Hall দা অহানবা Communal Harmony গী Meeting দা 18/7/2001 দা Rishang Keishing গী মনাক্তা ফম্বা

Mrs. Gangte হায়বী অমনা Sixth Schedule পীরবদি cease fire with draw তৌবগী রাফম থাংগৎতুনা ঙাংবদা Governor না note তৌবীয়ু হায়বদা থরাই য়াওনা note তৌখি। দিল্লীদা হায়বীরূনবগু মহাক্না হায়খি।মতাংসিদা ঐনা object তৌখি সিজ ফায়রদদি ৬৬% লম মাংই। Sixth Schedule দদি 92% মাংই হায়না হায়জবদা Governor না থওইদনা নোকফেৎ তৌদুনা তাখি। মতাংসিদা ঐগা য়ান্না নক্নুনা ফম্বা R.K. Ranbir না নুংঙাইনা Sixth Schedule সি ঐনা পীরম্বনি হায়খি। মসি পীখ্রবদি Peace ওইগদবনি হায়না মানা ঐগী ইনাক মক্তদা শোনখি। ঐনা য়ান্না নুংঙাইতনা লোইরগা থোকমিন্নরকপদা Retd DIG Gangte গু Sixth Schedule পাম্মী মাগা ঐগা য়েৎনবদা R.K Ranbir গু তাখি। ঐনা Sixth Schedule পীথোকখিবদি মনিপুর য়োল্লম্বনি হায়না হায়বদো comment অমতা তৌরমদনা চৎখি।

অদুগা Ex.M.P. Y.Yaima না Sixth Schedule পীনবা Tribal ইচিন ইনাও শিংনা lobby তৌরগা মশামক্না Sixth Schedule পীনবা কন্না Parliament তা ঙাংলুবদা মতমদুগী Home Minister SB Chouhan না নখোইগী মাংজবনি হায়না মাগী chamber দা কৌরগা তাকখি। মদু মাগু ভাব অদুনা মনিপুর মাংজবনি হায়না খংখিবা মাগী opinion 2001 গী May গী চেফোং অমদা পোক্লফমদা ফোংদোকখি। অদুবু MPP গী R.K. Ranbir, Kh. Mani নচিংবদি করম্বা Home Minister না তাক্লগা য়াগনি O. Joy গীদি cabinet কী মন্ত্রি অমা ওইনা সহি তৌরম্বনিনা Prime Minister গুম্বনা তাক্লগা য়াগদ্রা খংদ্রি। অসিগুম্বা party ময়ামসি থম্বিগদ্রা ময়ান্না খনথফম থোকলে। পাউ অরিবা ঙাংজবা শেন্দ্রাংগা ইগলগা চাওবা মান্ননা উবা হায়বদি Panchayati Raj গা Sixth Schedule গা মান্নবা উবা Ex. MP W. Kullabidhu দি প্রজা গ্যান তাবা অমনা তাক্লগা অদুম য়াগনি।

# সিক্স সেদ্যুল হেক চৎনখিবা নুমিত্তা মণিপুরগী চীং-তমগী অপুনবগী অরোইবা নুমিৎ ওইগনি

১. সিক্স সেদ্যুল অসি ইন্দিয়াগী Constitution গী Art 244 (2) 275(1) গী মতুংইন্না Assam, Meghalaya, Mizoram অমদি Tripura মরিসিতদা চৎনগদবনি হায়না শেংনা ইরি। মণিপুরদদি Art 244(1) Fifth Schedule চৎনবা য়াই। মণিপুরগী Hill Area District Council Act 1971 গী মতুংইন্না চৎনরিবা District Council অসি 5th Schedule দগী হেন্না চংখোনবা 6th Schedule গী Art 244 A. গুম্বা ষ্টেট ওইখিনবদুগী মচাককুম্বদি য়াওদবা অমনি। চীংগী চাওখৎ থৌরাংদা য়াম্না কান্নবনি। অদুবু চীংগী থবক পুরিবা মিনিষ্টরশিং, লিডরশিংনা মাংহঞ্জবনি। সিক্স সেদ্যুল অসি পুন্না নৈননবা হোৎনবদা মসিগী (Aim) তৌগে নিংইবা অদুগা মসিগী (object) পাংথোক্কদৌরিবা পান্দম করি করিনো খঙগদবনি।

(ক) Aim - সিক্স সেদ্যুলগী তৌগে নিংলিবদি সেদ্যুল এরিয়াগী সেদ্যুল ত্রাইবশিংবু চাওখৎ মাংজিন থাখ্রবা মপুকশেপ্পা কাংবুনা লাকচ-খুদুম চন্দুনা মাংহনবদগী ঙাকপি কনবীনবনি।

(খ) **Object** - মসিগী পাংথোক্কদবা পান্দম মশাদা য়াওজরিবা অমা ওইনা Art 244A অসি Constitution গী ২২ শুবা Amendment Act 1969 না অতম্ননা অসামগী মনুংদা অদুগা North East কী State অমদা Autonomous State অমশুং তোঙানবা ষ্টেট অমা শেম্নকপা য়ানবা অকনবা য়ুমফম অমা শেম্বীবনি। মদুগী পাঙ্গল অদুমক শীজিন্নরগা মেঘালয়না Autonomous State অদুগা 21 Jan. 1972 দা মপুং ফানা ষ্টেট ওইখিবনি। মথংদা Mizoram না 1987 দা তোঙানবা ষ্টেট ওইখবনি। (গ) **Scope** : অমুকসু সিক্স সেদ্যুলনা পীরিবা Scope অমদি Power অসিমক্না District Council অসি Administrative অমদি Legislature অনিমক্কী অসুপ্পা বোডি অমনি। আইন খুদিংমক মখোইনা শেম্নগা মখোইনা পাংথোকপগী পাঙ্গল লৈ। Council শেমদ্রিঙৈদা Governor গী through দা শ্রায়েলনবা অদুগা

শেন্নবা মতুংদা Governor গী Power অদুদি ষ্টেটতা লৈরিবা অদুনি। সিক্স সেদ্যুলগী Para 15 দা গভর্নরগী হক লৈ। Para 16 নচিংবদুদি PR গী মতমদা Governor না তৌরিবা অদুগুম্বনি। অদুনা মথক্কী (খ) Art 244 A (Object) অসি য়াওদ্রবা ফাওবদা Government কী মনুংদা Government, state কী মনুংদা ষ্টেট ওইরবা হায়বনি। মণিপুরদদি উতাংবীনা হেন্না চাওরবা উতাংবীবু পুঙমদ্রবা গভর্নমেন্ট ওইগনি।

(ঘ) মতাং অসিদা সিক্স সেদ্যুলগী Para 3(1) গী (a), (b), (c), (d) (e) (f) (g) (h) 2(i) (j) মরু ওইনা Schedule VI, Para 2(1) (g) Scope of... অদু মুন্না নৈনগনি। মসি হান্না ট্রাইবেলশিংগী পরার্র পাইরম্বা চীফ নত্রগা হেড মেন অমদি অতৈ অতৈ ওফিসার খনবা ঙম্বগী শক্তি ডিষ্ট্রিক্ট কাওন্সিলদা শীন্নথোক্কদবনি। অদুনা লৌথোকপা ঙম্বসু মশানা (Corrollary) ওইনা লাক্লগদবনি।

২. সিক্স সেদ্যুল অসি মণিপুর কাইনবনি খঙনা খঙনা ফংনবা কন্না তক্‌শিল্লিবা লুচিংবা খরা অদুগা সুকখং খঙদনা নত্রগা মনুং হনজিন্না খঙদনা অখঙবা পুকচেল চাওবা চীংগী চাওখৎনবা য়ান্না য়েংবা শাদুনা চীংতম-প্রজা পুন্নমকসু ঙাওনবা হায়জিন্দুনা লুচিংলিবা খরনা হায়রি। মসি Assam দসু চৎলি, মেঘালয়, মিজোরামদসু চৎলি অদুগা ত্রিপুরাদসু চৎলি মণিপুরদা চৎপদা করি কাইবা লৈ অসিনি। অমুকসু নংগী লৌরি য়ুম্ফম, লন-থুম, পুন্নমক, পাঙ্গল পুন্নমক ঐঙোন্দা শীন্নৌ। অদুতদা নং-ঐ চান্ননা লৈবা য়াগনি। মসিগী রাসি মখাদা শমলপ্না খুদম অদুগা থোকখিবগা লোইননা নৈনরসি:-

৩) অসামদা চৎনবা - অসাম অসি বৃটিশশিংনা অহানবা থেংনবদা চাওরিবা খুৎচাও, মী তাদবা, লন্না তাবা লমহাং তুহাং, উমং-রামং মফম খুদিং রায়েন থৌদা নিংথিনা য়ৌবা ঙমদবা মওংদুদা "No Man's Land" হায়না কৌরম্মী। ভারতনা ইন্দিপেদেন্ট ফংলবা মতুংদা সিক্স সেদ্যুল পীনরকপদগী হৌজিক্তি, মেঘালয়, মিজোরাম নচিংবা চৎখ্রে। নোর্থ কছারগা কার্বী অঙলোঙ্গগা চৎখ্রবদি অসামসু তুমশিল্লক্কদৌরে। হৌজিকসু Art 244 A গী মতুং ইন্না Autonomous State অমশুং Seperate State তান্দুনা Bodo land তান্দুনা হাৎনরি। হৌজিক ফাওবা ফংদবগী মরমদি North Cachar অমসুং Kabri Anglong district শিং Christian গী Missionary য়াওদবা Advance ওইবা রাৎপদগী ওইবা য়াই।

(ক) খঙ্ববা য়াবা অমনা অসামদগী মথক্কী লমশিং অসি চৎখ্রবসু অসামদি হৌজিক্কী অপুনবা মণিপুরগী শরুক অহুম মরি হেন্না চাওনা Natural resource, চাওরবা Brahmaputra গুম্বা তুবেন, অদুগা পাৎ, উমং কয়াগা চা-বগান কয়াগা অচৌবা ষ্টেট ওইনা লৈহৌরি।

(খ) মণিপুরদগী উখ্রুল, সেনাপতি, তমেংলোং, চান্দেল, চুবাচান্দপুর, সদর হিল চৎখ্রগা মুন্নরিবা Mole Hill কয়াসি লৌখ্রবদি সিক্স সেদ্যুল দিমান্দ কম্মিটি (SSDCM) না National Commission for Schedule Caste & Schedule Tribes, Government of India দা Date 03-10-2001 দা সিক্স সেদ্যুল তানবদা মৈতৈগী লম তমদি 700 sq. miles তনি হায়বদো চুমহল্লগদ্রা? Mole Hills মচা মচাশিংসু পীখিবা তাব্রা?

৪. মেঘলায়া অদুগা মিজোরামদদি চাওরাক্লা চাং মান্নবা চাওখৎপা ধর্ম্ম মান্নবা ভাক্তা ওইবনা মশা-মশামক সিক্স সেদ্যুল ফংলগা ষ্টেটওইববা মতুংদসু ওটোনোমস দিষ্ট্রিক্টশিং মবা তপ্পা পাল্লি। অদুবু মিজোরামদা Chakma, Lakher অমদি Puwei নচিংবা Minority শিং খবা অদুম রায। মরমদি সিক্স সেদ্যুল ফংলকপা মিজোশিংমক্লা চাকমাশিংদা নীংথিনা ওটোনোমি পীনিংদে।

৫. ত্রিপুরা দসু চংলি, মণিপুরদসু চৎপা যাই হায়বদুদি হৌদোংদি উকাবা হৈ হুইসু উকাবা তম্বীসি হায়বনি। ত্রিপুরা মীশিং লাখ কুন্থ্রামুক্তা বেঙ্গোলিনা লাখ কুনমুক্লি। মৈতৈ লাখ অমমুক্লা Schedule Tribe চিংদ্রে। অপিকপা কাংলুপ (হায়বদি) Schedule Tribe শিং বেঙ্গোলিনা ঈশিং চাওবগুম থুমজিল্লকপদা অকংবা লমদা মচি মচিদা চাইনা চাইনা লৈ। মখোইগী মরক্তা ধর্ম্মসু তিন্নদবা কাংলুপ কযা য়াওই। মখোই ময়ামদুগী মনুংদগী খবদং পনবদা (Jamatia (Hindu), Riyang(Hindu), Noyatia (Hindu +Christian), Mog (Budhist), Chakma (Hindu+Christian),অন্যান্য refugees নি, হেন্না পিক্লা Khasi, Bhutia, Bhil, Chaimal Garo অদুগা Kuki গী কাংলুপ মচা-মচা লৈ। মখোইগী Autonomous District Head Quarter না Jirania হায়বা Agartala দগী 15km লাপ্লা লৈবা মফমদা লৈ। অতৈ Divisional Head Quarter শিংনা চাইনা লৈ। মখোইনা Art 244 A গী শক্তি কয়া লৌনিংদুনসু ওইবরোই। অদুবু চাওখৎলবা শিংলবা বেঙ্গোলি মেজোরিতিদগী ভাকপি কনবীনবা সিক্স সেদ্যুল পীবদি চামগী মনুংদা চামা হেন্না য়ানিংই।

(ক) অদুগা মণিপুরদদি ৩৪.৬% গী মীশিংদমক ওইবা ট্রাইবেলনা IAS, IPS, MCS, MPS অদুগা মরু ওইবা অচৌ অশাংগী ফম খুদিং ট্রাইবেলনা পাইরগা লমজাওগী মপুসু ওইরগা সিক্স সেদ্যুল চৎনফম থোকপ্রা। অপুনবা uniformity ওইবা Common Law অমসুং Administration অমগী মখাদা Himachal, Jammu Kashmir অদুগা অতৈ চীংগী লমদা তৌবগুম Panchayat Raj গুম্বা পুন্না চৎপা য়াই।

(খ) ৯২% চীং ওইবা মণিপুর চীংনি লৌগদবনি। মণিপুর ভেল্লি-Geomorphology গী মতুং-ইন্না Loktak Plateau হায়না খংনবনি। হিমাচল অমদি J & K গী তমগী লম্না মণিপুরগী তমগী লমদগী চাওই।

৬. অরোইবদা মে ২০০১ দা এক্স এম.পি. ব্রাই য়াইমানা লোক সভাগী ১০শুবা মীফম অমদা ১৯৯৫ দা চীংগী ইচিল ইনাওশিংনা দিল্লি তান্না লাক্তুনা হায়জরবদগী মণিপুরগী চীংগী লমদা সিক্স সেদ্যুল চৎনবা কন্না ভাংখি। অদুবু মতম অদুগী হোম মিনিষ্টর এস.বি. চরান্না মণিপুরদা সিক্স সেদ্যুল দরকার লৈতে হায়না ময়ামদা শেংনা তাকপদা নত্তনা ব্রাই য়াইমাবু মাগী চেম্বরদা কৌরগা মসি প্রজাগী ফত্তবনি। প্রজাগী মায়োক্তনি হায়না তাকপদো এক্স-এম.পি.না অচুম্বনি হায়না ময়ামদা খঙহনখ্রে। অদুগা এক্স-সি.এম. আর. কে. রনবিরনা মাগী কেবিনেট ডিসিসননা সিক্স সেদ্যুল য়ারম্মবসু ফত্তে হায়বা খঙলক্তুনা পোক্লফমদা ফোংদোকখ্রে। অচৌবা অওনবনি।

৭. ইশাগী ওইবা অশেংবা অমনা ঐনা এক্স-সার্ভিমেন কঙ্গ্রেসকী MPCC(I) গী প্রসিদেন্ট ওইরিঙৈদা1995 তা "Danger of Sixth Schedule in Manipur" নচিংবা ইরুবগী এন্টি পার্টি ওইবা পার্টি মিনিষ্টরগী মায়োক্তনি ঐবু লৌথোকউ হায়না মতমদুগী সি.এম. রিশাং কৈশিং অমদি প্রসিদেন্ট ফুঙজাথাং তোনশিংনা দিল্লিদা কঙ্গ্রেসতা হায়রম্বা মতুং ইন্না ঐনা এক্স-সর্ভিসমেনগী প্রসিদেন্ট AICC গী এম.পি. উন্নরুবদা ঐনা ইরুবা অদু কঙ্গ্রেস এম.পি. কয়া, S.B. Chawan অমসুং Ex-LT. Governor, Delhi, য়াওনা অমদি MP Anil Shastri নচিংবনা কোপী লৌরগা পীখিদুনা পাখি। মখোইনা ঐগী সপোর্ট তৌরকপদা নত্তনা Manipur Congeress (MPCC (I)) গী মেনিফেষ্টোদগী সিক্স সেদ্যুল পীগনি হায়বা ককথৎনবা হায়গনি হায়দুনা ঐঙোন্দা হায়খি। সোইদনা হায়রমগনি লোৎশিন্দুনা থম্বা নথ্রবদি। মথংগী ইলেক্সন মেনিফেষ্টোদসু পার্টি কয়ানা ককথৎনখি। সিক্স সেদ্যুল মণিপুর থুগাইনবা শীনবনি। চীংগী চাওখৎ থৌরাংগী নত্তে।

# মৈতৈগী ইমা লৈবাক্না কদাইদনো?

**Dated 29-3-99 দা ফোংখিবা**

পাইতে কাংবুদা কে, এন, এফ,না কুকিগী হোমলেন্দ তানবা অসিদা অথিংবা তৌগনু হায়না খঙহনবতা নত্তনা খুৎ থোক্লদুনা য়াম্না হাৎন-থিন্নরি। মসিনা তাকপদি কুকিশিংনা মণিপুর অসি মশাগী মরৈবাক্নি হায়না করিমতা খনদে, মখোয়দি মীরমদম মচানি হায়না তাকথোক্লুনা মখোয়গী তোঙানবা মরমদম তাল্লি। সদর হিল কৌবা মফম অমা মণিপুরদগী শেৎলগা চড়াচান্দপুরগী মথংদা মসিমসু মখোয়গী হোমলেন্দ ওইনা য়াৎথোক্লুনা থম্বা পাম্মী। অদুবু মখোয়না খংফম থোকই, মদুদি সদর হায়বা মমিং অসি মণিপুরগী ইতিহাসতা হান্না শুক্রে লৈরমদে। সদর হিল হায়বগুম্বা সদর বাজার (হৌজিক্লা পাওনা বাজার) হায়বগুম্বশিং অসি বৃটিশ রাজ্যগী মতমদা মখোয়না থোল্লম্বা মমিংনি। সদর হায়বসি উরদু নৎত্রগা পরসিয়ান লোন ওইনা তৌবা অর্থনা ময়াই নৎত্রগা মরূওইবা নৎত্রগা অসিগুম্বা অর্থ পুবা ৱাহৈনি থাজনরম্মী। অশেংবদি Selected Area Development Administrative Region হায়বনি হৌজিক্তি বৃটিশ রাজ্য চৎখ্রে মখোয়গী ৱায়েন থৌদাদা খুদোংচানবগীদমক্তা অদুগা দিভাইদ এন্দ রূল পোলিসি ওইনা শেন্নম্বা পুন্নমক্লুবু, নৌহৌনা অমুক শাগত্তুনা সদর হিলবু অমুক শাগৎপা, অদুগা মদুবু কুকিতগী ওইনা তোঙানবা ডিষ্ট্রিক অমগা ওইনা চুরাচান্দপুরগী মথংদা হোমলেন্দ ওইনা তানবা য়ারোই। কুকিশিংনা মণিপুরবু মমা লৈবাক্নি খন্দ্রবা তোঙানবা ডিষ্ট্রিক অমা ওইনা চুরাচান্দপুরগী মথংদা হোমলেন্দ ওইনা তানবা করম্না য়ানি। কুকিশিংনা মণিপুরবু মমা লৈবাক্নি খন্দ্রবা তোঙানবা কুকি হোমলেন্দ তাল্লবা মখোইবু মহৌশাদগী চংজফম পীরক্লিবা মৈতৈ লৈবাকপু কাওরবদি হোমলেন্দ কয়া তান্দুনা মণিপুবু শেৎকে খল্লবা মখোয় ম্যানমর নত্রগা মখোয়গী লাকফমদা হনখিবনা ফগনি। অদুম ওইনমক সদর হিলসবু কৌরবসু মমিং অমবু থোল্লবসু ডিষ্ট্রিক অসিদা এম এল আর এক্ট, এল আর এক্ত ১৯৬০ অসি শেমদোক্লুনা এক্সটেন্দ তৌদুনা মৈতৈসু, পাঙনসু, তাংখুনসু, কবুইসু পুন্নমক্লা চান্ন-চিন্ননা অমত্তা ওইনা য়ুমদা-খুন্দাদুনা অমত্তা

ওইবগী উৎফম ওইবা ডিষ্ট্রিক্ট অমা ওইরবদি ঐখোয় পুম্বনা মতেং পাংবদা নত্তনা পুন্না তানমিন্নবসু য়াই। অসুম্না হান্নগী ডিষ্ট্রিক্টশিংসু চীংতম য়ান্ন য়ান্ননা চাওবা মান্নরপ তৌনা শেমদোকপা তঙাই ফদ্রবনি।

২। অমরোমদনা পুকচেল শেংদবা, মী তিন্ননিংদবা নাগা হায়না অনৌবা মিংথোনখ্রবা লুচিংবা খুজোক খরগী চংশিল্লিবা খোংজং অমদি য়াঙাং মদুদি "নাগা তাবা লম ইঙ্খি অমা ফাওবা কনামত্তনা শোকপা য়ারোই" হায়রিবা অসিমসু য়াম্না কিহনবা অমদি শীংনবগা লোইননা মৈতৈ নখোয়গী মণিপুর নত্রগা মৈতৈ লৈবাক সুকলৈ লৈত্রে হায়বা নত্রা?

অদুনা মৈতৈ ঐখোয়না হংলি মদুদি মণিপুরগী ইতিহাসনা হেক হৌগৎলকপদগী মৈতৈ ঐখোয়না ঙাক শেন্দুনা কনজররকপা চীং-তমগী মণিপুর ইপা-ইপুশিংগী ঈনাৎ কঞ্জরকপা মৈতৈ ইমা লৈবাক অদু কদাইনো, করমনো?

৩। মৈতৈ ঐখোয়না ঙসি ফাওবা অৱাগী লান কয়া, চাওরবা বৃটিশ রাজ্যা ফাওবগা লান থেংনদুনা মণিপুরগী চীংতমবু কল্লকপা, কন্নবা হোৎনবদা ইপা ইপু কয়ানা থৱাই কৎথোকখ্রিবা, পুন্নমক অদুবু মতুংদা নাগালেন্দ খরা, কুকি হোমলেন্দ খরা ইঙ্খি অমত্তা কাইদনা ওইখিনবা ইপা-ইপুনা থৱাই কৎথোকখিবরা? ভারতকী অৱাং নোংপৌক লমদমশিংদা চীংগী মী কাংলুপ কয়াদা অনৌবা নাগা হায়দুনা মিংথোন অমা থোল্লকপসি লমদমশিং অসিগী কুইদ্রিবা ঙরাংতগী ওইবা ইতিহাসনি। মণিপুরদদি তাংখুল ইচিল-ইনাওশিংনা অনৌবা মিং অসি য়াম্না পাম্মী অদুগা কবুই, আইমোল, মরিং, কোমনচিংবা কাংবুদি রাজনিতিগী ফিভম মতুং ইন্না লংথোকনিংবসু য়াওই। অশেংবমকসু মিংথোন অসিনা মখোয়দা খুদোংথিবা অশি-অনা পুরক্লবদি নাগা নত্তে হায়দুনা লাওথোকপগা লোইননা মখোইগী অশেংবা শক্তম উত্তুনা মচিন-মনাও ঈ-নক্লবা মৈতৈদা হঞ্জিল্লকদবা কয়াসু য়াওরি। মসিদসু নত্তনা ইতিহাসনা শাখি ওইরিবদি কবুই, কোম, অনাল, মরিংনচিংবা পুন্নমক অসি মৈতৈগী য়াম্না মরি নক্লবা ঈ-মরি অমসুং পুন্না নুংশিনা মৈহৌরোন্দগী লৈমিন্নরকপনা মচিন-মনাওশিংনি হায়না ইবা ৱারী ওইনা চখরক্তুনা লৈরি। হৌজিক্কী নাগা হায়বা মিং অসিদি বৃটিশ রাজ্য মতমদা লাকপা অদুগীসু মথক্তা পোলিটিকেল লিদর অমনা ইনশিনবদগী হাপখিবনি। তুংগী থোক্লক্কদবা শাংনা উবা ফত্তবা রাজনিতিগী লৌশিংনা অপুনবা অমা শাগৎলগা কাংলুপ অমবু নমথনবা নাগা হায়বা মিংথোলসি তোঙান-তোঙাম্বা মোঙ্গোলোইদ কাংবুদি ওইবা খুদিংদা

য়েনখিবনি। হৌরকফম লোন, শাজৎ পুন্নমক মান্নবা কাংলুপ অমতগী মীবু পুনশিন্নবা শেমখিবা নত্তে।চেন্বা য়াদ্রবা অশেংবশিং অদু ইতিহাসতা ময়েত শেংনা লৈরি। ব্রাফম অসিদি হৌজিক কাংলুপ খুদিংমক্তা হৌরকফম অশেংবা শকফম খিনরক্রবনিনা থীজিন্দবা য়াদ্রবা মতাংনি। মান্নদবা কাংলুপ কয়ামুকসু রাজনিতিগী পাম্বৈনা নাগা হায়বা ফিরাল অমগী মখাদা পুল্লগা হিউমেন রাইটস ওর্গনাইজেসনদা মীনমদুনা নিংথৌ পাল্লকপা মৈতৈ কাংলুপ্প নমথনবা হোৎনবা, নাগাগী সেক্ষ ডিতরমিনেসনগী নাগা তাবা মখৈ মণিপুরদগী লৌবা য়ারোই। হিসটোরিয়ানশিং করি তৌদুনা লৈরিবগে' মৈতৈ করন্না মাংখি হায়বা ব্লারী ইনবা ঙাইদুনা লৈরিবরা!

৪। মৈতৈনা মণিপুরদা লৈরিবা কাংলুপ খুদিংমক্তা হায়জরিবদি মৈতৈ ঐখোয়বু ইমা লৈবাক অসিমক্তদা মীতোপ মিরানচা ওইহনগনু। ঐখোয়না কঞ্জরকপা ইমা লৈবাক্কী মনুংদা ঐখোয়না তাবা য়াহন্দবা করি মরমগীনো? মণিপুরগী লমগী ১০০% গী মনুংদা ৯০% না চীং ওইবনা মণিপুর অসি পুন্না চীঙ লৈবাক্নি। জিওমোরফিলোজিগী মতুংইন্না মণিপুর তম্পাক অসি লোক্তাক প্লেটো কৌদুনা প্লেটো অমা ওইনা উৎলি। মরম পুন্নমক অসিনা মণিপুরবু চীং তম খাইদোকফম শুংথোক থোক্তে। ডিমাপুর অসি য়ান্না চাওবা নাগালেন্দগী প্লেটোসু নত্তবা তম্পাক ওইরবা ফাওবদা নাগালেন্দদদি চীং-তমগী অনি থোকপা ব্রায়েন থৌদা লৈতে।

৫.পৃথিবীগী মফম অমতদা, জমু এন্দ কাশমিরদা, হিমাচল প্রদেশতা অরুনাচলদা নাগালেন্দমত্তদা ওইরবসু চীং-তম অনি থোক্তুনা মীচঙ মীখাই নাইবা -ব্রায়েন পথাপ অমত্তা লৈতে। লম শিংদুগী মী খুদিংমক লম অদুগী মনুংদা লৈনিংবা মফমদা লৈদুনা ব্রায়েন পথাপ অমত্তগী মখাদা লৈবা য়াই। মনিপুরদদি অসুক য়ামনা মীচং-মীখাই নাইবা চীং-তম হাইনা খাইদোক্তুনা লৈরিবসি করিগীনো? ১৮৯১ দগী বৃটিশনা শেম্নম্বা আইননি মৈহৌরোন্দগী লৈরম্বা নত্তে।

৫.মথক্কী পুন্নমকসিবু ফননবা অমত্তা ঙাইরবা পাম্বৈদি মনিপুর মফম খুদিংদা এম, এল,আর, অমসুং এল,আর, এক্তু চীংদসু তমদসু চৎনহল্লগা চান্না চীন্ননা পুন্না লৈমিন্নগদবনি। অপুনবা ইমা লৈবাক শেমগদবনি মনিপুর ইমাগী তম্পাক্তা লৈরিবা কাংলুপ খুদিংনা মনিপুরী (তাংখুল) মনিপুরী (মৈতৈ), মনিপুরী (কুকি), মনিপুরী (পাঙল),মনিপুরী (কবুই) অসিনা চিংবা মনিপুরগী

সব-ট্রাইব ওইনা মনিপুরবু নুঙশিবা তম্মু।মনিপুর ইমাগী মতমবাক্তা ইমাগী খোন্নাং থক্তুনা হিংলগা ইমাবু হাৎলগা নাগালেন্দ, কুকি হোমলেন্দগী লাই খুৎশাংবী ইমা ওইনা পুশিল্লককনু।

৬.কাওরোইদবা অমনা মনিপুরগী ইতিহাস অসি মৈতৈগী ইতিহাসনি। ঐনা হন্না হন্না হায়নিংই মদুদি অৱাশিংগী মখুত্তগী হন্না-হন্না কনবা চাওরবা বৃটিশ রাজ্যগা লান থেংনবদা ইপা ইপুশিংগী থৱাই কৎথোকখিবা পুন্নমক অসিবু মৈতৈ ইপা ইপুনা মণিপুর অসি মতুংদা নাগালেন্দ, নাগা টেরিটোরি অমশুং কুকি হোমলেন্দ শেন্ননবা কৎথোকখিবা থৱাইরা? পুন্নমক অসি নাগা অমদি কুকি ইচিন ইনাওশিংনা পাওখুম পীজররুবা অমদি মৈতৈ ঐখোয়না পাওখুম অমুক হন্নবা শেম শাজরি। মৈতৈনদি তমগী লমদা নাগা, কুকিবু তমগী লম ইঞ্চি অমা ফাওবা শোকপা য়াদে হায়দুনা ঙসি ফাওবা হায়দ্রি। অসিগুম্না নাগা অমশুং কুকিশিংনসু মৈতৈ অমত্তং মৈতৈ পাঙনশিংবু তরান্না ওক্তুনা চীংদসু খুন্দা লৈতাদুনা লৈমিন্ননবা শিনফম থোকই। অদু নত্রবদি হৌজিক্তি নাগাগী লমনি কর্নশিন্দুনা ইঞ্চি অমা শোকপা য়াদে হায়বা অমনা কুকি হোমলেন্দ তানবা খুদিংমকপু মণিপুর থুগাইবা লাকপা মৈতৈগী য়েক্লবনি লৌবা ময়েক্লা তাবনি। পাংদববু ঈশ্বরনা মতেং পাংদে। থৌনা ফবা লান্নীবু লৈবাক জয় তৌবদা ঈশ্বরনা তেংবাংবি। মতিক মথৌনা লৈবা মীনা হিংহৌবা হায়বা অসিসু ঈশ্বরগী রায়েন্নি। মথক্কী অচুমবশিং অসি ওইরবসু পুকচেল চাওবা হায়বসিসু মীওইবগী অথোইবা গুন্নি। মৈতৈ অয়াম্বা রাজ্যনিতিদা থৌশারূদনা পুকচেল চাওথোকপা শান্তি অমদি হরাও তয়াম্বদা লুপখিবদগী খুদোংথিবা অদু খঙদবদুদা মৈতৈবু পাংদবনি খনগনু। সদর হিল ডিমান্দ, হোমলেন্দ ডিমান্দ নাগালেন্দ ডিমান্দ অমদি বন্দ কয়ানা মৈতৈ ব্রাহল্লগনু।

করিগুম্বা ইহৌ অমা সরকারগী নত্রগা রিভেল পার্টি অমগী মায়োক্তা শাগৎলক্লবদি অচুম অরান খঙদনা অতোপ্পা পোলিটিকেল পার্টি অমনা ইহৌ অদুদা হেক্তা পাংশিল্লি। ভোৎ খোম্বগী খুদোংচাবা লৌহৌই। মসি তৌবিদনবা হায়জরি। মরমদি ইহৌ অদু মহ্ পানবা লিনগুন্না নাকল অনিমক্তা খুদোং থিনিংঙাইনি খংলবদি থিংবীগদবনি।

হৌজিক কাংলুপ মশেন হাৎনরিবসি কুকি হোমলেন্দ তানবা কাংবুগা তাংখুল লিদরনা লমজিংবা নাগা কৌমিন্ননবা কাংলুপ্পা লম হেন্না চাওনা পাম্বদগী হাৎনবনি। অশেংবা হায়রবদা মখোয় কাংলুপ অনিমক মীরম মীয়ানমচা ঙাক্তনি

হায়বা য়াই। অমনা মণিপুরগী ৱাংমদগী সোমরা চীংশাংদগী অমনা ব্রাক্ষা অমদি চীন হিলসতগী লাকপা কুকি কাংবু, অনিনা মণিপুর য়েন্নবা হোৎনবদা থোকপনি। অদুগা মখাগী চাংদম্নজরিবা ৱাহৈ পরেং পন্দুপ অনি অসি করম্বনা লৈবাক কন্নবা অদুগা করম্বনা লৈবাক কাইনবা ৱাহৈ ওইবগে?

১। মণিপুরগী চীং-তমগী ইঙ্খি অমা ফাওবা মণিপুরগী মী পুন্নমক্না মীচং মীখাই নাইদনা খেৎনবা লৈতনা শরূক ফংমিন্নদুনা লৈমিন্নগদবনি? (মৈতৈ)

২। চীংগী লমগী ইঙ্খি অমা ফাওবা মৈতৈনা শোকপা সুকয়া য়াবোই অদুগা তমগী লমদি মৈতৈ ঙাক্তগীনি হায়বা য়ারোই, চীংমী তম্মী পুন্নমক্না চপ মান্ননা য়েন্নগদবনি।(নাগা কুকি)

লৈবাক প্রজাশিং অদুগা কাংলুপ খুদিংগী ইচিন ইনাওশিংনা মথক্কী ৱাবেংশিং অসিগী পাওখুম পীবিবকউ।

আর.কে. রাজেন্দ্র সিংহ

# সিক্স সেদ্যুলগা মণিপুরগী ইকোলোজিগা মরি লৈনবা

**Dated 29-3-99** দা ইখিবা

১. মখাগী ওপন লেট্টর অসি ইম্ফাল ফ্রী প্রেসকী ইডিটর মশামক্তা ফনা কুইনা খন্নরবা মতুংদা হাপখিবনি। মিনিষ্টর মশামক্তগী অদুগা ষ্টেট গভর্ণমেন্টতগী থোইদোকপা পাওখুম ফংখিদে। সেমিনারগুম্বা অমা অনিদা ইশানা ঙাংখিবদসু অতাবা কাংবুনা য়াম্না চুম্মীদি হায়রগা গভর্ণমেন্ট নত্তবনিনা করিসু তৌরক্তে। অদুবু এম. ইউ. দা নোংমা ডিপার্টমেন্ট অমদা চংলুবা মতমদা ব্বারী শানবদা প্রোফেসর অদুনা ঐনা ইখিবদু কট্টিং তৌদুনা থনম্মী য়াম্না মরূ ওইনা লৌই অদুবু মণিপুরদদি ইকোলোজিগী এব্বারনেসকিনি হায়দুনা থারকপা পৈশাদু মফম চানা শীজিন্নখ্রে হায়বা হিসাব উৎপা য়ানবগী মরমদতা চত্থবগুম তৌই। এন.জি.ও. অদুগা মৈরা পাইবীদা পীখিবদো কদাইদা উ থাবনো হায়বদি ইশামক্তি খঙজদ্রে। অদুগা ময়াম খঙনবা এব্বারনেস কয়া তৌবদুনদি উ য়ানবা থিংবা ঙমলোই, ইকোলোজিদা অকাইবা ওইগদবা কয়াসু থিংবা ঙম্লোই।

২.পৃথিবীসিদা চহি লিশিং কয়াদগী ধর্ম্মা খুদিংনা অদুগা লাইগুম্নবা মী কয়ানা ফত্তবা থবক তৌবা হুরানবা, মী হাৎপা, মীগী অমদি জাতি অমগী মাংনবা তৌবা ফত্তে, হায়দুনা তম্বীরক্লবসু, হুরানবা, মী হাৎপা ফত্তবা তৌবা পুন্নমক লৈবনিনা লো কোর্ট, পুলিস অমসুং আর্ম্মী নচিংবা পুন্নমকসি লৈরিবনি। অদুনদি ইকোলোজিকেল টার্ক্স ফোর্স হায়বসি লৈবা তাবনি। ফোরেষ্টকী ডিপার্টমেন্টনা ঙাকপা ঙম্লক্তবা মফম, মতম, ফিভম কয়ামরূম লাকই। মসি আর্ম্মীমক্লা ময়াম্বগুম ইকাই খুম্নবা এক্স-আর্ম্মীশিংনা শেমগদবা ফোর্সনিনা মণিপুরগুম্বা মনুংগী মপানগী নহারোল অমদি আর্মীনা নমহৎপা লৈবাক্তদি ইকোলোজিকেল টার্ক্স ফোর্স সোইদনা থমগদবনি। এক্স-আর্ম্মী চহি ৩০ দগী ৫০ মুক শুবনা টেরিটোরিয়েল আর্ম্মী ওইনা শেমগদবনি। হৌজিক মখাগী Open letter through the Editor Free Press dated 29.3.99 অসি য়েংবীরো।

টু দি মিনিষ্টর

ফোরেষ্ট এন্দ এনভাইরোনমেন্ট, মণিপুর।

*সবজেক্ট - মণিপুরদা ইকোলেঅজিকেল টাক্স ফোর্স থম্নবা থাংগৎচবা রারোল*

*সার,*

১.ঐনা মখাগী পাওশিং অমশুং খন্নবা রারোনশিং অসি পুকনিং থিংজিনবীনবা অদুগা পাংথোকপিনবা অমদি অতৈ ইকাইখুম্নরবা মন্ত্রিশিং,এম এল এ শিং অমদি মীয়াম পুন্নমক্কী পুকনিং চিংশিনজনবা লোইন লোইননা মনিপুবগী ফজবা লাইগী খুৎশেম অসি কন্নবা জীবনা হিংলিবা মফমগী অইং-অশা চাং অসি ঙাকনবা মখাগী শিং অসি থাঙগৎচরি।

২.ইকোলোজিগী চাংচৎতুবু কন্নবা অমশুং চাওখৎনবা য়ানখিবা পম্বুং অমশুং পাংথোক্কদোরিবা মথৌ অদু তৌনবা ইকোমোজিকেল টাক্স ফোর্স থম্নে। মসিনা State অদুগী, দেশ অদুগী অমশুং পৃথিবী পুম্বসিগী চাওখৎহন্নিংলিবা মফমশিংদুদা থবক পাংথোক্কুনা পৃথিবী পুম্বা কান্নহল্লি। পাম্মীবা পাংথোকনিংলিবা থবক অমা তশেংনা পাংথোক্কে হায়রবদি টাক্স ফোর্স অসি থমদবা য়াদে। দেশ অমগী নিংতম্বা ঙাক্লবগীদমক্তা লান্মগী থম্মী। অদুনা জীব পুন্নমক অসিবু কন্নবা; উৱা য়ানথোক্কুনা ইকোলোজি কায়হন্নবা তৌবা অদু থিংনবা অনৌবা উপাল থানবা, লেংলি পাল্লিবা পুন্নমকপু য়োকখৎনবা Task force অসি থম্বসি তঙাই ফদবনি। সংসার অসিনা মীওইবগী মরমচৎ, মথৌ মখোইবু পুল্লিবা আইন পুন্নমক উরে। অদুনা মখোইসি তৌনিংবতা তৌবা য়াহন্দবা পান্নবা, শেন্নবা, অমা চংই। লাইবক থীবদগী মীওইবনা ইকোলোজিকেল বেলেনস খ্বাইদগী হেন্না থুগাইবা পৃথিবীদা লৈবা জীবনি। অথিংবা লৈতনা উ অমদি পাম্বী য়ানথৎপা Industries অমদি factory কয়া লিংখৎতবা য়াদদুনা লিংখৎপা, গাড়ী, ইনজিন, কয়া অদুগী মথক্তা অমাং অতা ওইরবা লানগী খুৎলাই শীজিন্নবা পুন্নমক অসিনা পৃথিবীগী মফম কয়াদা ইকোলোজিকেল বেলেন্স মাংখিবগী মরমনি। খুদোংথিবা অকিবা কয়া লৈরবসু ফত্তবা পুন্নমকসিবু ঙাকথোক্লবা অফবা থৌজান অমা ঈশ্বরনা পীবিরি মদুদি Forest কয়া কনবা উ, পাম্বী কয়াবু কনবা, ইশিং- খোং লৌউশিংউবগী তু-খোং কয়া য়োকখৎপা পাম্বী মচা মচা থাগৎ-শেমগৎতুনা শন্দোক্লা থাবনচিংবা পুন্নমক অসিনী।

৩. মসি য়াম্না রাখল লৈবা থাগৎনিঙাই ওইবনি-মদুদি India দা state খরদা ইকোলোজিকেল টাক্স ফোর্স অসি লিংখৎখ্রে। অদুবু য়াম্না রানিঙাই অমদি পুকনিং নুংশিনিঙাই ওইবনি মদুদি মনিপুরদদি শিগুম্বা হৌদোকপদি লাইরদুনা মংদা ফাওবা সিগুম্বা রাখন লৈব্রে। সরকারনা সিগুম্বসিগী দরকার ওইবনচিংবা অদু মশাদা ফাওরোই, নাচুংওই মরমদি মখোইদি শক্তি তান্নবদা corruption গী games তা ভোৎকী মেজোরিতি ফংনবা হোৎনরিঙেদা পুন্নমক কাওখ্রে। ঐখোইনা অমুক কিরিবদি ঐখোইনা থাংগৎচরকলিবা অসিদা থওই রাওইদনা খনগনি অদুবু অতৈদা তৌনবা উবদগী ঐখোইনা তৌগদবা খরা খন্ননবা পুখৎপা ঙম্বসি য়াম্না নুংঙাই। মনিপুর সরকারনা মসি য়াম্না অঙাওবা তরংনবা থাংগৎলকপা (proposal) অমনি হায়না লৌফম থোকতে মরমদি অতোপ্পা State তা ইকো লোজিকেল টাক্স ফোর্স থমখ্রবনি। ঐ ইশামকপু ঐনা পামজবা থরাই য়াওজবা অমগী মরমশিদা থৌনা ফনা ফোংদোকপা ঙম্বগী খুদোংচাবা অমা ফংবসিদা য়াম্না নুঙাইজে। মরমদি মসি হৌজিক পৃথিবীগী মফম কয়াদা মৈ হৌনা খন্নরিবা রাফমনি। থাইনগী কুইরবা রাখন থাজনবা, চৎনরকপা, মদুদি Forest department অমশুং Forest guardনা উ য়ানবনচিংবা কয়া ঙাকপা ঙমগনি খল্লম্বা রাখনশিংদো লংথোক্লখ্রে মরমদি রাখলশিং অদু করিগুম্বা মরম ফিভম, থৌদোক কয়াদগী থোকহন্নিংদবা কয়া থোকখিবদগী অদুগীসু মথক্তা Forest departmentঅমশুং Forest guard শিংগী মশাগীতা খনবগী মওংনচিংবা কয়া মরমদগী থোরকপনি। পুন্নমকসিগী মথক্তা কেশ কয়া, রাকৎ কয়া forest Deparment না তৌরকপা প্রজানা তৌরকপা paramilitary অমশুং defence কী মীনা উ, পাম্বী শিং য়ানখিবগী থৌদোক য়াওবা কয়া লৈখ্রে। মরম পুন্নমক অসিনা মনিপুরদনা হেন্না ইকোলোজিকেল টাক্স ফোর্সগী মরম অসিদা য়াম্না অকনবা রাখল চিংশিন্দুনা তৌদবা য়াদ্রবা অমা ওইনা খন্নগদবনি।

৪.ভারতদি ইকোলোজিকেল টাস্ক ফোর্স অসি Territorial Army গী মওংদা লিংখৎখ্রে। খ্বাইগী অহানবা 127 Infantry Batallion (T.A. Ecological অসি অহানবদা ইকোলোজিকেল গী ওইনা 1982 গী September থাদা Approve তৌরগা 1983 দা U.P. দা থবক ওইনা চৎখবা হৌরে । অনিশুবা 128 Ecological Task Force হায়বা অমনা 1983 দা Rajasthan গী দমক্তা ওইনা লিংখৎখ্রে। অদুগা অহুমশুবা 129 Infantry Battalion (TA) Ecological হায়বা

অমনা ১৯৮৮ তা জম্মু অমশুং কাশ্মির গী দমক্তা লিংখৎখ্রে। Task Force শিং মীনা য়াম্না পান্নবা অমা ওইদুনা মখোইনা তৌবা শীংথানিঙ্গাই ওইবা পাংথোকখিবা পুম্নমক অদু থাগৎতুনা মচি মফম কয়াদগী ফোংদোক্লরকই। ফবগী মরম অমনা মসিগী থবক অসি মপুক শেংলবা Service কী Records তা খমথেংনা ফবা (exemplary ওইবা Ex- Servicemen ফজনা Train তৌরবা খক্তদা তৌহল্লি। অদুগা অচুম্বা অমনা (Ecological Task Force অসিগী পনথুং অনি লৈ। অহানবা মরূ ওইবা পনথুংনা Ecological চাং অসি ঙাকশেনবা অমক্তং চাওখৎহন্নবা মফম খনদোকলিবশিং অদু ফজনা থম্মনি। অনিশুবা চহি ৪০ শুদ্রিঙৈদা থবক্কী নিয়ম মতুংইন্না নৌনা তোক্তবা য়াদদুনা তোক্লকপা Discipline লৈরবা Ex-Servicemen শিংবু থবক পীদুনা মখোই মশা মক্কী অমদি সমাজগী কান্নহনবা অসিনি। অসিগুম্বা Ex-Servicemen গী কাংলুপ অসিতনা মফম মরাং খঙদনা উৱা পাম্বী য়ানথৎপনচিংনা অসি সিফাইনবু য়াল্লে, অতোপ্পা কাংবু অমনবু য়াল্লে থিংবা ঙমগনি। সিফাইশিংনদি মখোইসি সিফাইদা লৈরম্বনিনা ময়াম্বগুম্না কিবা তাবনি। অদুগা থবক অদুগী দমক্তা থম্বা লানমী Territorial Army (TA) ওইবনিনা উ-ৱা পাম্বী থাবা য়াবা থা ৩,৪ গী মতমদা উ-পাম্বী লিশিং লিশিংদা থাগনি। অতোপ্পা মতমদা Ecology দা মাংহনবা মোৎহনবা তু- খোং, তুরেন, অমোৎ অকাই শেংদোকপা; মোৎহনববু থিংবা থবক কয়া পাইখৎবনি। মখোইদগী NGO অমশুং মৈরা পাইবীনা হেন্না ফগদ্রা খন্দুনা য়েংবীয়ু। মখাগী সিবু মুন্না খন্নগদবনিঃ-

(এ) ইকোলোজি ঙাকপদদি ফোরেষ্টনা মরূনি।

মনিপুরগী অপুনবা পাকচাওনা 22,327 sq km. শিগী মনুংদা 77,685 sq km. না হায়বদি মনিপুরগী 79% লম্না (Forest) জঙ্গলগী উ-ৱা পাম্বী শিংগী লমনি। অদুনদি forest শিং অসিনা ইকোলোজি Balance ওইনা থম্নবদা খাইদগী মরূ ওইরে হায়বসি খঙলে। অদুনদি Forests শিং অসি কনাদা শিন্নগনি, কনানা ঙাক্কনি কনানা থাজবা য়াই! মসি সরকারনা, ঙাকপা ঙম্বা, শক্তি পাইবা Ecological Task Force ফুম্বা শিন্নদুনা ঙাকপা তাই।

বি) ইকোলোজিগা মরি লৈনবা সিক্স সেদুলগী রাফম অমা

মতাং অসিগী সি-- সেদ্যুলগী পেরা ৩ (i) a) অমশুং b) গী মতুংইন্না

forest পুম্নমক অসি Sixth Scheduel চৎনহল্লবদি Autonomous district ওইখিদুনা District Council নত্ত্রগা Regional council না শীজিন্নগনি। মদু মীশিংদা Allot (পীবা য়েন্থোকপা) (Transfer) তৌবা য়ানবগু Rishang Keishing না CM ওইরিঙৈদা Home Minister SB Chauhan দা নোমখি। দখন তৌবা, শীজিন্নবা, য়েনখাইনবা, লৌউ শীংউবগী লম ওন্থোকপা শাগী শজিক চাফম, মীগী য়ুমশাফম, লৈফম, হেক তৌনিংবা মখৈ য়াহনবগী শক্তি লৈরে। অদুবু মসিদা Reserve Forest নত্তনা হায়। অদুবু Reserve forest তি Forest লোইনমক্কী 8.3%তনি। হৌজিক্তি চীংমীশিং মথং মথং লৈশিল্লক্কুনা 7% ফাওবা ফাদ্রে। অদুনা para (3) (i) (b) গী মতুং ইন্না the management of forest except reserve forests হায়বদুদি মখোইনা শীজিন্নখ্রবা protected forest কৌশিনবা 4,171 sq km (23.7%) অমনে unclassed forests কৌবা 12,051sq km 68% অমনে মসিগী মপু মখোইনা ওইগনি। তম্পাক্কী অমদি তম্পাক্কা নক্লবা চীংশিংগী 266. sqkm reserve forest ওইরম্বদু চীংমীনা তাখিবনা অুয়াম্বা লৈত্রে। Forests লোইনমক শীজিন্নবগী মতাংদা মখাগী শিংঅসি খন্নদবা য়াদবনি।

১) চীংদা লম্মৈ য়াম্না থাবদা তমদা করি থোকই।

চীংদা লম্মৈ থারবদি তমদা ঈশিংচাওই, লৌশিং ঈশিংনা থুমহৎতুনা হাথলি। মসি মৈতৈশিংনা নিংথৌরোল কয়াদগী খংনরক্রবা ৱারীনি। ইশাগী খুদম ওইনা হায়জরগে। নোংমা ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা ঐখোয়গী Yaiskul Chingakham Leikai গী চাওরবা সুমাং অদুগা নাপী হৌবা লমপাক মচা অমগা পুখ্রি মপান ফাওবা য়ৌনা চাওরিবদুদা নুমিদাং ৱাইরম অমদা চীংদা লম্মৈ চাকপগী তাঙোই অপাইবশিং ওক্কুনা শান্নরম্মী। ঐ মদুদা চহি ৭/৮ গুরে। ইমানা হায়খি "চীংদা লম্মৈ য়াম্না থারমান্নে তাঙোই য়াম্না পাইরে; থাইনা নিংথৌ পাল্লিঙৈদা ওইরবদি হাও খুল্লাকপা কৌরগা লম্মৈ থাদনবা ৱারক্কদবনি ফুরগদবনি" ঐনা ইমা করিগী ফুদৌরিবনো হায়দুনা হংই। ইমানা "চীংদা লম্মৈ য়াম্না থারবদি তমদা ঈশিংচাওদুনা লৌ শি হায়" ঐনা করিগী ঈশিং চাওদৌরিবনো হংখি। ইমানা ৱা পেথলি পংহংদা হংই হায়দুনা শাওরবগু পাবুংগা ইমাগনা তাকপিখি"চীংদা লম্মৈ য়াম্না চাক্কুনা ইকোক কোকহল্লবদি নোংগী ঈশিং মখৈ থূনা চেনথরক্কুনা ঈশিং চাওই অদুদগী ঈকং থোকহল্লিবনচিংবা ফজনা তাকপীখি। হৌজিক্তি ঐখোয় মসি শেংনা খঙলে।•

II) Forests শিং অসি লৈনবা মফম, লৌউনবা,Industries, School, College, Tea estate, ওইনবনচিংবা অকোকপা মফমনচিংবা ওইথ্রবদি করি থোক্কনি।

Sixth Schedule গী Para 3(i)(a) (b) অমশুং (c) গী মতুংইন্না,অদুগা (c) না হায়রিবনা canal অমশুং water-course শিং council না শীজিন্নবগী power লৌখিগনি।অদুনদি মখোইনা মনিপুরগী Protected অমশুং unclass forest কী লম্না মনিপুরগী ৭২% শুম্বগী লম ওইরিবা মথক্কী Para (i) (a) (b) (c) গী মতুং ইন্না কোকথোক শেংদোক্তুনা শীজিন্নখিবা তারবদি সরকারনা রা গুাংবা য়াদ্রে। (সি) অদুনা সিক্স সেদ্যুল চৎনবা ঙাইদ্রিঙৈদা Protected forest - 4,171 sq. km. গী লম অমদি unclass forest 12,051 sq. km. গী লম পুন্নমক খুদক্তা নথ্রগা য়ারিবমখৈ থুবা মতমদা Reserve Forest ওহ্নোক্লগা Ecological Task Force অমদা থুনা শীন্নগদবনি। অদু নথ্রবদি ফত্তবা Integrity থুগাইবা কাংবুগী রাজনিতিদা Ecological Balance সু থুগাইদুনা মীয়াম্বু তপ্পা তপ্পা হাৎকদৌরি।Natural and Artificial Calamities অনিগী Victim ওইরক্লগনি।

৫. ইকোলোজিকেল টাস্ক ফোর্স থম্বদা চংগদবা শেনথুম।

অহানবা হৌগৎপদা Ministry of Environment and Forest না তলব অমশুং লৈনবনচিংবা, শাবা খোৎপগী থবক পুন্নমক্কী অচংবা খরচ অদু পুরম্মী অদুগা ষ্টেট গভর্নমেন্টনা শম্বল খাবা, উ চারা য়োকপা, হারনচিংবা হাপ্পা তিনকাং হাৎপা, ঈশিং মাইশিংগী থবক্লচিংবগী খরচ অদু পুরম্মী। শেল চংখিবা পুন্নমক অসি মিনিষ্ট্রী ওফ ডিফেন্সনা হান্না পুরগা মতুংদা মিনিষ্ট্রী ওফ ইনভাইরোনমেন্ট এন্দ ফোরেষ্টনা পুল্লপ্পা Reimburse তৌরম্মী। হন্দক্তা মসি পুন্নমক্কী থৌদা অসি Ministry of Environment and Forest কা, মরি লৈনরিবা ষ্টেট অদুগা (Fifty-fifty) তজ্থাইগী য়ুফমদা য়েনথোক্লখ্রে।

৬. **Recruitment** তৌবা

Ex-servicement গুাক্তগী (Paramilatary force কী মীশক য়াওদবা) ওইবা Ecological Task Force কী থবকসিদা পক্লগদবা, মশানা থৱাই য়াওজবা অদুগা অরাপ্পা কাচিন কোয়াদা থবক তৌবা, চৎপা গুম্বা মীশিং অদু চংহনগনি। Recruitment অসি corruption য়াওদনবা থবক তৌরবা

অমশুং Retired তৌরবা Service officers শিংগী Board অমনা Sainik Board অমগী through দা থমদৌরিবা state government তুগা পাও পুন্নমক ফাওনরগা তৌগদবনি। মতাংসিদা অমুক্কা হন্না হায়নিংই মদুদি Recruitment অসিগী ফজবা অশেংবা, পুকচেল শেংবা অমকপা য়াওদ্রবা অদু ঙাক্লবা, Recruitment কী Board অসি থবক হৌরিবা অমদি Retired ওইরবা Service Officer ঙাক্তনা অতৈ য়াওদনা শাগদবনি।

৭. চংবা য়াবগী মওং (**Eligibility)**

(এ) Ex-servicemen অদুগা medical category "Aye" ওইগদবনি।

(বি) য়ামদ্রবদা Good character ওইগদবনি।

(সি) চহি ৪৫ ফাওবতগী মনুংদা মখাদা লৈগদবনি।

(দি) য়ামদ্রবদা 160 cms. ৱাংগদবনি।

(ই) শ্বর চিংশিল্লগা থবাক চাওথোকহনবদা 5cm চাওথোক্লগা 82 cms. য়ৌগদবনি।

(এফ) Weight তা 50 kgs. ওইগদবনি। (Gurkha, Garwali, Assamese, গী Concession খরা পী)

(জি) State তুগী Tribes নথ্রগা Class অমদি কাংলুপ্তুগী মীশিংগী চাং মতুং ইন্না Recruit তৌগদবনি।

৮. **Recruitment** তুগী কান্নবা খুদোংচাবা

(এ) Ex-Servicemen অদু মানা তোক্লকপা (Release তৌরকপগা) গী Rank হায়বা নাইদনা লোইনমক Sepoy ওইনা চংগনি।

(বি) মখোইনা হান্না ফংবা Pension অদু full ওইনা ফংবদুগী মথক্তা Task force কী খ্বাইদগী পিকপা রেঙ্ককী Pay & allowence তলবনা হৌগনি।

(সি) অসিগী মথক্তা মখোইগী অতোপ্পা allowance শিং হায়বদি D.A. free ration অসিনচিংবা ফংবা য়াহনলি।

(দি) অদুগা Canteen গী কান্নবা খুদোংচাবা অমশুং Medical Treatment অমসু free দা য়েংগনি।

৯. মথক্কী অশেংবশিং অসি 127 Inf Bn (TA) Ecological, 128 Ecological Task Force অমশুং 129 Inf. Bn. (TA) Ecological হায়বশিং অসিনা হিংলিবা অশেংবা হকচাং ওইনা থবক তৌদুনা উৎলবনি।

ফোর্সশিং অসি মফম খুদিংদুদা শীংথানবা য়াবা অফবা থবক কয়া তৌবা উবদগী মখোইগী থবক অসি মচি খুদিংদা শীংথাননা পাম্নরবনি অদুনা ঐখোয়গী মনিপুরদসু অসিগুম্বা অমা লিংখৎপসি অসিগী তকশিনবা নমশিনবা মথৌ তারবনি। অদুবু ঐখোইনা থরদং নুংঙাইখিদবদি য়াওরিবা পুন্নমক্কী মরমশিং অসি ইকাইখুম্নজরবা নুংত্তিগী চেফোং ওইরিবা "ফ্রী প্রেস"তা চহি অমগী মমাং ১৯৯৮৭ তা পীজখিবনি অদুবু য়াম্না কুইনা হাপ্পীরক্তবগী মরমদী প্রেসতনা খঙবীগনি। অদুম ওইনমক ঐনা Professor Gangmumei Kamei, Minister of Forest and Environment না Subject অসিদা য়াম্না থরাই য়াওবীখিবা অদুগা ঐবু নৌহৌনা subject অদুদা মানা খন্নবা থবক লৌখৎনবা ইরকউ হায়দুনা থৌনা হাপ্পীরকপদগী অমুক ইদুনা ইডিটর মশাগা রারীসু শাজরবা মতুংদা হাপখিবনি।

১০. ইকাই খুম্নজরবা মিনিষ্টরশিং এম এল এশিং পুন্নমক্না পুন্না হোৎনদুনা চথলিবা চহিসিদা, 21st Century না হেক চংলকপা হৌরবা মতমসিদা Ecological Task Force অমা পুরক্তুনা অনৌবা উপাল রাপাল থাদুনা, ককথৎ-য়াম্ভৎপা পুন্নমক থিংদুনা অশংবা ফজরবা মণিপুর অমা ওইহন্দুনা মহৌশাগী শিংলবা মীতৈ ক্লাক, নুংশিনা খোংলম্বা উচেক রায়া পুন্নমক, মতম পুম্বগী ওইনা হল্লকহনবা ঙম্নবদি ঈশ্বরনা মখোইবু থৌজালগী মহৈ পুন্নমক ফংহনগনি।

ঈশ্বরনা পৃথিবীসিদা পোকলিবা জীব খুদিংবু থৌজানবীবা ওইসনু।

❖❖❖❖❖❖❖



# JAWAHARLAL NEHRU
## MANIPUR DANCE ACADEMY, IMPHAL

- Imparts training to young boys and girls in the field of Manipuri dance and music.
- Produces dance-dramas and ballets periodically.
- Organises Cultural Programmes inside and out side Manipuri.
- Visits various countries of the world with itstroupe.

WITH ITS SECTIONS FOR TEACHING, PRODUCTION AND ADMINISTRATIVE AND GUIDED BY AN ADVISORY COMMITTEE CHAIRED BY HIS EXCELLENCY GOVERNOR OF MANIPUR, IT STANDS COMMITTED FOR PRESERVATIONS AND PROPAGATION OF MANIPURI DANCE AND IS A CONSTITUENT UNIT OF SANGEET NATAK ACADEMY, NEW DELHI.



JAWAHARLAL NEHRU
MANIPUR DANCE ACADEMY
IMPHAL- 795001, MANIPUR (INDIA)
Phone . 220297, 223119
Gram Jawahar
Fax 0385-220297